# মীওইবগী ইমুং

---

মীনু মসানী

হন্দোকপা :

শ্রীগৌরকিশোর সিংহ

# মীওইবগী ইমুং

মীনু মসানী

হন্দোকচবা :
শ্রীগৌরকিশোর সিংহ

ফংফম :
ওঃ কেঃ ষ্টোর
বুক সেলার্স এণ্ড পব্লিসার্স
পাওনা বাজার ইম্ফাল।

মমল ২·৭৫

# হীরম-লামাই





# মীওইবগী ইমুং

## নাইতোম তাদ্রিবা করিগীনো ?

মথাগী ছৈরেং অসি কমানা ইরম্বনো ঐ নিংশিংদ্রে ; তৌইগুম্বসুং ঐনা থাহৈশিংসিদি নিংশিংলি, মরমদি করিগুম্বা মমা পিবা নত্ত্রগা লুংহোংবদা তিনবা মীয়াম অদু উরগা ঐহোন্দা, করিগুম্বঃ কান্দা নখোইদা, পোকপা ভাব অদু ছৈরেং অসিগী থাহৈশিংসিনা ফজনা শেংনা ফোংদোকই ।

আঃ করিগীনো থুন্দিল্লিবা ঐখোইনা,
ময়াই কারবা উচেক শঙ্গুথনা,
করিস্থ কান্নদবা মরমগীদমকতা,
মরোল-মরী লৌকম ইথঙ থঙদনা
খোঙলিবা, লাংলিবা, পোংনরিবসিবো ?

উম, করিগীনো ? ঐখোই ইশেম থাহং অসি হংগনি । অসিগুম্বা মীতিন অসিদগী থাপ্পা চখোকখ্রগা থরা নৈরগা অমুক মসিনা চিংশিল্লিবা করিগীনো ? মীশক উনিংদ্রে, ইতোম্মতা লৈজরগে হায়নদি হায়রগা ঐখোইনা ময়াম থাদোকলম্নগা অচিকপা মকম অমদা লৈত্রিবা করিগীনো ? কনাগুম্বা মরুপ অমগা মুংকাইনদতুনা

মাগী মখক অমুক উয়রোই হায়দোকলুরগা অমুক তাইশিনহনা চাগরিবা করিগীনো? ঐখোইনা ময়াম পুম্নমকপু থাদোকলুরগা অমুক ময়ামগা তিন্নগদবনি হায়বগী বাখল পোক্লিবা করিগীনো? মী তাত্রবা মরুভুমিগী ইথৎ অমদা মতোমতা ওাইরবদা মথাগী বাহৈ অস্নমা লাওরকপা আলেকজেণ্ডর সেলকর্ককুম ঐখোইস্নু লাওরিবা করিগীনো?

হে অচিকপা! কদাই ঋষিশিংনা নংগী মাইথোংদা
উ'থিবা নংগী শুম্নৎনবগী শক্তিশিংদি কদাই?
তমথিরবা মকম অসিদা লৈগদবগী শরুক্তি
থুদোংথিবা মরক্তা য়াওমবনা হেন্না কৈ!

ঐখোয় পুম্নমক্না নোংঙামবদগীনা অহিং অথেংবা কাওবা মী ময়ামগা তিন্ন-তোংনহনা, লেংগা লেংগা তরুহনা লৈ। মী ময়াম অসি ঐখোইনা পুম্নমকপু মুংশিরুবস্ন নত্তে; মখোইগী মরক্তা থন্ননা ঐখোয়বু ওংনবা, মাংনবা নমথাক তোনবা কন্না হোৎনবস্নু য়াওরি। অহুবু মখোইসি থাদোক্তনা অচিকপা থুপথ্রবা মকম অমদা লৈবগী মহুত্তা মখোইসিতগা তিন্ন-তোংনহনা লৈহন্নিংলিবা ঐখোইগী ইনাৎ অসি করিনো?

বাহং অসি থুম্বা ওইনা য়েংসি—নখোইনা নত্রগা-ঐহাক্না অসিগুম্বা মীয়াম অসি ওরুহনা মালেমগী মী তাত্রবা মকম অমদা ইতোমতা ইনিং তম্না লৈরুয়গে হায়না খল্লে। করে, সংসারগী মী অমা ওইবনিদা ইশা ইশাদা চিঞ্জাক মতিকচানা কোয়গনি, অহুগা লাইরিক কি-য়োল, থাওমৈ থাও, মৈথেং অমস্নুং থুংক্ত-

খুৎলাই থন্নবু পূকম থোকই হায়না নিংই। তুমিৎ থরদি ঐ মক্লপা নখোই লুংঙাইনা লেনগনি। অহুদগীদি ঐখোইগী চিঙাক মন্নেং তাশিন্নকনি, থাও তিন থাঙৈদা ঙাইশিন্নকনি, শাবনসু ঙমাবা তুমশিনখ্রবনি। অসিদগীদি ঐখোইগী মৈহৌরোনগী পোৎচং হায়রবদি চিঙাক, লৈকয়, কি, মৈ অমসুং মঙাল বাত্তনবা হোৎ-নবগী নবাব্বা অহু মাইয়োক্নরনি।

হোৌজিক নখোইনা করম হিংবা ঙমগদৌরিবনো হায়রবসি ঐ খঙবা ঙমদে; অহুবু ঐগীদি কয়া কুইররোই—অহুগা, অমবু হায়ররবসু ঐ মতম অমদা বালসেনা (বয়স্কাউট) য়াওরম্মি।

ঙানকম অসিদদি নখোই থরনা, ম্যান ফ্রাইডে উররিবৈদা, মী ঙাক্রবা ইথৎ অমদা য়ৈশিন্দুনা লৈখ্রবা রবিনশন ক্রুশোগী থুনাম ইমে হায়না খনগনি। রবিনশন ক্রুশোগী অহাক্তি য়ৈশিন্দুনা থম্না কাই হায়ববু মরুওইবা পোৎচং হায়রবদি খুৎঙ-খুৎলাই মরু ময়াংমচিংবদি লোবা ফংই। তৌইগুবসুং অহাক অহুনা পূমলুপ লুপলয়রবদি মহাক কমদৌনি? ঐখোইগী মরুপ রবিনশন পংকুই কুইনা হিংবা ঙম্মোই, ঙমগরদো? ঙসি ঐহাক অমসুং নখোইসু অসি মঙাই। অওইবমক চাদবনা শিত্রিবৈঙদা নত্রগা অহলগী শা-কৈনা শোকত্রিবৈঙদা বম্বেগুম্বা হিথাংকম অমদা পোক্লি পোক্লি লাকতুনা নহায়া থুংলয়গদবনি। মরম অসিনা ঐখোইনা উরে মাইকোম তাত্রিবশিংগী মরম অমদি মীওইবনা অতোপ্পগী মতেং অমসুং নোঙ্গিয়রবা য়াওদনা ঐখোইগী মরুওইবা পোৎচাংশিং অসি বাত্তনবা তৌবগী অতৈ অতোপ্পা উপায় থঙদে।

ঐখোইনা সমাজদা অমুক হজিন্নকপগী মরমদি অনিতম নত্তে। নাইতোম তাবা ইতোমতা থাইবা হায়বা লাখল-মদী-ময়া ঐখোইবু হেন্না হেন্না অবাবা পিপনি। মীপা খরী থম্মিং-লকনি, নত্রগা চিঠি ইনিংলকনি। য়ায়ব'দ কনাগুম্বা-খোইজবা মী অমগা লৈত্রকাও কনাগুম্বা মী অমা হেক্তগা য়ারী। অদুমা ঐখোইগী য়াথল খঙজ-উজবা পূম্মক শরক য়াখিন্নবা, তাখোক-তাশিন তৌমিন্নবা পামগনি। ঐখোই ইতোমতা বা থাংবা নত্রগা ইশৈ শকপা য়াই; তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মী অমগী খোজেল তানিংবা মতম লাকনি। কনাগুম্বা অমমা হুংশিনা শোকপিবা খোয়াংলকনি। অমরোমদা হায়রগা ইমাম্বা মুপা অমম্বুং মুপীশিং-দগী লোইনবগী মুংথাইবা অমম্ভুং চায়বা খোয়াংলকনি।

অত্তওইরবদি ঐখোইনা মসিনা থঙলে মতমদি ওসি অমার হায়বসি অমগা অমগা তোংন তিন্নজুনা লৈবা শিংলুপ লৈরমগদি ঐখোইনা মচ্ছ শেম্বা তাই। হৌজিক মসি শেম্বা য়ামদি খন্দুনা য়েংসি মরৈ খংপা খোকত্রিরৈ, চৈ পাইবা থমত্রিরৈ-অমাং ওইরিবা মীওইবনা অমম্বুং কয়া য়াম্না দরকার ওইরমগদনো ! মতমমতুদা মখোইদগী হেন্না চাউবা, তেন্না কনবা শা-গা লোং-মুং-শিং, মৈ, ব্রজ্ঞ, ঈশিং, ঈশিং-ঈচাও— অসিনচিংবগী শাইরোকশা মীওইবনা কয়াদা উপায় লৈতবা হায়বমু ওইরমগবনো ! মীওইবনা য়োং, শামু, উচেক অমম্বুং থাগুম্বা পুন্নপ পুন্নপ মনিক্তৈলগী হৌনা লৈরম্লিবস মরম অসিম্মনি।

শিলুপ লিংবা অসি মীওইবগীদি চৌনশাবি; করিবা মী-ওইবা হাৎবসি শা মখল অমনি। শাদগী তোঙাক্লি হান্না ঐখোইবা কনা থজহনসু ঐখোইসি খোম থকতুনা হিৎবা শা মখল অমনি। অদুগা থবাই পানবা জীব খুদিংমক থবাইবগী মালিওনা মীয়াম্না শরুক অমনি হাম্নবসি থক কাওগদ্রুসি।

চার্লস ডারউইনগী চৌরহনা হৌখিবা চাশিংসিগী মতুংদা মীওইবগী হৌরকপা অমসুং চাউখৎলকপগী শন্দোকপগী মরমদা জ্ঞান কনা য়াম্না কংদে। ঐনা হূল তম্লিবৈদা মীওইবা হাৎবসি য়োংদগী ওন্নকপনি হায়না থজবি; তৌইওবসুং মসিদি মপুং ফাদবা হায়ল্লি, করিনা য়োং অহূমক কদায়দগী ওন্নকপবো হায়বা ভাক্তে।

বিজ্ঞানা পোকখি হায়বা থাজনরিবদি মথাগী মওং অসিওবনি; তৌইওবসুং হাকম অসি কনামতনা অরেপ্পা থওদে হায়বসি হৌজিক হায়হৌদে।

অমস্রা আন্দাজ তৌনৈ মতুদি পৃথিবীনা হুমিংকী অকোইবদা লৈরক্লিবসি চহি কোটি অনিয়োমদগীনি। হায়রিবা মতমদগী অথাই থরা হেন্না চনশিল্লকপা অদু কাওবদি পৃথিবীদা থবাই পানবা লৈরমদে। করিগী অমসুং করম্না থবাই পানবা জীব পোকনকশিনখ্রো হায়বসি কনামতনা থওদে। অদুবু অওকপসি লোকখি। থবাই-হুংশা পানবা হৌখি।

অমুরবা ঈশিংদা পোকপা হওই মরুমওবা মওং খজিম দাইদবা মাং-নাং লাউবা হুংশা কিবুকশিংনা ইহান হানবা থবাই

পানবা জীব ওইখি হায়রম্না থাজনৈ। মখোইশিং অসিনা মীওইবগী ম্বাইদগী হানবা মপা মপুনি। অসিগুম্বা অপিকপা মুংশা কিবুক-শিংসি থবাই পান্দবা চীং-মান নত্রগা লৈবাক্তগী মরুওইবা মরম অহুমদা খেনৈ। মখোয়শিংসি মশা মতোমতা পিজ পিথকহুনা চাউনবগী শক্তি লৈরম্মি; মখোই অসি লেংবা ঙম্মি; অদুগা মখোইগা মায়বা মচা মগী মরুম চাই। মখোইসিগী খুনা সমুদ্র মথাদা ময়া তাহুনা পাম্বী ওই। অতৈনা ঈশিংদা তাওহুনা হাং ওই।

চহি লিশিং কয়ামরুমদি পাম্বী হায়বদি উ-বা নাপী-শিংবী অমসুং ঈশিংগী ঙাশিংতমা পৃথিবীদা অহিংবা জীব হায়বদু ওইনা লৈরম্মি। অদুদগীদি ঈশিং কংকাল অনিদা হৌব পাম্বী অমসুং ঈশিংগী অইংবদা অদুগা কংকালগী অকংবদা স্বর হোনহনা হিংবা ঙম্না হঙোইগুম্বা শা-ঙাশিংগী মূপ লাক্লে। অসিগুম্বা ঈশিং কংকাল তুমা তাবা জীবশিংসি মতম থরগী মমুংদা মবুরা শৃংনা চংপা লিল অমসুং অচৌবা চুমশিংগী মওং লৌরক্লে। অমুক অসিগুম্বা শৃংনা চংপা লিলগুম্বা জীবশিংসি তোঙান তোঙামবা মওংদা হায়বদি থরনা মশা পানবা উচেক, অদুগা থরনা মখোম পিথকপা মখোং পানবা জীবশিং ওরক্লে।

মখোম থাবা জীবশিংগী মরুওইবা পোৎ অমদি অসিনি—মখোইনা অতৈ জীবশিংদগী ইতোপ তোপ্না, থা গুড্রিকাও হায়বদি থম্নাই পায়বগী মতিক চাড্রিকাওবা মচাবু মপুক মমুংদা মরুম ওইনা পুই। মখোম থাবা জীবশিংগী অমোমনা জীব অতৈগী

খ্বাইদগী হান্না মখোম পাল্লি, মখোম অসিনা মচা পিথকই। অদুন্না মচানা চাউখ্রিকাওবা মচাবু ভাকশেন্নবগী মমা ওইবগী হৌনবী মনাৎ শেমখি। মরম অসিনা মখোম থাবশিংনা খ্বাইদগী হানবা জীবশিংগী ফুরুবা নত্রগা ইমুংনি।

মথল য়াম্বা য়োংশিং অসিমকসু মখোম থাবা জীব মথল অমা ওইরম্মি। য়োংশিংসিগী মরক্তগী থরমা মতম থরগী মতুংদা মখোং মরিনা চৎপগী মহুত্তা ভুংগী খোং অমিদা শৌহুনা চৎপা হৈরক্লে। অদুম্না মখোইনা মৈদোনা চৎপগী মথক্তা চেনবকাওবা ওন্নক্লে। মসি মীওইবগী মমা তমথৎপা মওং অমনি। হৌজিক ঐখোইনা অমুক্তা মতম কুইনা লিশাং শিংনা লেপ্পা ওমত্রিবসি খিংনা লেপ্পা হৈরকপসি পংকুই কুইত্রি হায়বসিগী থাক্কম নিংশিং-হন্নিবনি।

থাক্কম অসিনা মুপীনা মুপাদগী হেন্না খোৎলিবা করিগীনো হায়না স্কুল ভঙ্গী মুপীমচা অমদা ওঝানা হংলকপদা মহাক্না খুমখিবা পাওখুম অদু নিংশিংহল্লি।

'উম, ওঝা য়েংঙোই' মুপীমচাহুনা খুমলকই, 'মুপাসু মুপীসু য়োংদগী চোংথোকপনি অদুদা মুপীনা থম্না হেন্না চোংথোক্লে।'

মসিদা ঐখোইনা মসিমক্তু হাপচিনবা য়াই—'অহুবু মুপাসু মুপীসু অহুক য়াম্না থাপ্না চোংথোকত্রে।'

য়োংদগী মী ওইরকপাসি য়াম্না থুবা থবক নত্তে অহুপা য়োংদগী হেক্তা ওন্নকপসু নত্তে। চহি লিশিং কয়া কয়াদি অচৎপা য়োংমীশিংতা মতাইরম্মি। মীওইবগী শাহোরকপগী মতাংদা চিথবা

মকম অমা লৈরে হায়না ময়াম্না হায়রৈ। থাজেশেংবদি অসিগুম্বা চিথবা লৈতে। হৌরম অসিদ ঐখোইগী লৈজবা জ্ঞানগী পরিক্ষা-চিথবা কয়ামরুমদি লৈ।

অমরু ওইরবসু মীনা থাজেশেংবা মী ওইরকপসি চহি-লিশিং-য়াংখ্রোমগী মমাংদনি। মরম অসিনা ঐখোয়না উরে, ঐখোইনা মালেমথক অসিদা লাকপসি ইকুই কুইজ্রি, অছুপা মী অতৈপা-চাংদমনরুবদা ঐখোইসি য়াম্না নহা ওইরি। মসিনা ঐখোইবু মী-ওইবগী কন্ককমদা থম্মি, মরমদি য়াকম অসিনা তশেংনা উংলে মহুৎসি পৃথিবীসি মীগীদমক্তা শেম্বা নত্তে। মীওইবদি পৃথিবীগী ইতিহাসতা-থেংনা চোংথোকচরকপতনি।

তেমশ্রবা তাঙ্কক অসিদা ঐখোইনা কোটি কয়ামুক্তী বাক্সি শমলুরে, মরমদি মসিনা মথংগী তাঙ্ককতা লৈনগদৌরিবা অহৈ-জীবশিংগী শাজৎ-শাওংমা ঐখোই মীওইবগী শাজৎ-শাওং অমত্তুং সমাজগী পুন্সিদা কয়া য়াম্না তম্বিবা য়াবগে হায়বছু থজহল্লি।

---

# খ্বাইদগী মতিকচাবা কনানো ?

চহি চাশিং কয়ামুক্কী মমাংদা অতিংবা জীবশিংনা ওল্লি অমস্তুং হোংই হায়বসি ঐখোয়না উরে। চবাপামি ওমবা করিগুম্বদা মসি য়াম্না শাখিনা ওমবস্তু য়াওই,—অচৌবা মখোইগী অকোইবদা লৈরিবা প্রকৃতি অমস্তুং পোৎ অতৈনা হোংলকপগী মতুংইন্না জীবশিংসিস্তু ওল্লি। মখোইনা ওল্লিবা হোংলিবসি তুমথনা মাংখিদনবগীদমক্তনি। অসিগুম্বা মতৌ অসিবু মহৌশাগী থনগৎপা নত্রগা তোঙান-তোঙানবা কাংবুশিংগীমরক্তা হিংহৌনবগী লান হায়না হায়নৈ। অদুগা খ্বাইদগী হেন্না মতিকচাব কাংবুনা হিংহৌই হায়বসি চার্লস ডারউইন্না উৎলম্মি।

থাজৈশিংবদি 'থক হেন্না মতিক চাবা' হায়গদবদা 'খ্বাইদগী হেন্না মতিকচাবা' হায়নরবা খোল্লাও অসিবু হক্কচাংগী পাঙ্গল্দা য়েংহুনা খ্বাইদগী কনবা নত্রগা লাম্থোংনবা ঙম্ববুনি হায়না শেল্লাম্মনা লৌনরে। লৌনরিবা অর্থ অসি অরানবা, ওইবা য়াদবা অমনি নত্রবদি অসিগুম্বা লান অসিদা হিচাবগুম্বা ডাইনোশোর (মখোং মরী পানবা গুন্তীরগুমবা য়ামনা চাউবা শা) অমস্তুং মাস্তোথনা (মতু পানবা অচৌবা শামু) মুংখ্রগা ককচেংনা মশিং লাকখমদনা হিংহুনা থক লৈরম্মোইদবনি।

অচুম্বদদি হাধনরিবশিংসিদগী য়াম্না তোঙাল্লি। শা-ঙা অমস্তুং অতৈ জীব পুম্নমক্কী পুক্সিগী খোংচৎনা নিংথিনা উৎলি মথুদি

পুম্নিগী পোৎচং ওইরিবদি চাউ-শাংবা নত্রগা পাঙল নত্তে, তৌই-শুম্বগুং কাংবু অমগী মনুংদা থৎন-চৈনদনা অমগা অমগা পুন্না লৈমিন্ননিংবগী হৌমশা মমাৎ অমম্তুং জ্ঞান অদুমি।

'মহৌশা লাইরেম্বীদি,' এইচ জী ওয়েলসনা হায়, 'নোম্মিরবা পুমিন্নবগী চান্নবা মরুপ্নি। প্রকৃতি দেবীবু মতমলৈবখিবিক্তা শাই-গদোগী য়োংকদোগী তৌহনতা লৈ হায়বসি শেন্নান্ননা মাবু চোপ-হনবনি।'

প্রকৃতি বিদ্যা হায়বদি পান্বী অমম্তুং শা-ডাশিংগী মরম খঙবা পণ্ডিতশিংনা থিরু হুমলুবশিং অদুমা হায়রিবা মত অসিগী প্রমাণ ওই। জয়গী মতমদা যুবরাজ পিটার ক্রোপোকীন অসি বিদ্রোহী লালহৌবা অমা ওইরম্মি। অদুবু মহাক অসি শা-ডা অমম্তুং পান্বীগী মরম খঙবা পণ্ডিত অমম্তু ওইরম্মি। মহাক অসি সাইও বেরিয়া অমম্তুং মঞ্চুরিয়াদা য়াম্না তোইনা চৎলুম্নে, অদুগা জঙ্গলগী শা-ঙা জীবশিংবু অনকপদগী য়াম্না য়েংলুরে। মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংদা মানা হায়রম্মি মদুদি চিঙ্গাক নত্রগা হিংনবগীদমক কাংবু অমতগী শা-উচেকশিংগী মনুংদা অকনবা লাল অমা তৌই হায়না ময়াম্না অনুমান তৌনবদু থাঙ্গৈশেংবদি অসিগুম্বা লাল অসি মফম কদাইদম্তু মহাক্না থেংনদে। মহাক্না কোইরুনা যাবৎ অদুথৈ মসিগী ওন্নবা হায়বদি অমগা অমগা তেংবাংনবা শৌগৎনবা অসিতা উরকই।

মতিক চাবগী প্রমাণ্দি শক্তিম্তু নত্তে অদুগা কম্ছি চাউবম্তু মাগ্ন : তৌইগুম্বগুং ড'রউইন্না উংলম্নগা শগোক্না হায়রমত্রবা

কয়িগুম্বা শা থরগী মরক্তা অমগা অমগা তিন্নহুম্না, অকমবা কন্দবা পুন্নমকপু য়োকনমবা অদুগা কাংবু অদুগী ঙঙলগীদমক অমনা অমন্তু তেংবাংবা ওম্বগী শক্তি অসিনা মরু ওই। মসিবু য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা মহৌশাগী অকনবা থুদোংথিবা হায়বদি ঈশিং-মুংশিং মৈ চৌং-মান তুমেলনচিংবা অদুগা অতৈ অতোপ্পা শাশিংগী থুদোংথিবশিং নমথৎনবা অমগা অমগা পুনশিন্দুনা নকশিন্ননা লৈরিবা জীবশিং অদুত্তনা হিংহুনা লৈবা ঙম্মি।

কাংবু তোঙান তোঙানবা জীবশিংগী মরক্তা চিঞ্জাক্কী ওইরবস্নু নত্ত্রগা লম মচেৎ অমগী ওইরবস্নু থৎনবা য়েংথিনবা অমস্তুং মুন্নবা থরদি মরৈ। তৌইগুম্বস্নুং কাংবু অমতগী জীবশিংগী মপুং-দদি মহৈ মহৈ তেংবাংনবা অমস্তু নোম্মিন্নবা হায়বসি মহৌশাগী নিয়মনি। পুন্সি লিলাদা জীবশিংহু হিংলোই অদুগা থৎনবা, কুনবা জীবশিংত্তনা মুৎখি।

অতপ্পা তৌইগুম্বস্নুং তিন্ন-তোংনবা হৈবা শজী, শগোল, মণ-নচিংবনা নোংশা অমস্নুং কৈগুম্না মদোম থেকনবা তমথিবা শাশিংদগী মশিং হেল্লিবা অদুগা তকশিনগদবা থুম্নুথরংদগী তিন্ন তোংনবা হৈবা কাংতনা মশিং হেল্লিবা অসি মথক্তা হায়খ্রবা বাকম অসিনা মরম অমা ওই। বনগী শগোলদা মল্লুপ নাইনা লৈ। কৈগুম্বা শারাকপা জীব অমা হেক উবগা কুংনা ইকোই কোইনা পন শাই অমস্তুং লান্দাম্নকপন্তু তকথোকই। মল্লুপতগী শেংতোকত্রিমখৈ কয়ি-গুম্বা শগোল অমতবু লাকপা নত্ত্রগা হাৎপা ঙমদে। অসিগুম্বা পিক্কবা উচেক পিংথাদোই চাম-চামনা শারকপা থুম্নুথরং লাক্কগা পুন্নপ পুনশিন্দুনা তাথোকই।

শা-ঙাশিংগী মরক্তা ওইরবস্থ নক্রপা মীওইবগী মরক্তা ওইরবগী লাল্লারকপশিংবু তাম্মোক্পতনা ওইবা য়াদে। জীব খুদিংমক হিংনবগী চিঞ্চাক লৈগদবনি। মকম অসিদসু ককচেংগী হৌরক্লা শঙম কাওবগী জীবশিংমা অমগা অমগা তেংবাংনজুনা, পুরক্লা চিঞ্চাক থিবা চংলি। শঙ্গু ওইমা মচিঞ্চাক থিবসি শওমদা মদু, তৌইগুম্বশুং উচেক অয়াম্বস্থ তৌই। লাল্লা মাকম অনিমক্তী নোংথক্তী শক্তিমা লাওহানবা এরোপ্লেন থাগৎনবগুম লংজাশিংসু মথোইগী মরক্তগী থরবু য়াংনা লাওহানবা থাগৎলি। অমত্তংমা অশিবা মশা উরবদি অউবত্থনা অতৈদা ঈঙ্গিং পি, অহুদগীদি মরাক পুম্নমক ঙসাইগী অশিবা মশাতুদা পাইথৈ। য়াইমুশিংনা শঙ্গু শঙ্গু মচিঞ্চাক তাই। ঙা কাবা ভুমশিংনা লাং ময়াম পাইদুনা কাচিন অমদা ঙা তকশিনবগুম য়াইমুশিংস্থ থা-মচেৎ শানা কংকাললোমদা ওনশিন্দুনা ঙা জোপ থোই।

নোংমরত্থনা চাবসি তীল-কাওস্থ তৌই। হরিঙ্ঘাই অমসুং কোবা তিলশিংস্থ হীরম অসিদা ফনা য়ায়া চাউথৎনবস্থ ককচেংমা য়ায়া চাউথৎলবা সমাজ অমগী ফিদম লৌনকম ওইবা উদাহরণ পি। ককচেংনা থবক খুদিংমক হায়র্বদি চিঞ্চাক থিবা, মহুম-মথৈক শাবা, ককচেংমচা য়োকপা অসিনচিংবসি ময়াম চংহুনা মরাকতী ওইনা তৌই। মচিন্দা হুকক্তিনথিহুনা তখাই অমরোম জুরুনা চাথিবা পোৎ অহু ওথোকহুনা ককচেংশিংনা চামিনৈ। মবুক লাখা ককচেং অমনা মবুক থনবা ককচেং অমা ওরুরবদি চাসনী পোং হুৎই অহুগা মবুক থনবা ককচেংহুনা ঈশিং থাম জৌরুরমা

য়েক্সা পাএই মতুদি অমুম শাগ্নবদা মনাক্তা লাকপা লমহৈবু মাইস্লক্পি হায়না লাক্লকই। হিংবগী মুংঙাইবা কোংনবগীদ নক্তা জীবিংগী সমাজ দরকার ওইবা নত্তে, তোইগুম্বম্বু সমাজ অসিনা বাংলিয়া সুংঙাইমিন্নবা অমম্বুং দয়া মন্নানচিংবা গুণশিং কোংই। খোংজেকপা জীবজন্তুবু নজ্রগা অতৈ অতোপ্পা শ্যা-উচেক্কী মচা-মত্তবু পিজ-পিথকপা হায়বসি অয়াম্বা জীবশিংনা উৎলবা অগুকপা মঙুণ অমনি। রোম সহর শারম্বা রেবস অমম্বুং রেমিউলসপু করম্বা শওম অমোম্বা শওম মচাশিংগা লোয়ননা য়োকলহগে হায়রম্ব মখোইগী ইতিহাসনা তাক্লিগনি। অম্বুম্বা হায়নৈ মতুদি উক্রীং মচা অনিথক মহুমদগী হুমদোকখিবনা মাংলবদা নোংচাল্লগা খোইনিং মহুমদা খোইনিং মপীনা মচাশিংগা লোয়মনা পিজ-পিথকতুনা লৈরম্বতু উবদা জর্ম্মন কবি গেটে ঙকখি। গেটেনা মস্ত্রিগী থোদোক অসিদগী ভাবষ্যন্তা মীওইবগী চাউখৎলকপগী আশা অয়াম্বুই। জেনৱ অমা শা তামবনা কাপথুরবদা অতৈ জেনরশিংনা অশিবা মশ্যাগী মনাক্তা তেংথাহুনা কপ্নি, অম্বুম্বা মতাগী মুংশিবা নৈমাক অমম্বুং শাদানবা মীগী খোজান হৈতবা অনি অসিগী নৈশী ল্যাংঙি। মতৈ-মনাও মজ্রগা মচা কাইনবদা য়োং অমম্বুং শক্লীম্বু অসিগুম্বা অরাব কোংদোকই।

অতৈ বাইরুশিংনা মাইল ৩০ দাপ্পা ঙা লৌক্লরগা মিত্তাংবা কাইম্বু অমথকপু পিজ-পিথকপা উই। অদুগা ভারত্তা হয়ানবা হৈবদি হার্নিা লৌদবা ঐখোইগী মরুপ কাক্ক। মযামবা মিত্তাংবা কাকং অনি অহুমবু মচিঙাক ইশবিবা উই।

অস্থুম্না শা-উচেকশিংনা অমগা অমগা চান্না লৈরিবসি হুংশিবা অমম্ভুং চাদত্রুমা শিগমি হায়বগী অদুগা অতৈ শাশিংমা হাংখিনি হায়বগী কিবা হায়বা হৌনশা মনাং অসি অসি লৈবদ্রিজি। মরম অসিনা ঐংখোইনা উরে মতুদি সমাজ নত্রগা পুনশিন্নবা হায়বসি মীওইবনা শেম্বা নত্তে। মীনা মী ওইন্নিবৈ কম্ফংদা চান্না লৈরম্মবনি। অতুবু মীওইবনা থ্বাইদগী ফুংদা লাক্লবসু নোক্সিন্নবগী মনাং অসি য়েৌনা চংখোম্না চাউখৎহল্লে মতুদি প্রকৃতিগী শক্তিশিংবু জয় তৌবদা মসি শীজিন্নরে। মরম অসিনদি মীওইবনা শা উচেকশিং অতৈদগী মকোক থোংনা মখোইনা লৈরিবনি।

মরম অসিনা য়েনবা হায়বসি মহৌশাগী নিয়মনি, অদুগা থ্বাইদগী হেন্না কম্ফু ফুদোক্লা লাল শোক্লবা ওম্বা অদুতনা হিংহোই হায়না কনাগুম্বনা নখোইগী ওঝামক্লা হায়রবসু থাজক্কগনু। হিংনবগী লম্বীদি নোক্সিন্নবনি, য়েনবা হায়বনি যমগী লম্বীনি।

অমগা অমগা তেংবাংনবসি মীওইবগী হৌনশা মনাং ওইনা অচুম্মক লোইনন্নকপা নত্তে। প্রেম বাম্মিন্নবা অমস্থুং লেজোম্নবগী নৌরপ তৌবা হৌনশা মনাংকা লোইননা মীওইবনা মপা অপু শা-দগী হিংসাগী, শাংমচৎকী অমস্থুং হিংচা-কোচাবগী শরুক থন্না থন্না চেন্নরকই। ঐখোইগী ইশাদা হৌনশাগী খুচ্চিং অনি অসি ইতৎতম্না থৌরি চিংনবগুম চিংনতুম্না লৈ। অদুগা খুচ্চিং অনি অসি রবর্ট হুই স্টিবেশনগী বারীদা পাত্র অনি হায়বদি ডক্টর জেকীল অমস্থুং মিষ্টর হাইড অনিনা খুদম্নি।

হিংগে হায়রবদি য়ামদ্রবদা মাপ্পী কৈরোই লৈকাইগা চারুনা ইংনা য়ুমলেমখক্তা। লৈমিয়মগদবনি হায়বসি মীওইবনা মতম কুই-ম্নবী-য়াম্না বানা। তমগে হোৎনরক্রিবা পাড়া অমনি।

কান্নবা, মপংবগী থৌদৌ ওইবা তমখিরবা অমসুং মতম কুইম্না শাংনা শোক্লবা লানশিংসি য়েংলগা খল্লুবদি মীওইবনা পাড়া অসি অছুক য়াম্না তম্লিনদ্রি হায়বা উই। তৌইত্তবসুং তম্মি শোইদবনি নত্রবদি শোইদনা মুৎকনি।

অমসু ওইবসু মীওইবনা লৈবাক মচা তাত্রবসু খাংলা কয়া লেপ্পা ল্যাইদবা কৈরোই লৈকাইগা লৈমিয়মগী মখল অমা অয়াপ্পা চাংয়েং য়েংলক্লিব', অছুগা মৈহৌরোন্দগী চৌরছুনা ওসি কাওব-সিদা ঐখোইগী তাইবংমীগী ইমুং নত্রগা সমাজ অসিনা থয় থয় তপ্পা তপ্পা মীশিং অমসুং লুশিনবা হেন্নকলিবসিগী বারীদি অঙকপগী মশক্লি ঐখোইনা ইতিহাস হায়রিবত্থু মীওইবগী বারী অসিবুনি, ইংরেজীদা History—his = মহাকী story = বারী, মীওইবগী বারীবু খঙবে। পৃথিবী পুম্বদা মীওইবা ঐখোইনা য়াম্না বানা খঙ্গো-হৈগে হোৎনরিবা অপুনবা পাড়া অছুগী পংতি খারা তমগে হায়রবদি মীওইবগী বারী অসি ঐখোইনা খঙবা য়াত্রখা য়াম্না নুংকামবা বারী অমনি।

---

# ফুরুপকী বায়েল-কাটি

চহি লিশিং কয়ামুকী মমাংদা লৈরম্বা মুপা মুপীবু ওসি ঐখোইনা সাধারন ওইনা 'হিংচা-কোচ্চাবনি' নত্ত্রগা ধর্ব্বরনি' হায়না লৌনৈ। তৌইগুম্বস্মুং বাহৈশিংসিনা ভুকচ্চবা হঙোইবা অমা তাকই। বাহৈশিংসিনা খোইদোক হেন্দোক্লা। শা-ঙাগী লিচৎ ওইবা ভমখিবা মী অদুগী মূর্ত্তি অমা ঐখোইগী খোপ্তা শেম্মি; অদুগ্না মখোইসিগা চাংদম্নকবদা ঐখোইসি য়াম্না হেন্না লৈবাকমচা তান্নরা অমম্মুং হেন্না করবা অাং অমনি থন্দুনা ইশা ইতোমতা মুংকাইজৈ।

অমরোমদনা মী হায়রবা অাৎসিনা শেংলিজৈ, অমোৎপা থুনাম নাজৈ পকত্রিজৈ, অদুগা য়াম্না সরল ওইনা লৌথুপ লোকোই লৈত্তনা অশেংবা মুংশিত্তা ইংনা, মায়না লৈরিজৈগী মীওইবগী ইতিহাসকী মৈ মুরকপা 'সনাগী মতম' হায়না শিংথানবা মতাং অদুবু য়াম্না খোয়াংনা য়েংহনা লৈবা মী খরম্তু লৈরি।

তৌইগুম্বস্মুং ইতিহাস পারকরবদি মুরুরিবা ভাব অনি অসি অমতা চুমদবোই নিংই। 'সনাগী মতম' অদু ঐখোইগা য়াম্না থাপ্নবা মরম্না ঐখোইবু শুঙ্কাৎপানি। ঐখোইগী ছৈরেং লাইরিক্লা হায়রবগুম অথাপ্পনা য়েংথোকলুবা পোৎকী শুঙ্কাংপা মতো হেন-গৎহল্লি। মতমদুদা মায়বা হায়বরু লৈরম্মি চুমই। অদুবু খরা মুমা য়েংশিল্লবদি মায়বসি জ্ঞান্দা, মুংঙাইবদা, নত্ত্রগা লন থুমদা মায়বা নৎলমত্রে; তৌইগুম্বমুং পাংবদা অমম্মুং অনংবদা মায়বা

ওইরম্মে। ইটালীগী ইতিহাস হৈবা পণ্ডিত অমনা মমাংদৈগী অকবা মতম অদুবু তুজুংমনা খৌরাংলিবা মীশিংবু অহিং অমম্মুং ঐখোইগী ইপা ইপুগী কমুংদা তুম্বদি ফগনি হায়খি। অওইবমক পণ্ডিত অসিনা হৌজিক ফাওবদা সনাগী যুগ রামরাজ্যদা লৈরিবা অদুগা। কমুং য়াওত্রবস্থ বেরা লৈত্রিবা ভারতকী মীশিংসিবু হায়বদি নত্তে।

হৌখিবা মতমগী মরমদা অসিগুম্বা হয়াও তুজুংনবগী ভাব অসি লাল্লবদি ঐখোইগী থাপত্রবা ইপা-ইপুশিংবু হন্দোইনা তুকচ্চনা য়েংবসিম্থ লাক্লি। ঐখোইনা চাউথোকচরিবা চাউথংপ সিগী যুক্ষম খোনবিরম্বদি অসিগুম্বা ইপা ইপুশিংননি। ঐখোইগী মতমসিদা খ্বাইদগী হেন্না তমখিবা লাল খোক্লিদৈসিদা, ঐখোইনা পংশা-শাজিনকদে।

অচুম্বদি অসি ওইরবোই নিংই মতুদি মচিমদৈগী মতমদা মীওইবসি ধর্ম্মগী অবতারস্থ ওইরমদে নত্রগা শা-হাগী মূর্ত্তিস্থ ওইরমদে। মতম অদুদা মহাক অসি ঐখোইগুম্না অনিমকী য়াম্নবনি। তৌইগুম্বম্ভং ঐখোইদগী খেন্নবা অমনা মহাক নত্তা ওইরম্মি; মরম অসিনা অমরোমদমা থরা হেন্না পংই অদুগা অম-রোমদনা থরা হেন্না লাক্ল ফানবা য়াদে। অসিগুম্বা মথাই-থাইনগী মীশিংগী পুকচেল খোইজেল অসি চহি তরেত্তগীনা তরামন্না ফাওবগী মুপামচাশিংবু শারমচংকী থাক্তা লৈ হায়রগা ঐনা চহি মতাং অসিদগী মমা-নপা অমম্মুং গুরুনা ফেলহন্নবা মখোইদা মথাই-থাইনগী মীশিংগী পুকচেল খোইজেল অসি থত্তহনবদা য়ারা

নিংখিনা তেংবাংলবোট নিংই। মরম অসিনা ঐখোইনা 'শারমচৎ" অমস্থং "খর্ব্বর" হায়বা য়াইফিং'সি থাদোক্লবা হোৎনগনি, অদুগা ইপা-ইপুশি য়ু লৈশি-লৈখোনবস্থ নত্তবা অদুগা ছস্থবস্থ নত্তবা মৈরিংবা হায়না কৌগনি।

হৌজিক্তি মথাই-থাইনগী মৈরিংবা ইপা ইপুনা শেম্লগা সমাজগী মওং মতৌ করিনো? য়াহং অসি খুদ্দা লাইদে, মরমদি পণ্ডিত মখল অদুম হায়বদি ইতিহাস হৈবা, মীওইবগী অবয়ব অমস্থং সংস্কৃত (খোইমিংলোন) খত্তবা; অদুগা মৈহৌরোন খত্তবা অদুম অসিমক হীরম অসিদা মত তোঙান তোঙালি।

অসিগুম্বা অশিংবা মীশিংগী খুৎপু অমনা মীওইবসি ইহান হানবদা ঐখোইগী হৌজক্তী ইমুংগা খোইমা পাংথেন-খেম্নদনা মুপা অমা, মুপী মা নত্রগা অনি অমস্থং অতাং মুপীশিং খরদনা ওইবা অপিক অপিকপা পরিবার শেমজুনা লৈরম্মি হায়। মতুংদা অসিগুম্বা অয়াম্বা পরিবারশিং অসি শাগৈ অমস্থং ফুরুপ্তা তিল্লে। শাগৈনা কাংলুপ মচানি, অদুগা ফুরুপ্পা কাংবু অচৌবনি।

অতোপ্পা কাংবুগী খুৎপু অমনা মীওইবগী পুন্সিদি ইহান হানবদা অসিগুম্বা তোকখাইবা পরিবারদগী হৌদে, তৌইগুম্বস্থং কাইনখৎদা পরিবার মচা মচা থোকখিবা শাগৈ অমস্থং ফুরুপকুম্বা অচৌবা কাংবু ওইনা লৈবা হৌখি হায়।

হৌজিক্তি ঐনা হোগংলকপদা হায়খিবহুনি, অসিগুম্বা চহি লিশিং তরা নত্রগা কুনগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক্তী মরিদা হোৎনবদা কনাগুম্বা অমত্তনা তরেপ্পা খত্তবা তমদে, খাইদগী হেন্না

শিংলবা, খঙলবা পণ্ডিতশিং কাওবা অরেপ্পা খন্তদে, মখোইগী ভূম্বা হায়ববু য়াম্না শিংনা অন্দাজ তৌবা 'সিতনি। ঐদি পণ্ডিতশিং ওইরৌদ্রে অদুগা খোইদোক হেন্দোক্লা শিংবা হায়বদুসু ওইদ্রে; অদুবু ছীঙম অসিদা ঐনা পাজরুবা খিজরুবা খরা অসিদগী খোঙপা ঐগী অনুমানদি অসিনি মদুদি ফুরুপ অমসুং শাগেনা' হায়রি, পরিবার মতম্রগা ইমুংমা কোল্লি। মরম অসিনা ঐখোই অহানবা ফুরুপকী বারী তৌসি।

মীওইবনা কয়াম্না অমসুং করিগী ফুরুপ ইহান হায়না শেম্লিবগে হায়না হংঙকপা য়াই। মসিগী পাওখুমদি অমত্তা ওইবগী হিরদা নত্তনা ফুরুপকী মওংদা পুনশিল্লগা মীশিংনা হিংনবগী খ্বাইদগী অরাইবা পাম্বৈ উবমনি। করিনা বা অমনা নোংমৈগুম্বা খুদম-খুংলাই য়াওত্রিবৈ সিদসি মী হায়বা জাৎ অসি থর হেন্না কয়বা শাশিংগী মখুত্তা লৈরম্মি। মীওইবা হায়বসিনা শাতানবগুম মশা-মকপুসু অতৈনা তাম্নম্মি। অসিগুম্বা মশানা তামবা অমসুংদা অতৈনা তাম্নকপগী থবকশিংসিদা অদুকী মতিক মী য়াম্না পুনশিন্দুনা চৎথোক চৎশিন, লানখেংনবা অমসুং শাতানবনচিংবা তৌরিমখৈ অদুকী মতিক মীওইবনা মশা মশাবু কল্লব। অমসুং চিল্লকি লাং শিনজবা ঙম্মি।

অসিদসু মত্তনা ফুরুপ হায়বসি মীওইবগী মপা-মপু শা-উচেক্কী খুন্তম ওইনা লংহোব। অমসুং মওং অমনি। কৈ-হৌদোংগুম্বা শাহিং চাবা জীবগীশিংগী কাংবু থর নত্তনা অদুগা গোরিল্লা অমসুং মী মরাম ওরেং-ওটেং নত্তনা চিম্পাঞ্জবী থাবা অয়াম্বা মখোয় থাবা

মীয়ামশিংদি সমাজ লিঙবা জীব ওাক্তনি অমসুং মখোইমা কোল্লুপ চাওনা চাওিম। 'শাহুনা নৈ। মীওইবগী ফুরুপ অমসুং শাউগে হায়বসি শা-উচেকী অসিগুম্বা কোল্লুপ নত্রগা শঙ্গুনি।

হৌজিক্কি ফুরুপ শেমগী মওং, মচাক অমসুং ফুরুপ অফিসী মসুংদা নৈবা মীশিংগী মরক্তা নৈনবা মরীগী মতমদা হায়রকেং য়েংসি। ফুরুপ 'কয়া চাউই? কনানা ফুরুপকী মেম্বর ওইগনি? করিনা মেম্বরশিংসিবু পুম্না? মখোয় করম্না নৈ? মখোইগী জীবিকাগী উপায় করিনো? ফুরুপকী গভর্ণমেন্ট মত্রগা নিংথৌ নৈব্রা? অষ্ট্রেলিয়াগী বুসমেন (মোংশোংগী মী), আফ্রিকাগী নেগ্রো, আমেরিকাগী রেদ ইণ্ডিয়ান, অছুগা অমাং মেরুগী এস্কিমোনচিংবা ফুরুপশিংসি মতম য়াম্না কুইবদগীনা হৌজিক ঐখোইগী হাল্লক কাওবা নৈরকপা মরম্না ময়ামসিগী মসুংদগী করম্বনা মথক্তী বাহংশিংগী অচুম্বা পাওখুম পিনগদগে চায়বসি খনবদা ওইখোক্কে। অহুমথক ওইহুনম্নু ফুরুপা অমত্তা ওাইবা অমসুং ইঙম ওম্বা সমাজ সংস্থান অমা ওইরিঙৈগী মতমদু ঐখোইনা চাওরাক্না য়েংখোকপা য়াই।

অসিগুম্বা ফুরুপশিংসি ঐখোইনা শাত্তানবা হায়না খল্লৈবা মীশিংসিনা শারম্মি। মখোই অসি লিরুং তেন অমসুং তাগুম্বা অচম্বা থুংলাইনা বনগী শা মত্রগা ওা তান্দুনা কাই। বনগী উহৈ, উরা-উরুম হেকতুনা অমসুং ফুকতুনা মখোইগী চিঞ্জাক মথেম্বা হাপচিল্লি। 'অমুম্বা মখোই অসি উহৈ হেকপা মীসু ওইরম্মি। অহুবু 'পেহ, কৌ নত্রগা মনামশিংনচিংবা চিঞ্জাক কয়মা হুনগদগে খাগদগে হায়বসিদি মতমদু কাওবদদি থঙলমদে। মতৌ অমুম্বা

কুরূপশিংসি শা-উচেক লৈবা বম মনাক্তা মত্রগা ভা য়ায়া লৈরা তুরেল, পাং নত্রগা সমুদ্র ময়াদা লিঙবা উই। পিক্লিবা অহাং মুপামচা তুপীমচাশিংনা ঈশিংদা শায়নিংলিবা অতুগা অহম ওইবমা সমুদ্র ময়াদা ছুটিগুম্বা অহাংবা মতম লেপ্লিংলিবসি শা অতৈগা শরুক য়ামিম্নব' মীওইবগী ইহান হামবা ঈশিং পাম্বা হায়বা য়াগ অসিগী কৈনিংচিংনি হায়না খয়না ইঙ্গিত তৌনৈ।

অস্রয়া ফুরুপকী পুন্সিসি হাক্তে হাক্তে চাবগী মওংনি। মৈচিংবা ইপা-ইপুনা নোংজুপাগী থাকপা পৈশিনবা হায়বসি থওদে। পুন্সি অসি মখোইদা উসব মত্রগা ব্রত অমা ওইরম্মি। ফুরুপকী হৌনবী লৈবা মফম খুদিংদা তৌজিকস্থ মসি তৌরি। আফ্রিকাগী হোটেনটোট খুদিংমক থবক শুদবা ভদ্রলোক ওইনা পোকপদগী তৌই। অতুগা আমেরিকাগী রেদ ইন্দিয়ানশিংগী ময়ক্তা তুংগী চানবা থাকপা হায়বসি থওমদে। মথাগী বারী অসিমা উংপগুম এস্কিমোশিংগী করিমতা চিন্তা লৈতে।

ইউরোপ্তগী লাকপা লমকোইবা মুপা অমনা মতাকী লমজিংলিবা এস্কিমো য়েংহনা হংগকই—"নং করি খল্লিবগে?"

"ঐ করিস্থ খল্লিংগাই লৈতে, খোংনবা শা ময়াং কাইনা লৈ"—এস্কিমোনা খুম্মি।

মৈরিংবগী ফুরুপ্তা মুপা পুয়মক্তা শা তানবা চৎলি অতুগা মুমিৎ তাবগী মতুংখাইদা মতু মচানা য়াম্না খৌরাংনা ভাইহনা লৈরিবা শং অতুদা হল্লকই। অতুদগী মখোই পুয়মক পুরক্কা চামিরৈ। উসব অসিগী তুংদা মখোইনা য়াম্না পামজবা জগোই

শাবা হায়বহ্ তৌই। চপ মান্নবা খৎন-চৈনদনা চামিদৈ। মরম অসিনা মরম্লাই হায়বসি মতম অহু কাওবদদি লৈরমদে। মানা হাচ্চবনি হায়দুন মতোমতনা শা অমা চাগে তৌরুবা মী অহু ফুরুপকী মকমদ। বিশ্বাসঘাটক তৌবনি হায়না লৌই। ওসি কাওবা আফ্রিকাগী হোটেনটোট ফুরুপকী মেগ্রো অমদা করিগুম্বা খর শাঁরবদি মহু লৈরিবা ময়াম য়েন্নহনা চাই।

বন জঙ্গলদা চায়মদাইদা মতোমতা ওাইরবদি অনকপদা কনাগুম্বা চাদবা লম্বী চৎপা লৈরবদি মাগা চামিন্নসি হায়না কৌবগী মওংদা চাত্রিবৈগী মমাংদা অহুমলক হৌনা লাওবগী কজরবা প্রথা (চৎনবী) অমা লৈ। ঐখোইনা শারমচৎকী মী হায়না কৌম্বিবশিংবু মখোইসিনি।

মৈরিংবা ফুরুপশিংসিগী মরক্তা খরদি মী-শা চাই হায়বসি অচুম্বনি। তৌইগুম্বসুং কেদৌৱৈদস্তু মখোইনা মশাগী ফুরুপ্তা লৈবা মীগী শা চাদে। ফুরুপকী মাংমদা লৈবা মীশিংহুতবু শা কঞ্জবা কান্দ, পুকী মৈশানা য়ারকত্রহনা চাবনি। মখোই লৌ খোইবা চৈত্রি তায়বসি অমুকম্ম নিংশিংলি। মীশা চাবগী মরমদা মখোইনা অম্ম্যা য়েংলম্বা য়াই—ফুরুপ অনি লান শোরুবা মতমদা য়েরুবগী অশিবা মশাশিংহু ফুম্বা নত্রগ। পৎতুনা মাংখিবগী মহুত্তা চাখোকপনা করি অকায়বা লৈবগে?

চিঙ্গাক্তা নত্তনা অরৈবা পোং খুদিংমক চপ মান্নবা য়েদৈ। কনাগুম্বনা হি মচা অমা শারবদি মহু অতৈনা শিজিন্ননিংবা মতমদা শিজিদৈ। ইউরোপতা লৈবা মীশিংদগী মরম্লাই খম্বগী মতৌ

অময়রক্লবদা এস্কিমোশিংনা মখোইগী লনথুম মায়রক্কবত্থু ককথুনরই, অহানবা পাম্বৈ অমা পুখোক্লম্মি অস্তুম্না পাম্বৈ পুখোক্লমজবুনি, মখোইগী ফুরুপকী মরু ফুরুমগদবনি। এস্কিমো অমনা মায়না ইনাক খুল্লকলবদি মহাক্না চাওবা উসব অমদা ফুরুপকী মী, পুন্নমক চাক থাংই ; অমুদগী মাগী লম অমু ময়ামদা য়েন্থোকই। অমুদগীদি ময়ামগী মমাংদা য়াহৈ থয়দং মহাক্না হায়—"ঐ হাল্লদগী হৌজিক্লা ময়েং ভাথরবস্থু ময়ামগী মফমদগী মরুপ ওইবগী মুংশিবা প্রেম ফংজবদা মুংঙাইরে।"

পৈশিল্লিংবগী অসিগুম্বা করাম্বগী মনাৎ লৈতবা মরম্বা এস্কিমোশিংসি থ্বাইদগী হেন্না তিন্নবা মুংঙাইবা অমস্তুং থ্বাইরমগী হেন্না ইংনা অমস্তুং অতোপ্পগী মবুক মাহন্দনা লৈবা; মী কান্দবা অমা উই।

হাৎন-শুনবা হায়বসি মখোইগী মরক্তা থওদে ; অমুগ্রা এস্কিমোগী অঙাং অমনা অমদা খিনা চৈগে হায়না চৈরবদা "নংগী নমাদি ফি ফোৎপা হৈতে" নত্রগা "নংগী মপাদি মমিৎ নামা ভাংই" অসি মথৈতনি।

মরম্লাই সম্পত্তিগী অভিশাপ থুংত্রবদি মৈরিংবা ইপা-ইপুশিংনা লুহোংবা মত্রগা ইমুং হায়বসি হৌদোকখিদে। ফুরুপ অমগী মুপী মুপা পুন্নমক ফুরুপকী ওইনা অপাম্বা মতুংইন্না পুংবা হোংনমুনা লৈ। পোক্লকপা অঙাং পুন্নমক ফুরুপকী ওইনা লৌরম্মি। অঙাংশিংনা অমুন পুন্নমকপু ইপা অমস্তুং ইমা হায়না কৌরম্মি।

অসুম্না মরম্নাই সম্পতি অমসু পরিবার লিঙবগী প্রথা লৈন্তবা ফুরুপকী লোনচং শেপ্তং অসিনা হকচা অমসুং আত্মাগী মপু ওইবা মুপা মুপী খুদিংমকপু মহাক মহাকী হাকন ওইরিবা ফুরুপ্তা করম হায়না পুমসুপ লুপহনবা অদুগা মুপা অমনস্থু মুপী খুদিংমকী চিঞ্জাক অমসুং লোইনবা নত্রগা লোইনবী করম হায়না ফুরুপ্তা পিবা অসি পুন্নমক ঐখোইনা উরে।

মী অমবু ফুরুপকী ওইনা লৌবসিনা সংস্থান অমা ওইনা ফুরুপকী মরুওইবা খোইদোকপা মতৌনি। নিতিগী পুন্সদা খোকপা খবক খুদিংমক, থৌদোক খুদিংমক ফুরুপকী ওইনা থৈরে। মী অমমমগী অধিকার অমসুং মনিং তম্বা ফুদোকপগী বাকম অসি ইতিহসকী মমৈবাইদা লাক্কদবা ওই।

ফুরুপ সমাজগী ব'য়েল কাটিদি মী খুদিংমক পুন্নমকীনি হায়বা অসিনি তৌইগুম্বসুং বায়েন অসি চংনবদি ফুরুপ অদুগী মপুং-ফদনি হায়বনি হায়হৌগে। ফুরুপ অমগা অমগগী মরক্তদি অসিগুম্বা ইচিন ইনাওগী ভাব অসি লাইবক থিবমা লৈরমদে। হৌজকী জাতিশিংনা তৌনরিবা অসিগুম্না ফুরুপ খুদিংমক ঈশ্বরনা থনগংপা মী'শংনি হায়না থম্নরম্মি। অসিগুম্বা মন্ত্র কামথ্রবা পনমুং অসিগী বাংমদদি হাংনবরু হাংমবনি হায়না লৌদে, ডাকাতিবু ডাকাতিনি হায়না অমুক লৌনদে। অদুগা অঙ্গম্না ফিভম অসিদা লাল হায়বসি মীওইবগী শাজং অমসুং ছেফম অমা ওইরক্লে।

পৃথিবীদা নিংথৌ খুভম ইতাম হান্না শেমগৎখিবদি অসিগুম্বা লালশিং অসিননি। ফুরুপ অমনা শান্তি ওইনা শাতান্দুনা লৈরিবা

যাবৎ অতুমথৈদি নিংথৌগী দরকার লৈরমদে। অসিগুম্বা ফুরুপ অসিদা মপুংফানা মান্নবা অমস্তুং গণতন্ত্র লৈরম্মি। চৎনবীনা ফিভম অসিগী অমতা ঙাইবা আইন হায়বদু ওইরম্মি, অদুগা ফুরুপকী ওইবা ময়ামগী মতনা অসিগুম্বা চৎনবী অসি ঙাক্না চৎপ্রা চত্তব্রা হায়বসি য়েংশিল্লি। ফুরুপশিং সিনা অমনা অমগী মরমদা হায়বদি ঙা-ফাকম, শাতানফম্নচিংবা মফমদা হেক্সিল্লুবদা মুপা অমনা লুচিংবা ওইনা খিনগংলক্লবগী খুদোংচাবা অসি মতুংদা থোকপক্কদৌরিবা লাল অদুনা পি। অম্মা অগুম্বা শম্বসি লালনমি, অদুগা অমুক লাল থোকহল্লিবসিস্থ অগুম্বাশিংনমি।

ছেংগৌ ওইনা করিগুম্বা লালফম অমদা ফুরুপ অমবু লুচিং-খিবা নেতাদু লাল লোইরগা মাগী লুচিংবসি হেক্তা লোই। তৌইগুম্বস্থং মতম খরগী মম্ন'দদি লান্দা লুচিংবা মী অদু মহাক্না শিদ্রক্কাওবা লুচিংবা অতুম ওইরক্লে। অদুদগী অমুকস্থ খরা হেক্সিন্না খরা লৈরগদি শিথ্রবা নেতাগী মচাঙনা মপাগী আত্মাগা মরী লৈনৈ অমস্তুং মপাদগী পাওতাক্লচিংবা ফংই হায়না তৌশিন্নবা হৌরক্লে। শিথ্রবা নিংথৌ নত্রগা নেতা অদুবু সম্মান তৌবদগী নত্রগা কিবদগী ফুরুপ অতুনা মচান্নপাঙবু নিংথৌ অমস্তুং মাগী হুকুমবু আইনি হায়না লৌনরক্লে। অসিগুম্বা স্বত্ব ওইনা শক্তিগী খুভম শিনবগী প্রথা অসিনা মতম খরগী মতুংনদি অঙম-অথৌ অমস্তুং নিংথৌ শেমখি।

বনগী শা-উচেকশিংবু তেহনবা অমস্তুং লোইবা হৈরকপসিনা মৈরিংবগী ফুরুপ অসিদা ইহান হানবা অহোংবা হায়বদু ওইখি।

থ্বাইদগী ইহান হান্না য়ুমদা লোইখিবা শাদি মীওইবগী থ্বাইদগী লিরবা মরুপ হুই অসিনি। যণবী-যন্নাও, উট, শগোল, ওক, হামেং, য়াও অসিনচিংবসিনা মনিং খোম্মকই।

অস্নুম্না অনৌবা মওংগী ফুরুপ অমা থোরক্লে—মহুদি যণ, শগোল অমস্মুং য়াও শঙ্গু শঙ্গু শেনবা য়াওশেন্নবগী ফুরুপ। অসি-গুম্বা ফুরুপশিং অসিনা মখোইনা লোইরিবা শাশিং অহুগী মপান্না হিংই। মখোই শাশিং অসিগী মখোম থকই, মশা চাই, অহুগা মকি-মরোল অমস্মুং দম্বুরগীদমক্তা মতু লোই, পোংলুমস্মু পুনচল্লি।

অসিগুম্বা য়াওশেনবা অমস্মুং শা-তানবগী ফুরুপশিংদা মান্নবা অমা লৈরম্মি মহুদি অনিমক কোইচং চংপা ফুরুপ ওক্নি। মখোইনা করিগুম্বা মকম অমদা লৈতাহুনা মযুম-মকৈ লিংদে। গুহাদা নত্ত্রগা থাংপোকশংদা মতম থরদগী ওইনা পনকম অমস্মুং পোত্থাকম ওই-রম্নবস্মু থাঙ্গেশেংবদি মখোইগী মযুম মকৈ লৈতে। অস্মুম্না মযুম-মকৈ লিংদনা মকম অমদগীনা মকম অমদা চংপা মী কাংবু অসিস্মু ইংরেজীদা নোম্যাড অহুগা মৈতৈরোন্দা লমখোকপা ফুরুপ হায়না কৌই। শগোলমচা নত্ত্রগা লোলাগী মমমঙ্গন্দা দম্বুর, চফু-উন্নান, থাংনচিংবা থোল্লগা মমাংথানা মখোইগী শ-যণ, হমেংনচিংবা হোই-রহুনা থুংকম অমদগী থুংকম অমা তান্না কোইচং চংপা লৌরি ইংখোল নাইদবা মী কাংবু কাংবু চংপহু উদ্রিবরা? অসিগুম্বা ফুরুপশিংনা লমখোকখিবগী মরম থিজিমবদা থোইনা লুদে। শাতানবশিংনা মকম অমতদা কুইনা লৈশিন্নকপনা মকম অহুগী শা লৈরক্তহুনা শা-উচেক য়াম্না লৈবা অনৌবা মকম অমদা লমখোকই।

থোকই। য়াও শেনবগী ফুরুপশিংস্থ মফম অমদা কুইনা লৈশিল্লগা শজিক লৈরক্তুনা বসন্ত চংলকপদা মখোইগী শা-ষণ শঙ্গুগা লোইননা অনৌবা যজ্ঞাবুং থিব কোইচৎ চৎলি।

অশুম্না ফুরুপকী ময়েক লাবা থোইদোকপা মতৌ অমিদি অহানবদনা মখোইসি লমথোকপা, কোইচৎ চৎপা মী কাংবুনি, অদুগা অনিশুবদনা হাল্লনা মী থুদিংমক ময়ামগীনি হায়না বায়েল কাটি অমা শন্দোক্ল' ইথ্রবা ফুরুপ্তা পুমলুপ লুপ্পগী মতৌ অসিনি। অসিগুম্বা ফুরুপ লৈরম্মি হায়বসি গুসি ফাওবদি অঙকপা ওইনা থোক্লি, অদুগা অসিগুম্বা মৈরিংবা ফুরুপশিংসিগী স্মৃতিদা (নিং-শিংনবগী থুদম) পৃথিবীগী কাচিম কোয়াদা থেংনৈ। অসিগুম্বা মুংঙাইরবা সমাজ মওং অসি করম হায়না মরু মোমশিবনো অদুগা মতম থবগী মমুংদা করম হায়না ফুকখ্রিবনো হায়বসি নখোইনা হংনিংগমি।

অমন্ডা ঙাইবা অশুপ্পা ফুরুপকী সমাজ মওং অসিবু থুগাই-থিবদি ঐখোইগী মৈরিংবা ইপা-ইপুশিংমা খঙওন ওন্নিংঙাইগী মশক ওইবা অনৌবা বিদ্যা অমা হৈরুবননি। অনৌবা বিদ্যা অসি লৌ খোইগনি। মরু হুম্নগা, ঈশিং চাইদুনা খাওরগা চিঙাকী মরুওইবা সমস্যাগী লংজিন অসি মী ওইবনা পুথোকপা ঙমলে। অমরোমদা হায়রগা লৌউবা হৌরে। অসিগুম্বা অনৌবা পুরকপ-সিনা করম্না ফুরুপ অমসুং শাগৈবু থুগাইখিবগে অদুগা মখোইগী ছেশিন্দা করম্বা ছেকম শেমখিবগে হায়বনচিংবা ঐখোইনা মথংগী তাক্কা থেংনগনি।

# নুপী, অঙাং অমসুং মীনাই

মীওইবগী পুন্সি অসি খঙওন ওনবা অচোংবা কয়াগা য়াওরদুনা চংলি, অসিগুম্বা খঙওন ওনবশিংসিবু রিভোল্যুশন, বিপ্লব অমদি কোংদোকপগী ঈচাও কৌই। অসিগুম্বা ঈচাওশিংগী মমুংদগী অমখক্তি খৃষ্টগী মমাংগী চহি ৬০৮০ অমসুং ৫০০০ সিগী মনুংদা থোকখি। মতুংদি লৌউবগী মতৈ পুথোকপনি। লৌউবগী অর্থদি পৃথি মতম্বু খোইবা হায়বনি।

মরু হুন্নগা, লৌপাক খোইরগা ঈশিং চাইরবদি মহৈ-মরোং থাওবা য়াগনি হায়বসি মৈরিংবা ইপা ইপুশিংনা খঙলমদে। অদুম ওইনমক মসিগী ভাব অসি মীওইবগী পুক্নিং অতিয়াদা থোরক্লবদা হান্নগী পুন্সি খোংচৎ পুন্নমক হোংদোকতুনা অনৌবা সভ্যতা অমগী মুখম থোনখি।

ফুরুপকী ইপা ইপুশিংনা অসিগুম্বা অঙকপা মতম অসি করম হায়না পুথোকখিবগে হায়বসি তশেংনা খঙদে। অনুমান অমসুং আন্দাজ কয়া তৌনৈ, অদুবু মসি পুন্নমকসি লৈচিন্দা তেন কাপ্পনি। লৌউবসি নুপীনা পুথোক্লম্বা য়াই। ফুরুপকী নুপানা শাতানবা চংখ্রিৈদা করিগুম্বদসু নুমিৎ কয়ানিমরুমসু হুন্নক্কে। মখোইগী নুপীশিংনা লৈপল তোরগা লৈপাক্তা তাবা পোৎ চাই, অদুগা উচৈ-হাচৈনচিংবসু হেকতুনা চাই। মরম অসিনা মরু মতোল চোংহনরা য়াই হায়বসি মখোইনা খেংনরম্বা য়াই। মরু হুনবগা

খাওবগা তৌরুরবগী মতুং কাইনখংদা মীওইবগী ৱাখল্লা থৌওং অনি অসিগী মরক্তা লৈবা মরি অসি খঙবা ঙমলমদে। মীওইবগী ই পিকত্রবদি লৌফম্না মহৈ-মরোং নিংখিনা পিদে হায়রবা অন্ধবিশ্বাস অমা পৃথিবী শিনবা থুংনা মতমমতুদা লৈরম্মি। অতুনা মরু ছুল্লমদাইদা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা পাখং মত্রগা লৈশাবী অমা বপি তৌবগী তমখিরবা রুহি অমা লৈরম্মি। রুহি অসি মতম য়াম্না কুইবা কাওবা য়ামতুনা লৈরম্মি।

লৈপাক খোইতুনা মহৈ মরোং লোকতুনা হিংবগী কনদি মখল মখা য়াম্না য়াম্মি। অমনা মীওইবনা লংজিন কংত্রবা সমস্যা হায়রবদি মতৌ করম তৌনা তংপা নাইদবা, শোইদবা চিঙ্খাক্কী বন্দোবস্ত তৌগদবা হায়রবতু মমৈখংদা ফোংবা ঙমলে চিঙ্খাক পৈশিনবগী মতাং অসিদা মীওইবনা মহৈ-মরোং পৈশিনবা খৈরোই, খোইহা পৈশিনবা হয়িংখোইদগী য়াম্না শোখনা লৈরম্মি। তৌজিক্তি মীওই-বনা মখোইগী মতৌ তমতুনা কালেন্দা লোকপা মরু মরাং অহু ইন্থুমথাদা চানবা কোত্তা পৈশিল্লে। অস্তুম্না মীওইবসি শেমবা থুমবা খঙলবা মী অমা ওইরক্লে। অতুগা মতমগী অর্থ, ফাদোক্তুবগী ধর্ম্ম অমস্তুং পৈশিনবগী থুজিন-থোরাং অসিনচিংবস্তু খঙলক্লে।

লৌখোইবগী অতোপ্পা ফল অমনা মীওইবনা মহৌশাগী লমখোকপগী শাজৎ থাদোক্লে। মরু অমুক্তং হুনখ্রবদি লোকপা ভাইবদা খা খরদি চংই। উ অমা থারগা উচৈ অহু চামবগীদমক্তা চহি মঙারোমদি ভাইবা তাই। অস্তুম্না মখোই মখোইনা খোইরবা লম অতুদা পুনবগুম্না লেংত্রে। লৌউবা মী অননা মমাংদা শা-ষণ

অমসুং য়াও হোইবগুম্না মানা উবা লৌকম হোইদুনা পুবা য়াদে, য়াগদ্রে ?

অসুম্না মীওইবনা পুন্সিচুপ্পা লমথোকতুনা মশিং তম্না কোইচৎ চৎলম্বদু য়াদ্রে। অমরোমদনা মহাক্না মমাংদৈদা থক থওখি তাখ্রিদিবা 'শোইদবী' হায়বদু থর থোক্লে। চরা হেনবগী কিবনা মাদু মফম অমদগী অমদা চিঙাক্নাদমক্তা কোইহোই হোইবদু তৌদ্রে। চম্না নোংখম্নরে, অদুদগীদি নোংমদা চরা অহুম চাবা হায়বা য়াম্না চাওখৎলবা রুহি অদোমদা ইল্লক্লে

অদুগা হৌজিক মীওইবনা গুহাদা নত্রগা লৈপাক্কী থাংপোক-শংদা লৈবা তৌদ্রে। মখোইনা ময়ুম মকৈ শারে। য়ুম শাবগী মতৈ থোরক্লে। লৌবুক্তা ঈশিং চিংনবা থোং তৌরে, অদুগা ঈশিং ঈচাও থিংননবা পল্লি পন্থং থোক্লে। মসিগী অর্থাদ ঈশিংথোং অমসুং পাইপতা ঈশিং চিংবগী মতৈ থোরক্লে। অসিগুম্বা অহোংব-শিসি থা মথাই অমগী মতুংদা থোকখিবনি হায়না খনগদ্রা ? নত্তে, মখোই অসি য়াম্না তপ্না মীরোন কয়ামুক্কী মতুংদা ওইরকপনি।

অসিগুম্বা অহোংবগী ঈচাও অসি কদাইদা থোকখি ? ঈশিংনা অমসুং অচৌবা তুরেলশিংগী মনিংনা ফমহৌদুনা লৈহাও চেলহল্লবা লম অদুদা ময়েক্না তানা থোকখি। অসিগুম্বা মফমশিং অসিদি ইজিপ্তা নীল তুরেল্না থুম্বা লমশিং, ইরাক্তা ইউফ্রেটিস অমসুং টাইগ্রীশ তুরেল মপান, চীনাদা ইয়াং-সিকিয়াং অমসুং হোয়াংহো তুরেলনা থুম্বা মফম, ভারততা সিন্ধু অমসুং গঙ্গা তুরেল মপান অসিনচিংবসিনি। এশিয়াদা সভ্যতাগী লৈরাং হাম্না শাৎখিবদু

মরম অসিননি। ইউরোপকী শাৱমচৎকী ফুরূপশিংনা মোংপোক হায়মদগী লৌখোইব, য়ুমলিংবা তম্বসি চহি চাশিং কয়ামুক্তী মতুংদনি। উহৈ খুনবদগী উহৈ থাবরোমদা ওনথৎলকপসিনা সমাজগী পুন্সি মীওইবগী সম্বন্ধী, শাগৈ অমস্তুং ফুরূপ্তা করি থোকহনখিংগে? বাহৈ অহুমতদা হায়রগা 'মসিনা মথোইবু মাংহল্লম্মি'। হায়গী ইপা ইপুশিংহু শাতানবা অমম্তুং কোইচৎ চংপদা হৈনক্লয়বম্নি, অহুবু চিঞ্জাক থোকহনবগী অমৌবা মতৈ অসি হৈহৈদগী দ মহৈ অসিগী মশাগী ওইজবা অনৌ-অনৌবা সমাজগী কৃতি অমস্তু লোইশং হৈকম থোরকপা হৌরে। মসিগী মস্তুংদগী ইমু 'পরিবার' না ইচান হাল্লি।

মৈরিংবা ফুরূপ্ত লুহোংবগী প্রথা লৈরমদে হায়বসি ঐথোইনা উখ্রে। মথোইদি অপাম অপাম্বা থন্দুনা ফুরূপকী ওইনা লৌনরম্মি। অসিগুম্বা ফুরূপকী অঙাংশিংসি ফুরূপকী ওইনা অহুস্কু লৈরম্মি। মথোইনা তাদা ওইবা মুপা পূন্নমকপু 'ইপা' অহুগা মুপী পূন্নমকপু 'ইমা' কৌরম্মি। মমা মপাগী করিগুম্বা ভাব লৈরম্নবস্তু চহি ৩।৪ ফাওবা খোমইন্দুনা য়োকপা মমা অহুতগী মরিদা লৈবনি। পৃথিবীগী মকম পূন্নমক্তা অসগুম্বা চংমবী অসি শন্দোকখি, অহুগা শাগৈ মস্তুংদা মমানা য়ুম্বুরেন ওইনা তৌবা ইমুং মওং অমা উবা ফংখি। অসিগুম্বা ইমুং অসিবু মমাম্না পুব ইমু (Matriarchal Family) কৌই। অঙাং অমনা মমারোমগী য়ুম্নাক শাগৈ ইল্লি, অহুগা মমানা শিখ্রগা মমাগী মচিন মোপা নত্রগা মচেম মনাওনা অঙাং য়োকই। মপাদি সাধারন ওইনা শক খঙনদে। করিগুম্বা থোদোক বাথোক্তা মপানা মরুওইবা মীশক শুকওই ওইদে।

মমানা পুবা ইমুং মওং অসি করি করিগুম্বা মফমদা অসি য়েনা লুনা মরা তাখ্রে মতুদি শেংদোক্লিবনি হায়দুনা জ্ঞানমান্দি তান্দনা আইন পাশ তৌহনা মওং অসিবু পুমথু থুগাইদ্রিফাওবা খা-ভারত কোচিন, ত্রিবাঙ্কুর, অমসুং মালবোরদা ঐখোইগী হাকুক ফাওবা চৌজিক চৎলিবা চাশিং অসি ফাওবা য়ান্নরম্মি।

মমা'চৈগী ইজিপ্তা মমানা পুবা ইমুংগী কায়দা হাইফেং চংবা সমাজ অমা লৈরম্মি, মতুদা সম্পত্তিগী স্বত্ব অসি মমারোমদগী লৌথনরম্মি। মসিগী ফলদি সমাজদা নুপীগী থাক য়াম্না বাংনা লৈরম্মি, লল্লোন-ইতিক, নোম্ব লিকপদা য়াওদুনা, লনথুমগী মবেম্মা ওইদুনা ক্লিওপেট্রগুম রাণী ওইরম্মি অমুকসু ক্লিওপেট্রগুম লুচোং কৈচোংবদা, মুংশি-মুংওন্দা হায়দোক-হায়জিন অমসুং বারোই পোংকী থবক পুন্নমক্তা নুপীতনা মাংজিন থারম্মি। জর্ম্মন পণ্ডিত মেক্স-মুলারনা হায়খি—"থাইনগী নত্রগা হৌজিক্কী করিগুম্বা মী কাংবু নত্রা জাতিনা নীল তুরেল মপান্দা তাবা মীশিংমা তৌবগুম নুপীদা অচুক বাংবা আইনগী ফম্ফম পিদে।"

অচুম ওইনমক লৈতাদুনা লৌউবসিনা পুন্সিগী চৎনবী খোংচৎ অমা ওইরকপা মতমদদি নুপানা য়ুম্বুরেল ওইদুনা য়ুম্নাক শাগৈ মপাগী ইনবা ইমুং মওং অমা থোরক্লে। মসিগুম্বা ইমুং মওং অসিবু মপানা পুবা ইমুং ( Patriarchal Family ) কৌই। মসি হিন্দুস্থানদা ঐখোইনা উরিবা হিন্দুগী চাকথুম পুনবসিনি। মসিদি য়ুমগী নুপা য়ুমবুরেন অমগী মখাদা মাগী অমা নত্রা অমদগী হেনবা নুপা, মচা-মমৌ, অমসুং মগু পুন্নমক য়ুম অমতদা

য়ুমুরেনগী মথাদা লৈবস্তু খণ্ডনরম্মি। মসিগী রুতি অসি ঐখোইগী হাক্কক সিফাওবা ইকাই-কাইদনা হিংহুনা লৈরি।

লৈতাদুনা লৌউবনা করিগী অসিগুম্বা মপানা পুবা ইমুং খোকহনবগে? মসিগী পাওথুমদি শম্না হায়রবদা ইমুং অসিমা লৌউমবগী মীপিৎ অমা ওই। ট্রেক্তরনচিংবা অচৌ-অচৌবা কল খোকত্রিভৈগী মতমদা পাক চাওমা লৌ খোইবসি ওইখোক্লমদে। শাগৈদগী হেন্না পিকপা মী মীথিৎ মচা অমনা লম মাচেৎ মচেৎ তোঙাম-তোঙাম্না উবা তারম্মি।

মরম্নাই সম্পত্তি লৈবস্তু লৌউবনা য়াহনখি। ইহান হানবা ওইনা মীওইবনা চানবগী অরেম্বত্ত পৈশিল্লে। অরেম্বা অহেনবসিগা শিন্নহুনা অকে-অমোগী পোৎশিং লৈবা য়ারে। মশাগী ওইনা লৈখিবা অহানবা পোৎশিংগী মসুংদা মুপীসু য়াওই। মতমসিদগী মুপীবু লোইনবী মতু হায়না কৌনখি। নখোইনা খঙ্লিবত্ত মতাই হিন্দীগী 'ঔরৎ' অমসুং ফরাসী লোনগী femme হায়বসিমা অতৈ অয়াম্বা লোন্দসু মুপী অমসুং লোইনবী মতু হায়বা খঙনৈ।

মুপী লৈবগী থোদো অসি ফুরুপকী মতমদা হাম্না তৌখ্রবনি। ফুরুপকী বা মদগী মুপী অমা ফারুরবদি মুপীহু ফুরুপকী ওইনা লৌই। অফাবা মী অহুনা ফুরুপ্তা যগবী নম্ৰগা য়াও খরা হজিন্দুনা তোঙাম্না থাংপোক অমদা মুপীদুবু লৌহুনা লৈমিন্নবা য়াই।

যগবী নম্ৰগা য়াওনা মনকৎ কৎপ'স আফ্রিকাগী ফুরুপ্তা হৌজিক ফাওবা উবা ফংলি। চৎনদবনি তৌজসম্ন হায়না অহানবদা থা নরম্বা থোদো অসি হৌজিক্তি চৎনবী নিয়ম অমা ওইরক্লে।

লৈতাহৃনা লৈরবা মী অমনা মুপী অমা মন্ত্রগা অমদগী হেনবা লৌহনা ঈশিং শোকপা, শিং থাইবা অমসুং লৌউ-শিংউবদা শিজিন্ন-রবদি লেন্নবগী মশক ওইরক্লে।

মী অমনা লোইবসি মাগী মুপীদা নত্তে। মচাশিংগী মপুন্ন ওই। শাত্তানবগী মতমদদি থাক্কদবা লাম্নবা মচিন অমা ওইনা থুরৌ ওইরম্মি। অদুবু হৌজিক্তি অঙাংমা লন ওইরক্লে। লৌবুক্তা মচাবু থবক শুহনবা য়ারে, মপামা হন্নুরগা মচা ওইবনা থাক্লে। সম্পত্তি শিননিংথাইগী মতাংদা মচানা ছৈংশিন ওইনা লেপ্লে। যুমগী মুপী অমনা অসিগুম্বা লম থোকহনবা মরমনা মুপী মশামক অতোংবগী মশক ওইবা শেমফু ওইরক্লে।

মমাংঙৈগী হিন্দু আইন শেম্বা মপুনা "মুপী, অঙাং অমসুং মীনাইনা তানবদি মপুগী লমি" হায়রম্বদা কিভম অসি শমলপ্পা তাক্লবনি। মরম অসিনা ঐখোইনা উরে মতুংদি মুপী অমসুং অঙাংবু লমি হায়না লৌহনা লুহোংবগী প্রথা অসি হৌখি। ভারত. চীন, ইরাক অমসুং ইজিপ্তা মুপা অমনা মুপী অঙাংবু মাগী থুসীদা হাংপা ঙমলম্মি। যুমগী মুপানা শিরগা মাগী মচামুপা অহন্না মাগী মহুৎ শিলহৌই, মতম অসিদা মহাক্কী মমা ফাওবা মাগী সম্পত্তি ওইরকই। মরম অসিনা পুন্সি অসি মুপী অমগী মফমদদি মপানা, মবানা অমসুং মচামা হায়বা ইনবগী চক্রনি। থাইনগী ইহুদীশিংগী মরক্তা কন্যা থঙনবা রাহৈনা 'থুচ্চন্নবা, লোইরবা' হায়বা অর্থ অসি থঙনরম্মি।

থাঙ্গেশেংবদি মতমডুদা মপাদগী মমল পীগনা ময়ামগী ওইবা কৰিগুম্বা নিলাম লাওকম অমদগী মুপী লৌনরম্মি। করিগুম্বা মফমদা পাখং লৈশাবী মুংশিনহুনা চেম-খোংমবগী খোদোক খোক্লম্মি চুম্মি। তৌইগুম্বস্নং অসিগুম্বা মওংগী লুহোংবসিদি চৎনবীগী বাংমদা লৈবা ময়াম্মা পংয়েং য়েংশিনখিদবা খোদোক অমম্মি। অসুম্মা মমুনা লৈদুনা লৌবা লুহোংবা য়াওরগা মথল মিপানগী মওং তাকপদা গন্ধৰ্ব হায়বদি মশা মশাগা য়াম্নহুনা হোংবা মহোংসি হঙ্গবা থাকীনি হায়রম্মি। স্বত মুপা মরিদগী লৌখোক্লরম্মি। মচা, মচম নক্রগা মমা ওইরবস্ন মুপীনা খরা খিত্তং কংনবগী বাকমদি য়ুম্বুরেন মুপাতুগী চানবিবা থোজানগী মখা পোল্লি।

হিন্দুশিংগী পুরাণগী বারী অমা লৈ মতুদি স্বর্গগী খুৎহৈবা বিশ্বকর্মানা মুপী শাগে তৌরকপা মতমদদি মুপা শাবদা মপোৎ মচৈ খোৎ-খোৎপা চংথোকখিহুনা মপুম ওইবা মপোৎ মচৈ অমত্তা লৈরমদ্রে। অসুম্মা মুং অসিগী মরক্তা হা ওইরবা বিশ্বকর্মানা সৃষ্টগী লেংহৌবা মচিৎ মথাকশিংনা মুপীবু শারম্মি।

*থাজগী মকোই, উরীগী মথেক, ময়োনগী কোচি, মাপীগী ইথক, মরিনগী মিকনিক, লৈগী শাংকাইবা, উনাগী অয়াংবা, শামু মনাতোনগী পুম্নুম তাবা, শজিগী মিত্তা, হয়িংখোই পরেংগী চগুংনবা, মুংশা মত্তামগী হরাও ইথক, মুংশিংকী তয়াংবা. খেবগী কিগনবা, তেনয়া মখাগী অখোৎপা, অকনবগী অকম্মবা, খোইরুগী অথুম্বা, কৈগী তমখিবা, মৈগী ফোং-ফোং শাবা, উনগী অইংবা,

চোঙখগী চিনপনবা, কোকিলগী স্বর, বাইপুগী মতাং, চক্রবাক চেক্লাংগী থাজবা য়াবা—মচাক ময়ামশিংসি পুক্নিং তিক্লগা। মুপীগী মুত্তি শাহনা মুপাদ পি।"

কয়াদা হোনখ্রবা নাতেনো! ঈশ্বরনা দেবী অমা শারগা দেবী অদুবু মুপাগী মনাই ওইননবা ইতে তেনা পিখোক্লি। অদুবু পুরাম্না হায়রিবদি গ্রথোইনা হৌজিক নৈনখ্রিবা থোকখিবা থৌও সি ভাক্তনি।

অবস্থা কয়ামুক্না মুপীবু মীথা পোলহনখি। মসিগী মতুংদা মুপাগী হেন্না কনবা হকচাংগী পাঙ্গল অদুগা মাগী খোমজিন্নিংবগী মনাং অনি অসিনা মরুনি। অদুগা মী অমগী ওইনা খোল্লকপা নত্তবা তৌইগুথন্নুং সমাজ অপুম্বগী ওইনা হায়বসি লাল শোক্লগল্লবা মীশিংগী মরক্তা মুপাগী শক্তি দরকার লৈরকপা অসিনসু মুপীগী মীথা পোন্নবগী মরম অমা ওইনা পনবা য়াই।

অর্দ্ধনীদা লুহোংদবা লৈশাবীশিংবু অঙাং পোকতুনা লৈবাকী লেবা তৌ হায়নরবা, য়াশিয়াদা অঙাং ১১ শুনা পোকপগী মমা লাওথোক্লবা, অদুগা খবর কাগজদা অঙাং য়াম্না পোক্লিংদবদগী, ব্রাহ্মণা মাইখিয়ে হায়বা বাকম ইনরবা, অসিগুম্বা মতমসিদা লৈহাও চেনবা লমদা থুন্দাবা ফুকপশিংমা লান্দারকপা ভাকথোক্লবগী-দমক মুপাগী শক্তি য়াম্না দরকার লৈরম্মি হায়বসিগী মরম খিবদা থোইনা লুদে। চৌজিকী অমম্নুং মমাংতৈগী লাল পুম্নমক্তা মী চংই। অদুমা লৈবাক অমগী আইন-ব্যবস্থাম্ন পোচ্চং অসি য়েংহুম্না

শেৌম্নে। থাইনগী ইজিপ্ত, ইরাক, ভারত অমস্থুং চীনদা হায়রিবা রাকম অসিগী সাক্ষিনা য়াম্না ফংই।

অস্থুম্না অতাংগী মমা মপা ওইবগী থবক্তা মমল য়াম্না কানা খনরম্মি। থাইনগী ইরানিয়ামশিংগী ধর্ম্ম শাস্ত্র জেন্দা বেষ্টানা য়েকতুনা তাকলম্মি—"মচা নৈতবা মীদগী মচা নৈবনা য়াম্না হেন্না কৈ।" ভারত্তা মনুনা লাওথোক্লম্মি—"নুপা অমনা মশামক, মাগী মতু অমস্থুং মচা য়াওনা অহুম শুরবা মতমদা মপুং ফাবা হায়বত্থ ওই"।

মমা ওইবগী থবকপু অমুক্ক হেন্না থাজংনরম্মি। মনুঋষিনা হায়রম্মি—"ভক্তি ফংবা য়াবগী মরিদা মমা অমনা মপা লিশিংদগী হেল্লি।" অতগা অচুম্বমক মচা য়াম্না পোকপী মমাবু দেশ পুম্নমক্তা মর্য্যাদা তৌনরম্মি।

মমানা হায়বা ইনবগী নুংঙাইরবা বারী অমা থাইনগী চীন দেশতগী তাই। হাকুগা কোবা লমহেনবা অঙাং নুপামচা অমা মমা হম্নবীনা হেক হেক শাজৈনা ফুই। অহুবু অঙাং অহুনা মমাবু অসি য়োৌনা নিংই মতুদি শাজেগী চৈফুদা মহাক থক কপ্লে। নোংমদি ফুরিবৈ মতমদা ও খোংনা কপলাক্লে। ক'রগী কপ্পিংবো হংবদা মমা হম্নশল্লকলব মরমনা মমাংঙৈদোনা চংথোম্না ফুবা ওমজে হায়না খুমলকই।

অঙাং পোকপা অমস্থুং অঙাং য়োকপদা থজিক্তুং নৈফ চংলবদি থানা য়েংনরম্মি। মহাভারত্তা ঐথোইনা থেংনৈ—"নুপী অমদা বেদ পাবদি লৌবুক্তা লম্মাংনবগুম্নি।"

মসিগী মরম অসি মহাভারতনা ৱারী অমনা মিংথিনা তাকই। কুশিনা মচানুপী শুক্রবু থাজ খোঞ্জনিংই। অদুবু শুক্রদি অকমবা তপস্যা তৌদুনা পুংসচুপ্পা লুহোংদবা ব্রহ্মচারিনী ওইনা লৈবা পায়ে। শিরমদাইদদি লুহোংবগী কর্ম্মনা শেংদোকত্রবদি স্বর্গ কাবা য়ারোই হায়রবসি মহাক্না অচকপগা লোইননা থচলক্লে। মরম অসিদগী মহাক্না য়াম্না ৱানা ঋষি শৃঙ্গতপু মহাক্না লুহোংবিনবগী ৱাকম হায়নদুনা অহিং অমা মপুরোইবগা লেরিন্নরম্লগা স্বর্গ কাখি।

মক্কম থরদদি লুহোংবসি তৌদ্দবা থবক অমা ওই। থাইনগী ইচুদীশিংগী মরক্তা চহি কুনগী মতুংদা মসি শোইদনা তৌদবা য়াদবা কর্ম্ম অমা ওই। নুপানা চহি ৩০ দা অদুগা নুপীনা চহি ২০ দা লুহোংবগী নিয়ম অসি ঙাক্না চৎলি চত্তে য়েংনবা চীন দেশতা অফিসর ওম লৈ। হিন্দু অমনা লুহোংদনা লৈরবদি ভারতদি জাৎ তাই।

মী য়াম্ন কুংনা তারবা দেশতদি অসিগুম্ব নিয়ম অসি চৎনদে। মপান্দা অপিকপা ঈথৎশিং অদু মীনা চম্নরকত্রবদা চহি কুহ্রাগী মমাংদা লুহোংদবা অমসুং অঙাং অনিদগী হেনবা য়াদবা হায়রবসি অচুম্বা ৱায়েল্নি। সিটির্পেটতা (সহর লৈবাক) চিঞ্জাক মরাং কাইনা লৈরমদবা গ্রীকশিংসু অসিগুম্বা ৱায়েল তৌরম্মি। মী অমগী চিঞ্জাক্না মী অমগী হু ওইরবদি দেশ অমগী পাপ অদু অতোপ্পা দেশ অমগী পুন্য ওই হায়বসু চুমই।

ফুরুক অমসুং শাগৈবু অসিগুম্বা অপিক অপিকপা ইমুং কয়ামুক খোক্লা থুগাইরবদা কাংখোং চাইদ্রিবঃ ইমু নাইমু তানদ্রিবা করিগীনো হংনিংগনি। ইমুং অমগা অমগা থৎনদ্রবা করিগীনো? ফুরুপ

অমসুং শাগৈগী ছৈশিন ইমুংতনা শিন্নবদি থৎন চৈনবগুম্বা থরা থোক্লমগনি অমসুং মীওইবগী চাওখৎপগী থো চৎ অসিসু ওইথোকলগলোই। তোইগুম্বসুং লৌউবগী খছোং ছোংবা থোঁদা অসিনা ইমুংগা লোইননা সমাজগী অতৈ লোইশং ছৈকম থরসু পোকথোকহল্লম্মি। অসিগুম ছৈকম অসিদি খুদংনি।

## সমিতি অমসুং খুন্দিন

মহৌশা লাইরেম্বী-গী অহাংববু হংজোই চায়রৈ। বা অসি বিজ্ঞানগী ক্লাসতা অনংবা, মহি লাংবা অমসুং মনিলগী মরিদা চুবগুম সমাজগী ছৈকম লোইশংগী মতাংদসু চুমই। জ্ঞান নক্রগা শেনবা-থুম্বাদা অগোংবা লাক্লবা মতমদা সমাজগী ছৈকম অমবু চন্নদনা মাংহল্লি, অদুগা অতোপ্পা অনৌবা সমাজগী ছৈকম অমা দরকার ওইরে হায়রবসি তাকই। খিন্দনা বাৎলিবসি মেনশিন্নবা তৌই, মন্নমদি হান্নগী ছেকমশিংগী চাংলিন্না মকমশিং অসি মেনবা ওন্নগী শক্তিদা মীওইবগী চাউখৎপা চাউখত্তবগী বা লৈ।

লৌউ-শিং-উৎনা মীওইবনা লৈতারবা মতমদা হান্নগী ফুরুপ অমসুং শাগৈ কাইখি, অদুম্বা মকম চাংনা লৈখি মসিগী অহাংবসি ইমুং কৌবা অপিকপা খুজিং অসিনা শরুক থরতংদি মেন্নখি। শরুক থরতনি মন্নমদি লৌবুক্তা লৌগুবগী মতাংদা। ইমুংনা খুদোংচাবা মীখিৎ পিরবসু থৎন চৈনবা অমসুং ইমু-নাইমু তানদনা মী ময়াম্বক

লৈহৌবগী ফুরুপকী ওইবা থবক অসিদি ইমুংনা তৌদে। মতোম মতোমদা থাদোক্লবদা ইমুংশিনা য়ুমপংনবা ইমুংগা থংনদনা লৈবা হায়বসি ওইথোক্কবা বানি। অদুগা অপিক অপিকপা তোকথাই তাবা ইমুংশিং অসি মতম অদু কাওবদা লৈরিবা লমথোকপা মী কাংবুশিংগী থয়াস্তা তাগনি। ফুরুপ অমসুং শাগৈ থুগাইরুবদগী থোকপা খুদোংথিবশিং অসি ডাকথোক্লবা ইমুংদগী চেম্না চাওবা কোম্লুপ অদুগা চেম্না পাকথোকপা ভক্তি অমা লৈফম থোকই। কাংবু অসি খুঙ্গং ওইনা থোকই।

খুঙ্গং হায়বসি মপান্দগী হেক্ষিল্লকপা তকথোক্লবা অমসুং মঙ্গুংগী থৱন-চৈনবা ডাক্লবা লোমী ওল্লবা ফুরুপকী ইপা ইপুশিংনা শেম্বা হাকন ইন্দ্রি অমনি। মসি হৌথিবা থোদোক্ক মরি লৈনৈ। মসি শাগৈদগী ওনথিরনি, মরমদি ছৈহৌ ওইনা হায়রগা, মসি করিগুম্বা মফম অমদা য়ুমলিংলবা শাগৈ নত্তনা অতৈ করিস্থু নত্তে। মতম থরগী মনুংদা শাগৈগী ইগী মরি অদু লৈফম তিন্নবগী মরিনা ছৈহৌশিনথি।

খুঙ্গংগী কোম্লুপ অসি তোঙান তোঙানব মিংদা মওং মতৌ থরা থরা তৈননা মতম অমদা নত্রগ অমদা পৃথিবীগী অয়াম্বা মফম খুদিংমক্তা লৈরম্মি।

খুন্দাবগী মতম নংলক্কবা মীওইবা ফুরুপ অমতা নত্রগা জাতি অমতা ঐথোইনা থেংনদে হায়না পণ্ডিত অমনা চায়।

মমাংথৈগী খুন্দাবা কোম্লুপশিংগী মনুংদা খ্বাংদগী নিংথিজনা থওনবদি ভারতকী অমসুং জর্ম্মণী অমসুং স্কান্দিনেভিয়াদা খুন্দাবা

টিউটনিক ফুরুপশিংগী খুনশিংনি। ইউরোপ্তুদি খুনগী কে'ল্লুপ যাংখ্রে; তৌইগুম্বস্লুং ভারত্তুদি হৌজিক ফাওবা অহিংবা হৈক্কম অমা ওইরি।

মুংঙাইবা পোত্তি অসিনি মতুদি ভারতকী খুনগা ইউরোপকী মৈরিংবশিংগী 'টাউনশিপ' কা য়ান্না ওক্না যান্নবা অমা লৈরম্মি। টাউনশিপ হায়বসি সহর নত্তে, খুনতু হায়বদি। খুন অমতু পারী-পুরী হৌরকফম তিন্নবা, করিগুম্বা মফম অতুবু ময়ামগী ওইনা লৈবা অসুম্না মিথোকৈ। মরম অসিনা খুনগী লিচৎ অনি শুই, অমনা হৌরকফম তিন্নবা অনিগুবনা লম অমগী মপু ওইমিন্নবা, তৌইগুম্বস্লুং অসিগুম্বা মরি অ স মতমগী খো চং মতু'ইন্না মপাঙ্গল যাংখি।

খুনগী হৌরকফম তিন্নবগী বাকম অ স শাগৈ অমনা মফম অমত্তুদা পুল্লপ তাবদগী খোকপনি। মতম অসুম কুইরক্লগদি খুনগী বা·মদগী অতোপ্প শাগেগী মৌসু চংলক্লে। অসুম্না পারী পুরী হৌরকফম তিন্নবা হায়বা অসি মৈরি'বগী ফুঙ্গা বারী নত্রগা লৈবাকমচাগী উপন্যাস নত্রগা প'রিং শরিক ওইহনখি।

লম ময়ামগী ওইনা থম্বসিদি খর চেন্না খেংদবা ওইনা মতম কুইন ফাওবা শা'থন' লৈর'ম্ম। অদুবু মমৈদদি মসিসু চাইথ'খি। মসি মথাগী অসুম্না খোক'খ।

ভারতসু ইউরোপসু থাইনগী খুন্দি অহুংথোক্লা থায়দোক্ল'ম্ম। অমনা খুনয়োম্নি, মসিদা লৈপম্না ইকোই কোইনা থাবা থাংপোকশং ময়াম লৈ। থাংপোকশং থু'দিংমক ইমু' অমমমনি।

লৈপনগী বাংমদা ময়ামগী ওইনা খোইনরিবা লৌকম অমস্লুং ময়ামগী ওইনা শিজিন্নরিবা যম্লাবুং অসিনা খুনগী অনিশুবা লুকথাইনি।

অছুমগুবা শরুক্তা ইমুং অমমমগী লল্লাই শিজিন্ননবা থুংলিবা ইংখোল মচাশিং অদুনি। ইংখোল অসি য়ুম থুদিংগী চপ মান্ননা য়েন্নল্মি। তাশ শান্নবা লোইরগা অমুক তোৎলগা চপ মান্ননা য়েনবগুম ইংখোল অসি মরক মরক্তা পুমথু থুগাইদুনা চপ মান্ননা য়েন্নল্মি। থুনগী লমদি থুন্না অমুক লোশিনবা য়াই, অদুগা য়ুমগী ইংখোলদা থোকপা পোত্তি মতম থরগী মথুংদা লল্লাই থমহৌবা য়ামথি। মসিনা তাকপদি মরাইবক কবা থুপা অমনা লৈহাও চেনবা অমস্তুং ঈশং য়াত্তবা মকম কংলুরগা নত্রগা ময়ামদগী হেন্না নোমহুনা পোথোক হেমগৎহল্লগা চাবদগী অয়েম্বা পৈশিন্দুনা ময়ামদগী হেন্না ইনাকথুনবা হায়বদু ওই। অসুম তৌহনা লল্লাই সম্পত্তিগী লোনচৎ অসি লিংবা হৌথি।

মমাংদৈগী ফুরুপকী পুমতেম তেম্বদগী থুনগী কোল্লুপ্পা থরদং হোংদোকই। মী অমনা হৌজিক্তি মুপী অঙাং অমস্তুং লম মচেৎ অমদা থোকপা পোথোক্তী মপু ওইরে। থোদো অসি মীওইবগী খোপচিন্নিংবগী হৌনবা মনাৎ অদু থাদোকপনি। অদুগা মসিনা মতম থরগী মতুংদা ত্রাইথোইগী হৌজিকী অমদুগী রুহি অমস্তুং প্রথা পুন্নমক নিকহল্লবা সম্পত্তিগী অধিকার অমস্তুং চমথৈগী মরমদা অরু-অরুবা সমস্যা ময়াম থোকহনখি।

মতম কনা কুইনদি থুন অসি অপুনবগী মমাংদা মরম ওইদুনা গুমিন চামিন্নদুনা মচিন-মনাওগুম মুংঙাইনা লৈরম্মি। য়ুম-য়ুমগী লৌরি-ইংখোল তম্নবস্থু অমনা অমগী মতেং পাংনৈ, অদুগা কন্নি-গুম্বা অমদগী অমগী মহৈ-মরোং মুংশ্রবদি ময়াম্না অরৈবা পুথোরুদুনা

চামিন্নৈ। চত্তি চাশিং কয়ামরুমদি অসিগুম্বা মান্নবা অমস্তুং মচিন-মনাও ওইবগী ভাব অসিনা থুঙ্গংগী খ্বাইদগী শিংথাবা য়াবা লক্কমা অমা ওইরম্মি। হায়রিবা মতৌ অসি ময়ামগী মিংদা লম ছু শিজিন্নরিবগী মতম অত্তুদনি। ইমুং ইমুংগী ওইনা ভুং-কোইমা লম য়েঙ্খোক্লম্লবা মতুংদগীদি থুনগী কোল্লুপ অসি মচেৎ মচেৎ কাইরে।

থুঞ্জাশিংগী মরক্তা সমাজগী অমস্তুং রাজনীতিগী মিয়েংদা করম করম্বা মরি লৈরম্বগে? ইমুংগী য়ুম্বুরেম্মা করম ভায়বা পুমগুপ গুপ্ন মপু ওইবগে হায়বত্থু উরে। মহাক্কী মচাশিংদি মহাক্কী মরম্নি অত্থুগা মখোইশিং অত্থুবু মহাক্না ভৌনিংবত্তা ভৌবা য়াই। য়ুমগী অগুপ্পশিংনা মপাদগী থুং থিজিন্নকপা অমত্তা থাভত্থনা লৈত্তে। নখোইগী ইতিহাসনা ইংরেজ অমগী ময়ুমদি লানবন্নি হায়বা মত্তমদা বা অসিনা ময়ুমদা কনামত্তনা য়েংলবা য়াদ্রবা, মমাংদগী য়ুম্বুরেনগী অগুপ্পগী থুভম অত্থু উত্তুনা পান্নিবনি

অত্থুগা অন্নকপা পোৎশক অমদি অসিনি মতুদি থুনগী কোল্লুপ অসিমা য়ুমগী অগুপ্পা নিংতম্বগা; থুন অপুম্বগী ওইনা মপুংফাবা গণতন্ত্র অমস্তুং মান্নবগা পুল্লপ তিনশিন্নম্মি।

য়াফম অসি খঙগে হায়রগদি থুন্দা গভর্ণমেন্ট নত্রগা সরকার লৈরমদে হায়বসি পুক্তা ইহান হান্না হানগদবনি। অত্থুগ. মত্তমত্থুদা থুন্দা আইনম্ব লৈরমদে। অত্থু ওইরবদি থুনগী কোল্লুপ অসি করম্না চৈথে? করম্না শান্ত থম্মি?

য়াহংশিং অসিগী পাওথুমদি ভারত্তনা সমিতি অত্থুগা ইউ-রোপনা কোকমুট কৌবা থুনগী সভা অসিননি। ময়াম তিন্নববু

সমিতি হায়না খঙবৈ। সমিতি অসি তশেংনমক খুন অপুনবগী সভা খুদিম হায়বনি ওইরম্মি। অদুবু মসি অওইবমক ইমুং পুন্নবগী য়ুম্ফমেনশিংগী খুন্দিরি। অদুনা মনিংতম্বা মীশিংগী সভা সমিতি অসিদা য়ুম্ফমগী মথাংগী পোনবশিংগী কক্ষম লৈতে হায়বসি তশেংনা উবে।

সভা অসি মরক মরক্তা দরকার লৈরকপা মতুংইন্না কম্মি। মসি হৈহৌ ওইনা খুনগী অমত্তা ঙাইবা ব্যপেল কাংলোনগী হৈকম ওইরম্মি। মসিনা খুন ঙাকপগী ওইরবসু নত্রগা খুঙ্গাংশিংগী ঈশিং য়েনবগী ওইরবসু বিচার পুন্নমক তৌরম্মি।

অদুদি সভা অসি পার্লিয়ামেন্টশুপা আইন শেমলমবরা ? শেমদে। প্রজাবা মশাগী আইন শেমজবগী ভাব এসি মতমদুদা থোরকত্রি। খুঙ্গাগী কোন্নুপপু ব্যয়েনবদি আইন নত্তে, তৌই-শুনস্মুং নিংশিংবা থোক্লবা মতমদগী চখরক্লবা চৎনবীনি। অসি-শুপা চৎনবী অসিগী শক্তি অমস্মুং লৌখৎনিংঙাইদি থাইনগী ওইবা মতম কুইবগী ব্যথন্দা লৈ। চৎনবী অমবু শোইদনা ঙাক্লদবসি, মরমদি চৎনবী অসি চৎনরম্মে। সমিতি নত্রগা সভানা তৌবা থবক হায়বমক্তবু লৈরিব চৎনবী পুন্নমক লাওথোকপা অমস্মুং মথোই অসিবু থবক্তা পানশিনবা অসিতনি।

খুন্দা আইন, শাস্তি, জেল কয়িমতা লৈরমদে। শাস্তি অমত্তং লৈরন্বা হায়ববু ময়াম্না য়াদবা ইস্তোকপা অসিনি। চৎনবীগী মাই-য়োক্তা চৎপা মী অমবু ইস্তোকই অমস্মুং মাঙলে জাং তারে হায়রক্সি মশাদা খঙহল্লি। মসি সমাজনা ইস্তোকপা মথন্দ অমনি। মিয়াম

অসি ফুরুপকী মতমদগী চৌথিক্লা হেন্না সিদ্ধ পাল্লে। লাইরিক লেখা অমনা হায়রম্বগুম নোংদি অচুম-চুমদা থাইদে পুম্নমক্কী মথক্তা চুই, তৌইগুম্বসুং ঈশিং চিংবগী মতাংদদি সমাজনা পাম্নবা খোঙগী মরিন্দতা ঈশিংনা লৌবুক য়োবা ওন্মি। লমহেনবা খুল্লা অমগী ঈশিংখোঙ সমাজনা ককপা য়াই, ঈশিং য়াওদনা মানা ভোগদবসি করিনো?

ইউরোপকী খুল্লাশিংগী সভা কোক-মুট কপ্পা মতমদা অঙম অখোশিংতনা না ওাংই অতুগা অতৈ খুল্লা লৌমীশিংনা তাই অতুগা মখোইগী তাবাক্লা চুংঙাইদা য়েত্না য়ারে হায় কোংদোক্লম্মি। তৌইগুম্বসুং ভারতকী সমিতিদি অসিদগী য়াম্না হেন্না প্রজাতন্ত্র-রোমদা লৈশিল্লি। মা থম্নবদা সমিতিগী মেম্বর থুদিংমক য়াওনবগী মাম্নবা অধিকার অমা লৈরম্মি। য়েৎনবদা হৈশিংববু শিংথানরম্মি অমসুং য়েৎবদা ওম্ববু লান্দা জয় ওইরকপগুম লৌনরম্মি। অসুম্না থাইনগী হিন্দুশিংগী অশেংবা গ্রন্থ অমা হায়বদি অথর্ব্ব বেদদা অসুম্না য়াওবা উই—

"ঐখোইগী মাইয়োক ওইরিবা য়েক্লবগী মা-য়েৎ নমথবিয়ু। হে ইন্দ্র! ঐখোইবু নহাক্কী শক্তিনা থোগংপিয়ু। য়েৎনবদা মীখোই মীহেনবা ঐঙোন্দা পিবিয়ু"।

অসিগুম্বা থুনগী কোম্নুপশিংসি গণতন্ত্রগী অমসুং মচিন-মনাও ওইবগী মওংদা মতম য়াম্না কুইনা তুরৈ-ঈরৈ চেন্দনা মচিল্লাক চানা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা লৈরম্মি। মখোইসি অসি য়োল্লা

মপুংকাবা, মরাং কাইবা খুনকম অমমম ওইরম্মি মচুদি, মখোইসি অতৈ অতোপ্পা লমশিংদগী ককথৎখ্রবোই নিংই।

মখোইগী দরকার লৈবা পোং পুম্নমক মরম মরমদা খোং-খোংপা ফংই। মী অমাম্বা লৌ-ইংখোল শুই। অদুগা উ, ধাতু অমসুং লৈখোম্না শাবা পোৎ অমসুং ফি রোম, খোংউপ শাবা এথল মথলগী খুচ্ছারোন হৈবা খুৎনাইবা খুন খুদিংদা লৈরম্মি। অসুম্না খুন খুদিংদা লং নাইবা, ফি-শাবা উশুবা, য়োৎশুবা, চক্কু শাবা, খোংউপ শাবা, শাবম-শাপোৎ, শাবনচিংবা খুৎহৈবা লৈরম্মি। অদুগা খুন খুদিংদা ব্রহ্মণ পুরিৎ, হিসাব হৈবা অমসুং জগোই শাবীশিং লৈরম্মি। মখোই শিংসি হৌজিক্কি মওংদা হায়রবদি লম্নাইগী ওইনা মী অমমমনা শিজিন্নরগা অবামন পিবত্ত তৌদে; তৌইশুম্নসুং খুনগী ওইনা অৱামম পিনৈ। অখোইবা লৌ মচেৎ অমা নক্রগা অরোকপা মহৈ-মরোং খর ওইনা মখোইগী শরুক তম্মি। খুৎ হৈবশিংনা শিখ্রগা মখোইগী শিন তমহৌরবা মচা মশুশিংনা খুভম শিলগৌই। অসিগুম্বা পারী পুরীদগী চথনরকপা খুৎনাইবা খুৎ হৈবশিং অসিমা জাৎ অমসুং বর্ণ থাইদোকপগী যুক্ফম ওইথি।

লৌউবা, খুৎনাইবা হায়দুনা শিন্নম থাইখ্রগা লোইবা নত্তে, মথা অমুক চথরক্লি। খুন অমনা দরকার ওইরগী চেন্না য়াও লৈ, অমনা ঙা হেন্না লৈ, অদুমশুবা খুন অমনা চু চেন্না লৈ, অসুম্না অরেম অপা অহেনবা পোৎশিংসি ওন্নদুনা লম্লোল ইতিকসু তপ্পা তপ্পা চাওখৎলকই।

তৌইগুম্বস্মং খুন অমগা অমগা মতম্‌মদা চথোক চংশিন অসি য়োনা তৌনরমদে মহুদি লল্লোন ইতিক্কী থবক পুম্নমক খুনগী বাংমদা কনাগীস্মু ওইদবা লম অমদা তৌনরম্মি। অসিগুম্বা লম অসি কৈথেল্লি। খুন অমগী মীনা খুন অমগী মী য়েখাই খিন-গাইবা লৈতনা উম্নবগী মফমদি কৈথেল অসিনি। কৈথেলগী অশেংবা পরিবার মপুংদা কনাগুম্বা অমনা মী অমবু ফুবা, চিংবা অমস্মুং নৈবা য়াম্নোই হায়বগী চংনবী অমা লৈরম্মি।

তৌইগুম্বস্মুং কৈথেল অসি অমরোমদা শেংলবস্মু অমরোমদদি মোৎলম্মি। খুম্জাশিংনা মচিন মনাও ওইনা লোইমিন্নে হায়বা ঐখোইনা উংখ্রে। মখোইগী পুকচেন শেংবা পাপ পুন্যগী বাখল অসি খুনগী বাংমদদি থক লংন্দে। মরম অসিনা কৈথেল্দা চৎমবা শাজং ব্যবহার অসি চংনবীগী লগাম য়াওরমদে। ধর্ম্ম নক্রবস্মু কৈথেল্দদি ওইজগোরগা লোইরে হায়বসিতা খন্নে। অস্মম তৌনা থন্না ছস্তবা নীতি হায়বদি লল্লোনবগী নীতি অমা থোরক্লে। নমহৌবা নক্রগা মীনা নমখিবা হায়বসিনা কৈথেলগী আইন ওইরক্লে।

অসিগুম্বা মু ভাইরবা অমস্মুং মবুক থনবা খুনশিং অসি মতম থরগী মমুংদা মুংখিদুনা থরা হেম্না চাওবা সমাজগী ছৈকম হায়বদি সহর অমস্মুং ষ্টৈনা করম্না ছৈশিন্দুনা লৈচাওবগী হৌনবী মর্য্যাদা ফংখিবা করিগীনো ?

মসিগী বাহং অসি খুম্বা ওস্নবা ঐখোইনা নিংশিংগদবদি অসিনি, মহুদি খুনগী কোল্লুপ্না মতম ফনা পাৈন্নৈ মতমদা পুন্সিগী অতোপ্পা খোংচৎ অমস্মু থংম থংননা লৈরম্মি। মসিদি ঐখোইবা

হায়না ৱায়ী শাথ্রবা মখ অমসুং য়াও শঙ্গু শঙ্গু তোইড়না পুবা লমখোকপা য়াও শেনবগী পুন্সি মরেল্লি।

থুঙ্গাশিংগা লমখোকপা য়াও শেনবশিংগা তোইনা য়ৈথাইনরম্মি। অসিগুম্বা কোইচৎ চৎনা লমকোইবা কাংবুশিং অসিনা লৈত্তেম মাল্লবা লৈগাও চেনবা লমদা তুরেল মপান্দা অকবা লৌকমগী মহৈ মরোং চাড়না ফুংঙাই য়াইকমা মী য়াম্না লৈ হায়বসি থঙপকপদা তমদা কুমথরক্লনা থুঙ্গাসিংবু মথুন্দগী ভাস্থোক্লগা নমড়না লৌনবা হোৎনৈ। অসুম্না য়াওশেনবা অমসুং লৌউবশিংগী মরক্তা লান শোক্লরম্মি।

লান্দারকপশিংনা ওল্লবদি মখোইনা লৌমীশিংবু অড়ম্মক লৌ চাড়না লৈহল্লি। অড়ুম্নদি ওইরগা অতৈ অতোপ্পা লান্দারকপশিংদগী কনবিবগীদমক্তা থুঙ্গাশিংনা মখোইদা লোটপোৎ কাই।

মসিগী লোটপোৎ অসি অকক্লবা চাংগী মহয়-মরোং মত্রগা চহি থুদিংগী পোথোক্তা শরুক অমা ওইনা পিনৈ। লানগুম্বশিংনা মতৌ অসুম্না রায়েল তৌবা ওইথি। অড়ুগা থুলগী মীশিংনা রায়েল অড়ুবু ইম্না চৎথি। মতাং অসি থুম্না সমাজগী মনিংতম্বা অমসুং মশানা থাকচবা লৈচন অমা ওইরম্বদগী লোইশিল্লকপা অড়ুগা ষ্টেটমা মমি ঊমথৎলকপগী তানফম অমনি।

থুঙ্গাশিং তিনশিনথ্রবা ফাওবদা থুম হায়বা ছৈফম অসিনা থ্যাইদগী হেন্না নোংজু-মুংশা থাংবা অপুনবগী লিচিং হায়বা সিমদি থনম্মু। থুনগী তুং-:কাইবা মও অসিনা এডিংবর্গকী মনাক্তা

লৈবা মুশেলবর্গ কোবা অপিকপা খুল অমমা চাওখোকচবা অসিবু চুম্মি হায়না সাক্পিনা পি।

মুশেলবর্গ অসি মশাগী মিউনিসিপালিটি লৈরবা বরো অমনি, এডিনবর্গতি নত্তে। এডিনবর্গ মুংশ্রবস্থ মুসেলবর্গতি বরো (borough) ওইনা লৈপনি।

## সহরগী হাওয়ানা মীবু নিংতম্মল্লি।

সহর হায়বসি মীওইবগী মরি মথোং তাকপা ইতিহাসতা খল্লা থিন্না লাকই। ঐখোইনা সহর হায়বদা মখল খুদিংগী হায়বসি অচৌবা অপিকপ সহর পূম্নমক য়াওরে সহর হায়বসি অচৌবা, খুন অমা নত্তে; অনিসিগী মও মতৌদা খেন্নবা লৈ।

খুনশিংবু লৌরাই-খোবাই অদুগা সহরবুনা ইচুখওবা অস্থুম হায়না খঙলৈ। অনি অসিগী খেন্নবা করিনো হায়না মখোইনা চংগনি। অপিকপা সহর অদুগা অচৌবা খুন অমগা অনি অসিগী খেন্নবা করিনো?

অনি অসগী খেন্নবদি অসিমি খুন হায়বসিনা অকোইবদা লৈরিবা লৌমশিং উরিবা লৌউবশিংগী খাংপোকশং মরক্তা ওই, অদুগা সহর হায়বসিনা সহরদা লৈবা কারখানা, দুকান মত্রগা অকিস্তা থবকশুবা মীশিংগী য়ুমাশংনা ওই। খুন হায়বসিনা লৌউ-শিংউবা শিংলুপ অমনি। অদুগা সহরনা লম্লোন-ইতিকৌ,

মোঙ্মা লিকপগী অমসুং বারেল খোঁদাগী ভুনকল্লি। মরম অদুনা খুনগা সহরগা থবক্তা অমসুং পাক চাওবদা খেন্নৈ। অমগা অমগা তিন্নরোজনবগী খুদোংচাবা খাইদগী হেন্না পিরিবা সহর হায়বা সমাজগী শিংলুপ অসিনা সংস্কৃতি হায়বদি খোইমিংলোনগী নৈফাও লাক্লি। লাক্কং ব্যবহার করবা মীবু ইচু তাবা হায়না খঙৈ; মরমদি ব্যবহার করবসি মতম অমদা সহর মচাশিংতগী খুচ্ছুনি হায়না খল্লম্মি।

গ্রীক দার্শনিক এরিষ্টটলনা হায়রম্মি—"মীওইবনা হৌনদুনা পুন্না নৈমিন্ননবগীদমক্তা সহরদা লাকই। পুন্সি নিংথিনা লেন্নবগী-দমক্তা মখোইনা পুন্না লৈমিন্নৈ।"

করম্না সহর লৈরক্লিবনো? চাউরাক্না হায়রবদা মঙং অনিদা সহর ইনথংলকই।

য়ুমলিং কৈরিনগা মকম্না অসুম অসুম পাকথোরকদুনা সহর ওইরকপা মওং অমা। ভারতকী মেপ্তা বিন্দু বিন্দু নমদুনা তাক্লিবা অয়াম্বা সহরশিংসি মখল অসিগী লাংনি।

অতোপ্পা মওং অমনা—মচিমখৈদগী সহর ওইনা অদুমক লাকপা অমসুং কৈদৌউৈদসু খুন ওইরক্তবা। হায়রিবা মওং অসি মরম কয়ামুক্তগী থোকই। মকম খুদোং চারগসু অহানবদা করিমতা লৈরমদবা মকমদা সহর লি থংখি। ঐথোইগী দেশতা হায়রগদা কলিকাতাগুম অচৌবা তুরেম্না সমুদ্রদা তাবা মকমদা সহর ওইগল্লি। বম্বেগুম হিথাংকম কবা মকমদসু সহর ওইনৈ।

ভারতকী সহরশিংগী ওরদি মথা যুগতা নিংথৌগী লানশং ওইবদগী হৌরকপনি। মোগল নিংথৌশিংসু অদুগা মখোইগী মমাং

থাখিবা নিংথৌশিংস্থ মগম অমদগী অমদা মরক মরক্তা লানশং চোংই। নিংথৌনা মন্ত্রগা নিংথৌরেল্লা লানশং শাবা মফম অদু মহাক্কী কোম্বুং ওই। অঙম অথৌ, সিফাই, লল্লোনবা, খুৎ-হৈবা পুন্নমক কোম্বুং অসিদা পুল্লি। অদুদগী কোম্বুং অমুক হোংবদা হান্নগী কোম্বুং অদু লৈগে। মী অয়াম্বা থোইদোকপদি লল্লোনবা অমসুং খুৎশা-হৈবশিংদি হান্নগী মফমদা লৈহৌই। অম্মুম্না অনৌবা সহর অমা লিংখৎলি। হায়ত্রাবাদতা লৈবা বিদর অসি অসিগুম্বা মওংগী সহরল্লি।

তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম অমসু থাজবগী ইল্লাংমফম মন্দির অমসুং লাইশংনা সগর হৌরকপগী খ্বাইদগী অকনবা মরমনি। লৈতাদুনা লৌউবনা অদুগা মসিগা কোন্নবা অহাংবা মতম্না ধ্যান তৌবগী অমসুং লিশাং শিংনা বাখল থনবগী থুদোং চাবা মীওইবগী ইতিহাসতা ইহান হান্না পি। জগৎকী খংঙমত্রবা অথুপ্পা মল্লাম অসি উরগা মথোইসিগী ব্যাখ ওইনা মীওইবমা থোপ মন্থুংদা লাই অমসুং লাই মল্লামগী ভাব থনবা হৌই। ফুরুপকী মতমগী মিক্রং হৈবা অমসুং হিদাক-লাংথক খঙবা মাইবা-মাইবীগী ছেকম অদু হৌজিক তোঙাম-তোঙানবা লাই মল্লাম ইল্লাংপা পুরিংশিংনা শিলহৌরে।

অসিগুম্বা পুরিংনা শাবা মন্দিরশিং অসি করিগীদমক মল্লামগী তিল্লফম অমসুং সমাজগী অদুগা খোইমিংলোমগী মাবুং মাকাফম ওইরক্লিবনো হায়বসিগী মরম মাল্লা লৈ। হৈহো ওইনা হায়রগা পুরিংনা অতৈ মীচমদগী খঙবা উবা হেল্লম্মি। পুরিংশিংনা থমিং

থা অমম্মুং থরাম্মিচাকশিংগী থোংচৎ মুন্না য়েংলম্মি। পর্ব্ব পালন তৌহুনা মখোইনা হুমিৎ থা অমম্মুং চহিগী মশিং হিসাব থমলম্মি। অম্মুন্না নোংথক্লোন অমম্মুং গণিত শাস্ত্র অসি মন্দিরগী অকোইবদা হৌইদগী থুনা চাওথৎলম্মি। অহুগা ইবগী মহৈ খঙনরক্লবদা মন্দির মম্মুংদা হৌরম অয়াম্বা ইশন্দুনা থম্মি। মনা-শিংনা অমম্মুং হিদাকী পাখৈনা লাইয়েংবগী শিন অসিম্মু পুম্নিৎশিংনা তৌরম্মি। অম্মুন্না মন্দির হায়বসিনা অকোইবদা লৈরিবা কোল্লুপ অহুগী মরুওইবা থোপ ওইরকই।

মন্দিরমা জ্ঞানগী য়োচ্চাবী ওইবদা নত্তনা মসিদা শেমবা থুমাগী ছেকম অমম্মু ওইরম্মি। মন্দির হায়বসিমক্তবু মমুং অহুদা ইড়াৎলিবা ঈশ্বরগী মিংচৎ-কীর্ত্তি হেম্মনবগীদমক্তনি। মরম অসিনা মন্দির অহুমা অহুকী মতিক চাওরিবমখৈ অমম্মুং মতম কুইনা লৈগদবা মওং মতৌ ওইরিবমখৈ অহুকী মতিক মমুং অহুদা লাৎলিবা ঈশ্বর অহুগী মহি-ময়াই কনবা অমম্মুং পূজ্যগী মশক ওইবা হেল্লি। অসিগুম্বা অচৌবা মন্দির শাম্নবা থবকশুবা কুলিশিংগী অচৌবা লাম্মী অমা দরকার ওই। কুলিশিংসিনা থা কয়ামুক চংনা মুং পৈথৎপসিদা মখোইবু পিজপিথকপা দরকার ওইরকই। লৌউব-শিংদগী লাইগী মিংদা কৌ-চেং অহেমবা থাইহুনা কুলিশিংবু থাকই। মন্দির শাবা লোইরগা মী ময়াম অহু মমাক অহুবাইদা লাই থুরুম্ন-বগীদমক্তা লৈরে। মতম খরগী মমুংদা লাইশিং অসি মকম অহুগী মকোক থোংবা শেল্লাও পাইবা ওইরক্লে। কারখানা ময়াদা হৌজিকাম্দা। হয় লিংথৎপগুম মন্দির ময়াদা মমাংতৈদা সহর শিংথৎলম্মি।

ঈশ্বরনা মতম অদুদা থ্বাইদগী হেন্না শেন্নাও পাই হায়বসিগী অর্থ করিনো? মমাংদৈগী মন্দিরশিংদা অইবা থেংনবা মরাক্তগী খাহং অমগী পাওথুম কংই। কোর্বাকশিং অদুনা তাকই মচুদি পুরিংশিংনা লাইগী মিংদা কৌদি পুথোকই, যথ শান্দোকই। লৌ শান্দোকতুনা লৌশান থোক্মি, লং নাইবা, থুংনাইবা অমস্তুং কুলিশিংগী অল্লামন পি। অদুগা কোইনা চংপা লয়োমবশিং কাওবদা সনা পুথোকই। অমুম্না পুথোকখিবা শেন-থুম অমস্তুং পোচৈশিংসি শিংলকপদা থাগংপগী মওংদা মথোই থরা থোইরকই, অদুগা মতম থরগী মমুংদা অসিগুম্বা মথোই অসি শেন্নেপকী অকরবা চামগী অকরবা হিং অমদা শেন্দোই ওইনা লৌবা হৌরকই। মরম অসিনা মন্দির অমনা কয়া জমিদারগী বেঙ্কী অমস্তুং কো-ওপরেটিভ সোসাইটিগী থবক তৌবগে হায়বদু ঐথোইনা উরে।

পৃথিবীগী করম কয়া মফমদা সহরগী লৈকা কয় শাংখিবগে? অদুগা কদাইদা অসিগুম্বা সহরগী থওন-ওনবা থোদোক অসি থোকখিবগে? মসিগী পাওখুমদি চিঙ্গাক লিবা ফুরুপশিংনা চিঙ্গাক লোকহনবা ওয়কপদা ওইখিব অহাংবশিং অদুগা চপ মান্নে। ইহাব হানবা সহরদি থুঙ্গংগী মতাংগুম্না ইজিপ্ত, ইরাক অমস্তুং চীনাদা থোকখি। মসি ময়েক্লা তাবনি সহরগী ইহান হানবা পোচ্চংদি সুহর মচাশিংনা চানবা ফংনবা চিঙ্গাক্কি। লম্লোন ইতিক থুচ্চা হৈহ্রনচিংবসি লৌউওশিংনা সহরদা শাবা পোংশিং অদু শিন্নবা অহেনবা চিঙ্গাক লৈরগতা চাওখংপা ওক্মি। অতৈ পোচ্চংশিংনা পোৎ শাবদা চংবনা য়োৎ, পিথ্রাইমচিংবা ধাতুশিং অমস্তুং অশাবা

পোং হন্দোক হোঙ্খিন তৌনবা শগোলশিং অসিনি। পোচ্চংশিং অসি এশিয়াগী তোঙাম তোঙ'নবা মফমদা ফংনরক্লে। মসিগী কল ওইনা খৃষ্টগী চহি লিশিং মরিগী মমা'ঙাইদদি সহর চোংথোক্লরক্লে। সিন্ধু প্রদেশকী মোহেনজ দাড়ো তৌবদা খৃষ্ট মমাংগী চহি ৩০০০ নত্রগা ২৫০০ গী মতম অহুবাইদা লৈরম্বা সহরগী পুক্সিগী মরমদা জ্ঞান থরা ফংই। মোহেনজ-দাড়ো অসি অয়াম্বনা চেক্লা শাবা য়ুমগী মপৈনি। য়ুম খুদিংমক য়ামত্রবদা মথোন অনি ওই। থম্বদি অনিদগীসু হেল্লি। অসিগুম্বা চেকী দালানশিং অসি হাম্বনা চেকশিন্না পোরম য়াংলবা অচৌবা সড়কশিং অমসুং লৈরকশিংগা ইরোইনমা তক্ক তক্কনা শাই। হৌজিক্কী বম্বে, কলিকাতা অমসুং মাদ্রাজদৌনা পোরম য়াওদনা থোকউ থোকউবা শাবা নত্তে।

মথোইনা হায় মতুদি মোহেনজ-দাড়োদা য়ুমদগী হুকান অমসুং কারখানা থন্দোকপা ঙমই, অতুদগী অমুক করম্বনা ইনাকখুনবগীনো করম্বনা লাইরবগীনো হায়বসি থঙবা ঙমই। মোহেনজ দাড়োদা ফংবা য়ুমকৈ অমসুং অতৈ পোচ্চেংশিংসিনা তাকই মতুদি চেক শাবা, চেকচনবা, উগুবা, সুং-গুবা সনা শাবা, কড়ি গুবা, য়োং গুব', লং নাইবা, ফি শাবা, অমসুং সনারুপা শুবনচিংবা মথুংমশা লৈবা কয়ামুক্ক সহর অসি শেমগৎ শাগৎপদা য়াওই। লম্বী সড়কী চাং নাইবা উরগা মিউনিসিপালিটি অমনা আইন শেমতুনা শিন-পান্নরম্মি হায়বসিগী প্রমাণ ফংই। সরকারগী থবক তৌবা মী, রাই-শিংপা মী অমসুং হিসাব-মুংসাব শুবা কেরাণীশিং লৈরম্বা তাই।

থর লৈরগা বিহারদা হৌজিক্কী পাটনা কৌবা মফমদা মমাংদা পাটলিপুত্র কৌবা মিউনিসিপালিটিগী (সহর শেম্বা লোইশংগী)

য়াম্না চাওখৎলবা বায়েল লৈরম্মি হায়বসি এখোইনা উরে। পাটলি-পুত্র অসি মী ৩০ মা শাবা কমিশন (য়ায়বার) অমনা বায়েল্লি। কমিশন অসি কাংবু ৬ খোক্না থায়দোকই। কাংবু অমনা (ইন্দাষ্ট্রি) নোঙ্ম-লিকপা পান্নরম্মি, কাংবু অমনা মীতোপ-মীনৌ য়েংশিন্নমই, অহুমশুবা কাংবুনা শিবা-পোকপগী হিসাব থম্মি, মরিশুবনা লল্লোনব-শিংদা পরওয়ানা পি, মঙাশুবনা অয়োনবগী চাং লেপ্পি, অহুগা অরুম্বগী অমম্তুং শেমশিংগী চাং পায়ে। তরুকশুবনা অয়োনবা পুম্নমক্কী চামদা অকরবা হিং অমগী (ইনকম) টেক্স লৌখ লি।

হাবেলনা হায়—"খৃষ্ট মমাংগী মরিশুবা চাশিংগী পাটলিপুত্র অসি য়াম্না চংখোয়া লিংখৎলবা অমম্তুং সমাজ বিজ্ঞানগী খ্বাইদগী ছেনবা নীতিগী মতুং ইন্না বায়েন্নবা ওইনা তৌই"।

অকোইবদা লৈবা লৌইংখোলগা লোইননা মোহেনজ-দাড়ো নত্রগা পাটলিপুত্রগুম্বা সহরনা শেনবা-থুম্বাগী ছৈকম ওই। সহরদগী মীশিংনা মখোইনা পোচ্চে অদু লৌউবশিংদগী অচেনবা মহৈ-মরোংগা শিনৈ। চিঙ্খাক কক্না তম্বগী (য়েশন্নি) খোরাং অসি ইঙ্গন-শুম্না খৃষ্ট মমাংগী চহি ৩০০ গী অহুবাইদা হৌদোকখি।

সহর অমম্তুং সহরগী লয়ানশিং অসি শেনবা-থুম্বাগী ছৈকম ওইবতা নত্তুমা বায়েন খুজিনগী ছৈরুপম্ব ওই। সহর অসি বাহৈ অমরোমদা হায়রগা সহর থৌদাবুং (সিটি-ষ্টেট) ওইরম্মি। অম্বুম্না সহর অসি মপান্দগী য়েংশিন্নক্কবা মনিং-মখা তমজবা অমা ওইরম্মি।

পুয়ারোন (ইতিহাস) খঙবা পণ্ডিত অমনা হায়রম্মি—"সহর অয়াম্বা তর বায়েলগী (গণতন্ত্র) নীতি চৎলম্মি।" সহরশিং অসি

রিপব্লিক হায়বসি তরাখোঁদাংবু ওইরম্মি। থরদি নিংথৌ পাল্লম্মি। নিংথৌশিং অসি মহাভারত্তা য়াওরিবা য়াম্না খুংকন-পাঙ্গনবা সহর যায়েনবা নিংথৌ ওইরম্বা তাই। আলেকজেণ্ডরনা খৃষ্টগী মমাং চহি ৩০০ শুবদা ভারত লান্দারকপা মতমদা সিন্ধু তুরেলগী মপান্দা সহর মচাশিংগী তরাখোঁদাংবু (সিটি-রিপব্লিক) য়াম্না খেংনরম্মি।

হৌজিক লাইরিক ইবা পণ্ডিত অমনা হায়রবশুম—"সহর ওয়বা খুন খুদিংমক লৌনরকপগী অনৌবা মরু ওইরম্মি।" অমুম্না মতম থরগী মনুংদা পৃথিবীগী মফম অতৈদা সহর উবা ফংলক্লে। হৌখিবা চাশিংদা পোথোক য়াম্না হেনগৎহনবা পাকতরুবা (large scale-industry) নোম্ব-লিকপা ইউরোপ্তুগী পৃথিবীগী মফম অতৈদা শন্দোকখিবশুম সহরগী লৈবাকমচা তাবসিনা এশিয়াদগী গ্রীসতা, অদুদগী গ্রীসতগী নোংচুপ ইউরোপ্তু শন্দোকখি। খৃষ্ট মমাংগী চহি ১৫০০ অসিবাইদদি স্পেন, জর্ম্মণী অমসুং ব্রিটেন্দা সহর চেংথোকলক্লে। খৃঃ মমাংগী চহি ১০০০ বাইদদি স্কানদিনেভিয়া অমসুং সাইবেরি য়েনা হাইজিনখরে।

ঐখোইনা মতুংদা উরকদবম্ভ লৈরি, অসিগুম্বা সহর অসি থরা হেম্না চাউবা শিংলুপ হায়বদি খোঁদাবুংদা (ষ্টেটতা) মতম থরগী মনুংদা তিনশিনখি নত্রগা শরুক অমা ওইনা লৈখি। অহেন্নদি ওইরগা ইতিহাসকী মতুংগী তাক্কা অসিগুম্বা (সিটি-ষ্টেট) সহর খোঁদাবুংশিং অসি অমুক হন্না খোরকতুনা মীওইবগী চাওখৎপদা শরুকশিং নিংখিমা য়ারগদৌরি। মখোইশিং অদুদি খৃঃ মমাগী চহি ৬ অমসুং ৭শুবা চাশিংদা গ্রীসকী সিটি-ষ্টেটশিং অদুগা মরাইগী যুগতা ইউরোপকী নিংতম্বা সহরশিংনি।

গ্রীকশিংনা সহর লিংখৎপগী ভাব অসি এশিয়াদগী অপুনবা ওইনা ফংলম্মি। চীং অমম্তুং সমুদ্রনা তম্পাক অমম্তুং ঈধৎ কয়া-মরুম খোক্না খাইদোকতুনা চংখোক-চশিন লুরবা গ্রীসকুম্বা দেশতদি সহরনা ফিদমকম ওইবা শিংলুপ ওইরম্মি। মতম অদুদা গ্রীক-শিংনা সহরদগী হেনবা শিংলুপ অমগী রাখল খনবা লুনা খোকই। অম্বুমা রায়েল-কাংলোনগী রাখল খনবা দর্শনিক প্লেটোনা হায়-রম্মি মদুদ— রিপব্লিক অমগী মীশিং ৫০০০দগী হেল্লোইদবনি। হায়রিবা মীশিং অসি হৌজিক্কী খুন অমগী মীশিংনি; অদুবু লাউড স্পীকর লৈনদ্রিবৈগী মতমদা মী অমনা ঙাংবা তাবা য়াবা খ্বাইদগী চাওবা মীশিংদি মসিনা ওইরম্মি।

ভারতকী সহরগুম্বা গ্রীসকী সিটি-ষ্টেটশিং অসিস্থ তরানা রায়েলম্মি। তরাগী রায়েল সভাদা রায়েলগী মরদা অহ-ফত্ত থম্নবগী দমক্কা এথেন্স মমিং চৎলি। অসিগুম্বা থম্নবা অসি য়াওদবা মীবু ফকচিনবা বুডাই চুবা হায়না হঙ্গোইনা য়েংনরম্মি। গ্রীক্কী সহরনা খোইমিৎ লোনগী (সংস্কৃতি) মীওইবনা পুখোকখিদ্রিবা খ্বাইদগী রাংবা মতোন য়ৌ খ হায়ববু গ্রীক্কী সহরগী দোষ অমদি লৈরম্মি,— মদুদ সহর অসি মীনাই লোহবগী শেনচত্তা য়ুম্ফম খোল্লি। অকনবা অমম্তুং মুঙাইতবা থবক পুম্নমক তৌবা মীনাইশিংবু নাগরিক অমগী অধিকার অমম্তুং খুদোংচাব পিদিরমদে। হৌজিক্কী মতমদা আফ্রিকাদ লম অসিগী মচা নেগ্রোশিংবু রায়েল খুজিনগী অধিকার মংতুনা য়াম্না হম্বব থাক্কা ঙম্নগা গুপ্নগী অঙৌবা সাহেবশিংতনা ভোট পিবগী অধিকার ফংবা অসিগুম্বা গ্রীক্কী হায়রিবা তরাগী রায়েল অসিস্থ ময়াই কম্বা মী খরতগী ওইনা তৌরম্মি।

মথংদা সিটি-ষ্টেটনা মরাই অমুক হাইগৎলকপদি ইউরোপ্তা মধ্য যুগ (ময়াইগী যুগ) হায়না খঙনবা খৃষ্টগী মতুং চাশিং তরা-দগীনা তরামঙা ফাওবগী মমুং'সনমি।

অসিগুম্বা মনি'তম্বা সহরশিংসি লাল্লোইঙম্বগী ( Fendeal system ) লৈকংশেক্তাদ লৈকোনগুম্না কোঙ্গোল খিল্লম্মি।

ইউরোপ অতৈনা লাল্লোই ঙম্বগী (Fendel System) যুবরাজ অমম্বুং অঙম-অংৌশিংগী তমখিরবা থুয়াদা অমম্বা, অপ'বা অমম্বুং অনংবগা য়াওম্নতুনা নাহেরিঙৈ মতমদা ভেনিস অমম্বুং ফ্লোরেন্স সহরনা কলাবিদ্যা অমম্বুং খুচ্ছা হৈববু ফজনা হৈজিং ফাহনখি। নোংমদা পুং ৮ হায়না থনকগুবা মতম ককতুনা থুংনা শুববু মর্য্যাদা তৌখি। লাইয়েক মচৈ, ইশৈ-নোংমাই, য়ুমশারোম্নচিংবা থোগৎতুনা অমম্বুং ফজ ফজবা গীর্জ্জা শাত্নুনা, ওম্বো'ক্লম্মি। য়াম্না থুনা মথল মথলগী মহৈ শন্দোকতুনা গৌজ্রিকী বিজ্ঞানগী য়ুক্কম থোন্দুনা ইউরোপকী মাইথোং প্রপ প্রপ হোংহল্লম্মি।

মতাং অসিদা য়েংশিনবদা কান্নবা পোৎশক্তি অসিনি মহুদি, কলাবিদ্যা, মহৈতম্বা অমসুং চৌরম অতৈদা চাঙখৎলিবসি সহরনা য়োকখৎপা মচিম মনাওগী মুংশিনবগী মপ ম্নংনি। জাহাজদা তোং-মিল্লবা যাত্রিককুম সহরনা নাগরিকশিংগী মরক্তা অপুনবগী ভাব অমা শেমগৎলম্মি।

"লান্দারক্লবা মত্রগা চামবা লৈরকত্রবা মতমদা য়েম্নহনা চাবগী নীতি অসি জাহাজগী যাত্রিকশিংগী মমুংদা থোরকই।"

অসিগুম্বা মচিন-মনাও অমস্থং অমত্তা ওইবগী লিচিং অসি মরুপ কৌবা শিংলুপ অমনা খুত্তম্মি। মখল মখলগী কলাবিদ্যা অমস্থং খুচ্ছারোন চাওখৎলকপগা লোইননা লল্লোন ইতিক পাক-খোক চাওখোক্লকুবদা 'মরুপ' হায়বসি লিংখি। ইংরেজীদা 'গিল্ড' হায়বসি তোঙাম তোঙানবা লোমশিংদা তোঙান তোঙান্না অর্থ তৌনৈ। করিগুম্বদা মসিবু মচিম-মনাও ওইনস্থ হায়, করিগুম্বদনা মরুপ ওইববৃস্থ হায়। তৌইগুম্বস্থং মখোইগী মরুওইবা স্বভাবতি চপ মান্নৈ। মগ্নামগী ওইবা থবক অমগীদমক্তা মগ্নাম তিন্নরবদি তিন্নরিবা অদুবু মরুপ (গিল্ড) কৌই। লল্লোনবা, ওঝা যুমশাবা অমস্থং মখল পুম্বগী খুৎনাইবগী মরুপ লৈবগুম ঙা কাবা, হি-হোনবা, ভিক্ষানিবশিংগীস্থ লৈবা য়াই।

মরুপশিংসিগী আইনশিং অসি মকম মকমগী ওইনা থরা থরা খেন্নরবস্থ পুন্নমক্তা অমগা অমগা তেংবাংনবা অমস্থং শৌগৎনবা হায়বা নীতি অসিদা য়ুম্ফম ওই। খুদম ওইনা মরুপকী মী অমা মশা ঙমদ্রবা, নত্রগা মযুম নত্রগা মশান মৈ চাক্লবা অদু ওইরবদি মরুপকী অতৈ মেম্বরশিংনা মাগী মতেং পাংই। মী অদুনা শিরবদি মরুপ্না মাগী মতু মচাশিংবু শিদ-মাদনবা য়েংশিল্লি। মরুপকী মী অনি খৎনরবদি ফুনরোই অদুগা বিচার লোইশংস্থ কারোই; তৌইগুম্বস্থং মরুপপু বায়েলহনগনি হায়বসি মখোই অনিনা য়ানৈ। মরম অসিনা মরুপ অসি হিন্দুশিংগী বর্ণ নত্রগা জাৎ অমগুম্বনি, অদুগা অমরোমদনা মথুৎনা থবকগুবা কুলি মজদুরশিংগী ট্রেড ইউনিয়নগুম্বনি হায়বসি ঐখোইনা উয়ে।

মধ্য যুগকী সহরদি অসিগুম্বা মরুপশিংগী নত্রগা সহরদা লৈবা মচিন-মনাও ওইবগী লি'চি'দা পুনবা অতৈ শিংলুপশিংগী ভাঙ্গোই পবেং'নি (ফেদরেশননি)। মরুপ পুম্নমক্না চপ মান্নবা তাল্লবদি নিংতম্বা, মশানা হায়েঙ্বা অমস্তুং সহরগী শান্তি অমস্তুং চাওখৎপা অসিনি। মতম খরদি মখোইনা ছায়রিবশিংসি ফংলম্মি। অসিগুম্বা মতমদা ময়াম্না হায়নৈ ' সহরগী হাওয়ানা মীবু নি'তম্কম্লি"। ছায়-রিবসি ভাব অমদা ময়েক্কী ওইনা চুমলম্মি; মরমদি চহি অমগা নাংমা সহরগী হাওয়া চারবদি মীনাই নাইথাং কোইক্লে।

অহুবু লাইবক থিবনা, ইউরোপকী সহরশিংসি ভারতকী মমাংলৈগী সহরনা তৌখিবগুম যুমলোম্নবা নি'খো নত্রগা নিংথৌ মচাশিংগী মথুত্তা মখোইগী নি'তম্বা মাংখি। মসি সহরশিংগী মসুংদা কাংবু কাংবু নাইনরকতুনা সহরগী যুম্ফম ওইরিবা অমতা ওইবগী লি'চিং অমস্তুং মচিন মনাওগী প্রেম অহুবু থুগাইক্রুবদগী খোকপনি। ইনাকখুনবা লন্নোনবশিংনা শক্তি থুচচন্নবা মখোইগী লন চাইরম্মি। মাকল অমদনা মখোইনা সহরগী থুৎমাইবশিংবু অহুগা অমরোমদনা সহরগী চিদাইদা লৈবা লৌউবশিংবু অরামন খজিক্কং পিরগা শুহল্লম্মি। মরম অসিনা নিংথৌ অমস্তুং অভম অথৌশিংনা সহরদা লান্দারক্লবা মতমদা প্রজাশিংনা ছাম্নগী মতমগুম লাল শোক্নৌ হায়বা য়াক্লে। মসিগী কলনা ইউরোপকী সহরশিংসি মথং মথং অমমম ওইনা মথল মথা অয়াম্বা নিংথৌ লৈবাক্কী শরুক ওইনা লুপশিনখি।

ঐখোইগী মতম ফাওবা শাংথনা লৈরম্বা ইকোন কোনবা সহরদি পোল্যাণ্ডগী ওমখৈদা লৈবা ডানজিগকী নিংতম্বা সহরসিনি। জর্মণী অমসুং পোল্যাণ্ডগা ডানজিগকী মযুমদা থৎনবদগী পৃথিবীগী অনিশুবা লাণ্ডাও ১৯৩৯ ইংদা থোকখিবনি। অমুম্বা হৌজিক পৃথিবীদা মনিংতম্বা বায়েল খুজিনগী শিংলুপ অমা ওইনা, করিগুম্বা সহর অমতা লৈত্রে।

মসিনা সহরগী যুগ লোইখ্রে হায়না হায়বা নত্তে মসিগী ওন্‌-তৈনবদা সহরশিংনা মনিংমথা তম্বা মাংখ্রবনা হৌজিক্তি মখোই অসিগী পাক-চাওবা অমসুং মশিং হেনগৎলক্লে। খৃষ্টগী মতুং চহি ১৮০০৮ দা মীশিং কোটি অম হেনবা সহর অমতা লৈরমদে। ইং শক ১৯০০ অসিবাইদদি মীশিং কোটি হেনবা সহর ১১ থক চোংথোকখি। হৌজিক কলিকাতা অমসুং বম্বে য়াওবা পৃথিবীদা অসিগুম্বা সহর ৪০ লৈ। ঐখোইগী দেশতা হৌখিবা চহি ১০১২০ সিগী মনুংদা মীশিং লাখ অমা নত্রগা লাখতগী হেনবা সহরগী মশিং য়াম্ন হেনগংলে।

অসিগুম্বা সহর থর'দ থৌদাবুংগী (ষ্টেটকী) অ'চৌবা কোম্পংনি। মখোই খরত্থ মীশিংগী মথং-মনাওদা লণ্ডন, নিউয়োর্ক, টোকীও, বর্লিন, মস্কো, পেরিস অমসুং রোম অসিনচি বনি। অসিগুম্বা মওংগী সহরবু মেট্রোপোলিচ হায়বদি ইমা লৈময়োন (সহর) কৌনৈ।

অহুম্বদি ওইরগা অনৌবা সদর অয়াম্বা কল কারখানাগী সহরনি। সহরশিংসি কল অমসুং কারখানাগী অকোইবদগী হৌরকই অমসুং মখোইগী মী অয়াম্বা চণ্ডংননা মোৎনা লৈ। নখোইগী

বারোনপুকৈ (ডিক্সনরীদ) থেংনগনি মহুদি ইংরেজীগী 'স্লম' হায়বসিগী অর্থদি সহর অমগী মনুংদা লৈবা মী অনংবনা কুংনা লৈবা, অমোৎপা, মকম হায়বনি। চার্লস ডিকেন্সনা অসিগুম্বা সহর অসিবু মমিং অমা থোল্লম্মি। অসিগুম্বা সহরদগী কারখানাদা কয়না ... ... ... য়াম্না হোৎজিনবা অহুগা মৈখু উতোংদগী লৈকাং থোরকতুনা সহর পুম্বদা চাইথরকপগীদমক্তা অসিগুম্বা সহর অসিবু মাগী 'Hard Times' কৌবা উপন্যাস অমুদা Coke town হায়না কৌরম্মি। ভারতত্ত জামশেদপুর, কানপুর অমসুং সোলাপুরনচিংবা সহরশিংসি কোকটাউনগী ... ... ... খুদম্নি।

হৌজিক্কালগী সহরশিং অসি কা-হেন্না চাউরে অমসুং কুংশিংদুক্তে শিনফম-লাকফম খঙদ্রে, মী য়াম্মক্তে, গাড়ী য়াম্না মোৎলে, অহুগা লাইনা অমসুং হুরান-চিন্থ মশিং হেনগৎলক্লে। মরম অসিনা অসিগুম্বা পেথোক্লবা সহরশিং অসিগী মহুৎতা প্রকৃতিগা থর হেন্না নকশিন্ননা মুংশিৎ শেংনা থর হেন্না শু ভাইনা লৈননবা থর হেন্না পিকথবা চুং ফিরান চাবা সহর মচানা ছৈশিন্নবগী বানোম অমা তৌনরক্লি। অসিগুম্বা সহরশিংসি লেকোন-লৈময়োন (Garden Cities) কৌই, অহুগা মথোইসি চাউখৎ-চাউখৎলবা দেশশিংদা মথং মথং শন্দোকরক্লি।

লৈকোন-সহরগী থোইদোকপা মগুণশিংদি অসিনি; অহানবদা মীশিং ককই, সাধারণ ওইনা লিশিং য়াথোদগী হেন্দে; অনিশুবদা লম অহু ময়াম ওইনা লৈ অমসুং মী খুদিংমক লম অহুগী প্রজানি। অহুমশুবদা সহর অসিগী শেন্না থুম্বা (economy) ফিরেপ চানা

লৈ। সহর অসিগী মী থরনা পোং শাবমচিংবা নোম-লিকতুনা লৈ, অতুগা থরনা সহরগী অংকোইবদা লৌউ-শিংউহনা লৈ। যানোম অসি লুচিংলখ্রা হাওয়ার্ড কৌবা ইরেঙ্গ অমনা অম্তুন্না হায়রম্মি—"সহরগা খুনগা লুহোংগদবনি, অতুগা অসিগুম্বা লৈহন অসিদগী অনৌবা আশা, অনৌবা পুন্সি, অনৌবা সভ্যতা অমা থোরক্কনি।"

বিজুলীগী শক্তি শিজিন্নবম। অসিগুম্বা সুংঙাইবা মিলন অসি থোকহনবা য়াগনি। বিজুলীনা কোল পান্দুনা লৌউবা য়াহনবদা নত্তনা মসিন (ইন্দষ্ট্রি) নোম্বা-লিকপগী ইখাই পিহনা খুনশিং-শিন্না শন্দোকহমবা য়াই। বিজ্ঞানগী চাওখৎনবা হিংচাবগী মশক ওইরবা কারখানা অমস্তুং সহরগী মকুম থা খমহনগনি।

চৌকিক্কী মতমদা য়ুমশাবা, লম্বী শেম্ব, থাওমৈ থানবা, ঈশিং পিবা, প্রজাগী হকচাং লাইয়েংশং অমস্তুং লাইরিকতম্ফমশং-নচিংবগী হৌরমদা সহরদা মশানা যায়েঞ্জবগী অকক্নবা শক্তি থরা পি অসিগুম্বা শক্তি অসি নাগরিকশিংনা খনবা মীহুৎশিংগী সভা নত্রগা (মিউনিসিপাল করপরেশন) অমগী থোক্লদা শিজিন্নৈ। মিউনিসিপালিটি হায়বসি দেশ অমগী যায়েল থৌদাগী মরক্তগী হকচাং কায়াং অমনি অতুগা মসি যায়েল থৌদা (সরকার) অদুদগী শক্তি ফংই। পিকখ্রবা সগর মচা অসিবু খুভম চেৎহনবা যায়েল থৌদা (সরকার) নত্রগা যায়েল থৌদাবুং (ষ্টেট) হায়বসি করিনো? থৌদাবুং (রাজ্য) অমস্তুং তরাগী থৌদাবুং (গণ-রাজ্য)।

অস্তুম হেন্না চাওখৎলকপা অমস্তুং মরৈ-মক্ক লুশিন্নকপা সমাজগী ফুক্নপশিংগী লিখুন খিরকপদা ঐথোইনা হৌজিক থোঙফম অমা

চৎথৎকনি অদুগা ঐখোইগী পুন্সিদা মোংদম্বা ওইরিবা খোঁদাবুং (ষ্টেট) খেংনগনি।

প্রজাগী ওইবা ইশিংনা শেংলবা অদুগা প্রজাগী ওইবা বিজুলী অমসুং মণিনা ভাম্না থানবা সড়ক্তা ভসি ঐখোইনা চৎলি। সরকারগী রেলদা তোংদুনা চৎলি, খোঁদাবুংগী (ষ্টেটকী) সেবাগী খোঙদা ঐখোইনা চিঠি. টেলিগ্রাফ অমসুং টেলিফোনগী মীকৌ কংলি। ঐখোইনা সরকারনা শেম্বা প্রজাগী পার্কত অমসুং লম্পাক্তা শাদৈ। ঐখোই খরনা সরকারগী স্কুল অমসুং কলেজদা তম্মি। ঐখোই অয়াম্বনা সরকারনা শাবা য়ুমদা লৈদুনা সরকারনা শেম্বা প্রজাগী কৈথেল্দগী পোঠচ্চে লৈ। প্রজাগী লাইয়েংশংদা পৈশা তিংদনা লাইয়েংহনবা ভস্মি। অদুগা শিরবা ফাওবদা সরকারনা শেম্বা প্রজাগী পোৎলোইকমদা লোই।

বাহৈ অমরোমদা হায়রগা খোঁদাবুংনা (ষ্টেটনা) অয়ুক্তগীনা নোংয়াই ফাওবা ঐখোইগী পুন্সি অসি পায়ে। অদুগা করিগুম্বদা নোংয়াইদগীনা অয়ুক ফাওবসি পুমনম মমহল্লি। ঐখোইগী পুন্সি করম হায়না লেনগদগে হায়বসি খোঁদাবুংনা লেপ্পবগী দাবী তৌবতা নত্তনা সরকারনা মসিমসু দাবী তৌ র মদুদি, মাগী মীকৌদা ঐখোই পুম্নমক খরাই কৎনবা শেম শাগদবনি। অদুগা লিচৎ-চেৎপা অকনবা মী খুজোকমুক নত্তনা তাইবংখিন্না লৈরিবা মীচমশিংনা ষ্টেটকী অধিকার অসিবু মশামা য়ানা লোই।

অসিগুম্বা অশুপ্পা হিংচাবসি করম্না অমসুং কৈদৌঙৈ পোকলকই? চামনা খুজিং ওইনা অস্তুক কুইবা মতমসি করিগীদমক্তা মাগী অকিবগী মণক ওইবা শক্তি অমসুং মহৌ-ময়াই মসিগীদমক য়োকখৎলি?

নখোইগী মরক্তগী কলেজ তমদুনা ৱায়েল খুজিনগী বিজ্ঞান লৌরকপা য়াওরবদি খঙগনি মতুদি থোদাবু'না হৌরকপগী মরমদা ৱাপু মথল পূন্নমক লৈ। খুদম অমনা নিংথৌগী ঈ মচংনা পিবা অধিকার হায়না খঙনবা ৱাপুনি। ৱাপু অসিগী মতুং ইন্না প্রজাশিংনা থোদাবুংগী থোদা য়ানা লোই, মরমদি ৱায়েল মত্রগা নিংথৌ মশামক্কী থোদা অদু ঈশ্বরদগী ফংবনি হায়না খল্লে।

ৱপু অংনা সমাজগী কড়ারনি। ৱাপু অসিনা অনুমান তৌই, মতুদি প্রজাশিংনা মতম অমদা তিন্নত্তুনা মখোইগী মনিংতম্বত্তু সরকার অমদা মথামগী মঙ্গলগীদমক কংথোকসি হায়না ৱারেপ্পখি।

হৌজিক য়েংগদবদি হায়রিবা ৱাপুশিংসিনা থোদাবু (ষ্টেট) করম্না ওইরকপগে হায়বত্তু তশেংনা তাক্তে। ৱপুশিং অসিনা ষ্টেট শাবদা চংবা শক্তি অমা নত্রগা অমবুতা পন্দুনা তাকপনি।

থাঙ্গৈশেংবদি ষ্টেট অসি ঈশ্বরগী দান ওইনা নত্রগা প্রজাশিংগী কড়ার ওইনা মার্কা ইনৌ.নানা চোংথোকরকপা নত্তে। মসিদি ফুরুপ, খুন অমসুং সহর শেমখিবা শাহৌশিং অত্তুগী ময়েক্লা চত্থফম থোকপা হঙেন্ন। হায়রিবা ফুরুপ. থুমচিংবগুম্না অচিনবা মেংত্রবদা ষ্টেট অসিসু মতম অত্তুগী সরকার ওইবা অচিনবা অতৈদগী খরা হেন্না নিংথিনা শেন্নরবা সমাজগী লোইশং নত্রগা ছৈরুপ অমনি। অত্তুদি দরকার ওইবশিংত্তু করি করিনো? মরু-ওইনা মখোইত্তু মরা তপ্না শান্তি, লম্লোল-ইতিক অমসুং চথোক-চৎশিনগী নিংতম্বা, য়ারিবমথৈ পাক্লা অমসুং চাউনা মম্নাচেৎপা অমসুং পূনশিনবা মখোই অসিনি। ঈ-পাও ফাওনবগী মরিদা

চাওখৎপা অনি চায়বদি চিঠি ইবগা লম্বী-থোং শেম্বগা অনি অসিনা ষ্টেটকী ওমথৈ ছান্নদগী পাকথোকচল্লম্মি।

খুন অমম্তুং সহরনা সমাজগী অফবা ছৈরুপ ওইরিঙৈ মতমদা ওমথৈ অমম্তু', তুরেল ঈশিং শিজিন্নবগী মরমদা সহর মশেম য়েংথিনবা, খুন মশেন খংনবা অসিদগী য়াম্না তোইনা লাল থোকখি। অতুদগী অমুক লৈতারবা লৌউবগা লম মুন্নবা লমথোকপা কাংবুগা ইতংতত্তনা থেঙ্গাইনরম্মি। তুরেন্না ঈশিং চাইরবা লৈচাও চেনবা লমদা লৌউবশিংনা হুংগাইনা মরা চেংনা লৈবক্ত উবদা লমনাই-দবা লমথোকপা কাংবুশি' শুম্নাংলম্মি। মালং কোইগাওনবা কাংবুশিং অসিনা খুনশিংগী মথক্তা লান্দাই। মথোইনা লান ওম্নগা লৌমী-শিংদগী লৌ মুন্দে; তোইগুম্বম্তুং অতোপ্পা লান্দারকপশিংগী মথুক্তগী কনবিবগীদমক মতৈ-মরোং শরুক খরা চহি খুদিংগী লোইপোৎ কী মওংদা লৌরগা লৌমীশিংবু লৌ অতুম্মক উচল্লি। লানওম্ব-শিংনা বায়েল থৌদাবা অতগা লৌমীশিংনা থৌদাইনবা ওইরক্লে। করিগুম্বা মতমদা ফুরুপ অমনা খুন অমম্তুং সহর কয়ামরুম অম্র তৌই, অমম্তুং লোইপোৎ লৌখংলি। অম্তুম্না মথোইনা অনৌবা ষ্টেটকী বায়েল থৌদাবা কাংলুপ ওইরকই। ষ্টেটকী শেগাদা খুনগা সহরগা খংননা লৈমিন্নৈ। অতৌ অম্তুম্না মথল-মখা অয়াম্বা লাম-শিংদগী খুন অমম্তুং সহরদগী হেন্না চাউবা বায়েলগী থৌদাবুং ('ষ্টট) শেমখি। অসিগুম্বা ষ্টেটশিংসি লান্দগী শেম্মী, লাম ভোৎমা হিংই, অমম্তুং লান্দা লোইশিল্লি। য়োংকে চায়না ধমকি তৌরিবা হিংচাবা অসিদা মথোয়গী মনিংতম্বা কৎথোক্তিনৈগী মথাংদা খুন অমম্তুং

সহর ইখোং চেন্নখি। খোর্জেপুবা ( writer ) অমনা হায়রম্মি— "ষ্টেট নহা অসিমা প্রজাশিংগী মথক্তা ইহান হান্না অরেপ্পা অম অমা খুচ্চনখিবসি থাংশাং, মৈ, অমস্তুং য়ৈথাক-খুগাইবননি।"

অদুদি মসিমক তৌখ্রবদি প্রজাশিংনা মফম খুদিংদা অসিগুম্বা মীওং-মীফু অসিবু তুমিন্না থাংলিবা করিগীনো? করিগীদমক প্রজাশিংনা মিংথৌনি হায়রিবা মী অমবু নত্রগা অচৌবনি হায়রিবা মীথিং থরবু মথোইগী মথক্তা বায়েল থৌদাহল্লিবনো? মসিগী পাওখুমদি অসিনি মদুদি মীচমশিংনা অমম্বা নত্রগা নিংথৌগী মথাদা লৈবনা নিংতম্বা ফুদোক্নবা লানগী লান্দগী হেন্না বাইশংই, কোম্মি অমস্তুং খুয়াতুশিংলি হায়বসি থল্লি। এইচ, জী, ওয়েলসনা হায়, "তাইবংমী য়াওনা শা-ণ্ডা পূম্নমক শাইদাংবা ওইনা পুন্সি হোই। শন্নিবা অমস্তুং শেনবিবগী আশাসি মী অয়াম্বনা থক য়াদে। অম্নুম্না মী ওইবনা নিংতম্বা চংনিংলবা, থুপফম অমস্তুং তত্তবা চরাগী-দমক্তা নিংতম্বা য়োম্হোকগ।"

অসিগুম্বা নৌনা লিংবা ষ্টেটশিং অসিনা করম্বা মওং মতৌ লৌখিবগে? মথোইনা নিংথৌ পানবা নত্রগা তরাগী বায়েল হাম্নবা বায়েল কা লোনা অমিগী মরক্তা অমা লৌখি। হায়রিবদি থাইনগী ভারত অমস্তুং পৃথিবীগী মফম অতৈদম্ভ থোকখি। বায়েল মথল অনিমক য়ুমলোন্নবগুম থংমনা লৈরম্মি। নিংথৌনা পামবা লৈবাক অমবু ষ্টেট ( রাজ্য ) অদুগা তরামা বায়েলবা ষ্টেটপু রিপব্লিক (তরা থৌদাবুং—গণরাজ্য) হায়না কৌই। তরা হায়বদি

প্রজাবুনি, মরম অসিনা তর' থোঁদাবুং সংস্কৃতকী 'গণ-রাজ্য' হায়বসি প্রজা ময়ামনা বায়েল থোঁদাবা তরাগী বায়েল ডিমোক্রেসীবুনি।

অসুম হায়না ইশিলগোই মতুদি অমাং ভারতকী লয়েংনবা মী খরনা বুদ্ধদেবগী মতমদা খা-ভারতা চৎখিবা মতমদা মফম অতগী নিংথৌনা মখোইদগী নিংথৌ কয়ানা হায়না হংই। 'ইনি-থৌ,' মখোইনা খুম্মি 'লৈবাক খরনা তরানা পাল্লি (হায়বদি রিপব্লিক) অদুগা খরনা নিংথৌনা পাল্লি।'

তৌরিবদি বুদ্ধদেবগী মপাবু নিংথৌনি হায়না ঐখোয়দা তম্বি। অওইবদি মদু নত্তে। মতাক্তি রিপব্লিকী ময়'ম খনবা থৌদা-পুরেনি (প্রেসিডেন্টনি)। হৌজিক্কা নিংথৌ হায়না খঙনবা রাজা হায়বা মিংথোন অসিনা মতাকপু কৌনৈ, মরম অসিনা তৈমনা লৌবনি। মতমতুদদি 'রাজা' হায়বসিনা বায়েল থোঁদারিবা অদুবুতা খঙনৈ, অদুগা থৌদাপুরেন অমসুং নিংথৌশিংবু বাহৈ অসিনা মিথোনৈ।

থাইমগী ভারতকী রিপব্লিকশিংগী মনুংদা খরদি তরাগী বায়েন্দা থায়না লৈশিল্লম্মি মী খুদিংমক বায়েল থোঁদাগী শরুক যায়রম্মি। মখোইগী বায়েল লোইশংশিং অদু অঙকপা ফংনা চাওখংলম্মি, হৌজিককাগী ওইরম্মী। অসুম্না মী পুম্নমকী তিমরকম সমিতি কৌবা খুন্দিন লোইশং অদুগা ময়াম্না খনবা মীতুংশিংগী তিমরকম মণ্ডা (parliament) লৈরম্মি। সভা হায়বদি ময়াম পুনা তাঙ্খোইমিন্নবা হায়বনি। কম্বিওম্বদা পার্লিয়ামেন্টকী লোইশং মশা অনি ফংওম্মি। অনিগুবা মশানা অহনশিংগী ওইরম্মি।

সভাশিংসিগী কুৎ (quorem) অমমম লৈরম্মি দলগী চৈঙাক্ক (whip) কুকা অসি থোক্লবা শিল্লি।

সভাশিং অসিনা দরকার ওইবা মতমদা তোঙান তোঙানবা মচুগী টিকেটতা থুপ্না গেং পিনৈ। অসিগুম্বা গেংশিং অসি সরকারগী কুপ্না য়ে শিনবা অফিসার কুপশুনা (scrutineer) মশিং নিংথিমা থি। সভাদা য়েংনবা য়ারোন পূন্নমক মীতিম বইদা (Minute books) ইশিন্দুনা থম্মি।

সভাশিং অসিগী রাজ কৌব থোদাপুরেন অসি আমেরিকাগী লিপক্লরবা থোদাবুংশিংগী থোদাপুরেম থনবগুম্না প্রজা ময়াম্না থল্লি।

রিপব্লিক থরদদি লৈময়োন তাবশিংগী (Citizens) মরক্তা অসি য়োনা মাম্নবা ঙাক্লিংলম্মি মতুদি—মখোইনা থোদাপুরেন নত্রগা মন্ত্রী ফাওবা থম্লিংলমদে। ১সিগী ফলদি আলেকজাণ্ডরনা ভারত লান্দারকপা মতমদা রিপব্লিকশিংনা মাগী লানশংদা মী ১০০ নত্রগা ১৫০ গী মীহুৎ-পাওশিন থাই।

মরম অসিমা নখোইনা উরে মতুদি নোংপোক চারমশিংদা তরা রায়েমগী চৎনবী লৈতে, মখোইনা শঙবদি মীওৎ নিংথৌতনি —তরা রায়েন্দি ইউরোপ্তগী চেম্বোকপনি হায়না ময়াম্না ঙাংনবসি কয়াদা পংথ্রবা রানো!

অচুম্বদি অসিনি নিংথৌ পান্দবা ষ্টেটশিংবু অগুপ্পগী নীতি লৈরমদে। সভা নত্রগা পার্লিয়ামেণ্টকী থুত্তা মন্ত্রী, থাজমা, লাল অমম্বুং শান্তিনচিংবা পাম্নবগী থোদাং লৈরম্মি।

নিংথৌগী মশাদা নোংদম্বনা তম্বা হক লৈ হায়বসিগী বাকম ভারত্তা থোক্কে। মরমদি নোংদমথোনগী হীরমদি ব্রাহ্মণশিংগী খুচ্ছু ওইনা লৈ হায়বসি ব্রাহ্মণ মশামক্না খংলৈ। নিংথৌদি ব্রাহ্মণশিংগী বড় অমম্মং শোৌগৎপিবদা শাইদাংই।

অওইবমক্তি বৈদিক যুগকী মতমদা নিংথৌসি পুন্সিচুপ্পগী খল্লম্মি, অদুগা মচানা খুভম শিলহৌবগী বাকম অসি কনামতনা খল্লদে। খমবদি মগুন্দা খরৈ, রায়েন খুজিন হৈবা, থৌনা ফবনা-চিংবসি চা'য়োং ওইরম্মি। অম্মুমা পওহাবকী ষ্টেট অমদা খ্বাইদগী হেন্ন' ফজবা মীবু নিংথৌ ওইনা খল্লি।

কম্বান তো'বগী লাইশোনগী মতুত্তা মতমদুদা নিংথৌবু খল্লিবা সমিতিমা মীখন-মীচনগী ইশৈ অমা শক্লরম্মি। ইশৈ অদুগী হৈরেং খরদি মখাগী অসিনি :—

লৌউ-শি'উবা, মুংভাই-য়াইফবা, খুঙ্গা-ও-লৈচাওনবগীদমক্তা শিন্নরে নভোন্দা থোদাবুং অসি।

সোর'রেনগুম; মালেমগুম, বিশ্ব-জাৎকুম, চাংজাওগুম চেৎসল্ল মরা প্রজাশিংগী ইনিংথৌসু।

মরা চেৎপগীদমক্তা খল্লে নহাকপু সভা অসিনা। মসিনা উৎলি মতুদি নিংথৌবু থেমখিবা হায়বদি লৈপ্পখিবা বা মতুংইন্না চৎকনি হায়না য়াবা প্রজাগী বাথৈ য়াবা (Trustee) অমা ওইনা লৌরম্মি।

ইকুই কুইদনা নিংথৌবু খস্থনা হাপ্পগী লোনচৎ ভারত্তা চৎলম্মি হায়বসি মী কয়ানা মী কয়ানা খঙবগে? তৌইগুম্মুং লোনচৎ অসি চৎনরম্মি।

মীথনগী মওংদা শিবাজীনা ছত্রপতি ওইনা নিংথৌ কপ্পাল তোংখি।

মি'লে অহুম থৈনখিব' বা (Trust) অহু লাক্লবা নত্রগা মহাক্না প্রজাশিং'গী অ নংবা অপাম্বগা মুক্লরগা অহু ওইরবদি মহাক কম তাই, সমিতিনা নিংথৌ লোথোকপা ওম্মি।

লাইবক থিবমা অসিগুম্বা গণ-তান্ত্রিক হায়বদি তরা বায়েল চংপা ষ্টেটশিং অসি শোইনাইরক্লে। মখোইসি পিকই, অহুগা মখোই মশেল মরক্তা অমগা অমগা য়েংথিনরম্মি, অমস্তুং লাল তৌরম্মি। অম্বম থুন অমসু' সহরদা থোকথিবহুমক ষ্টেত্ত থোক্লরে। ষ্টেট শরনা চাওখৎলকতুনা অশোনবা ষ্টেটশিংবু য়োৎশিল্লে। ষ্টেট অচৌবনা চাওবা অস্থুম অস্থুম হেনগৎলক্লগা তরাগী রায়েন্স্থু মুথ-রক্লে। মসি মতমহুদা ই-পাও ফাওননবগী মরাং কাইবা লম্বী থোং অমস্তুং গাড়ী বাৎপদগীমি। মতমহুদা রেলওয়ে, টেলিগ্রাম, রেডিও, অহুগ প্রজাগী মত কোংনবা ছাপাখানা অমস্তুং পাওজেল চে লৈরমদে। মতৌ অম্বম্না থাপ্পবনা তরা বায়েলগী তমখিরবা য়েক্লবা ওইরম্মি। খৃঃ মমাংগী চহি ৫০০ গী লোইরমদাইদদি ভারতকী রাজনীতিগী মেপ্তুগী রিপব্লিক মুংখ্রে।ময়াই তম্বা সরকার অমগী থুত্তা শক্তি পুম্নমক থোম'জন্নবা লাক্লবা তৌনিংবতা তৌবা নিং-থৌশিংমা অচৌ-অচৌবা নিংথৌ লেবাকী অশুপ্পা ওইনা ষ্টেট মচাশিংগী শিন্নখৌরে। মতম অসিদা অসিগুম্ব ময়াইতম্বা অমস্তুং মরা চেংপা নিংথৌ লৈবাকশিং ইজিপ্ত, ইরাক, ইরান, অমস্তুং চীনাদা উবা ফংই। মসিনা নিংথৌশিংসি অমুক্তা হেক্তা অশুপ্পা ওইহুনা মাগী বা খুদিংমক আইন ওইরকই হায়বা নত্তে।

মিংথৌগী শক্তি ওয়বগী মওং অসি ষ্টেট টেষ্টগী অমস্থুং চাশিং চাশিংগী ওইনা থেরে। পৃথিবীগী মকম মকমদা ইনৌ নৌনা খোকখিবা খৌদোকশিংনা মতম অমদা নিংথৌ অসি প্রজাশিংদা হায়ি, অদুগা প্রজাশিংগী মিংবা থুংত্রগা লৌথোকই হায়বসি ঐথোইদা নিংশিংহল্লি।

মধ্যযুগতা স্পেন্দা আরাগোন নিংথৌগী প্রজাশিংন মরাই হায়নখো শকখিবা য়াশক অমা মথাদা ইল্লি:

অগাক্না ফবা অদুগুম্না ফয়বা ঐথোইনা ঐথোইদগী খোইনা শিংথোই-হেন্দোইদবা মংগী মকমদ বাপক্লি মতুদি নহাক্না ঐথোইগী ইনিংতম্বা অমস্থুং আইনশিং ওাক্না চংকে হায়রবদি নহাকপু ঐথোই-গী নিংথৌ ওইনা লৌগনি, ওাকত্রবদি লৌরোই।

শক্তি লৈবা, অচৌবা ষ্টেট লিংখৎপগী মরুওইবা ফল অমদি মসিমি মতুদি শেনথুমগী মরিদা প্রজাশিংগী মরক্তা মান্নদবা য়াওরক্রে অদুগা থবক্তী মতুং ইন্না কাংলুপ খাইরক্রে। থুন অমস্থুং সহরদা মী খুদিং ক মনিংতম্বা অমস্থুং মান্নস্বদগী করম্বা লম্নাইগী মরাম খোকখিবনো হায়বতু ঐথোইনা উখ্রে। হৌজিক অচৌবা ষ্টেটতা মঙ্গল, শক্তি, অমস্থুং খুচত্থু-খুংলাই লৈবা কাংলুপ মচা অমগী মীশিংনা মীচম অতৈশিংদগী ভোপ্না লৈবা হৌরে। নাকন অমদন অতম-অশৌ, সরকারগী কর্ম্মচারী, জমিদার অমস্থুং পুরিং লৈরে, অদুগা অমরোমদনা লৌমী খুংনাইবশিংগী কাংলুপ মপৈ অমা লৈরে। আমেরিকাগী অচৌবা খোর্জেঙবা মুংলোমহনবা ডুরান্টনা হায়, "লম্না ষ্টেটকী মমানি, লান্না মপানি।" খুঃ মমাংগী চহি ৫০০গী

লৈবাকমচা ভারবা মালেম লৈকোইবুংদা ওইখিবা ষ্টেটকী মওং অমু ৬সি কাওবা ঐখোইগা চেন্নরি। চহি লিশিং অনিগা চামগী মমাংদা ওইরম্বা ৬সি কাওবা নিংথৌ অমসুং রিপব্লিক কয়ামরুম লৈরি। থাইনগী অসিগুম্বা কল্লবা ছৈকম (institution) অসিগী কুয়াংবানগা তাইননা অনৌবা শক্তি কয়ামরুম হৌথিবা চহি চামগা চুম্বা থবক তৌরক্লি। থবক অসিনা ঐখোইগী অম্নম অম্নম চাওখৎলক্লিবা মীওইবগী পরিবার অসিদা ইথিন পিরে, অমসুং পিরি। ঐখোই হৌজিক ষ্টেটকী কুরাংবন মথাদা করি লৈবগে, করম্বা থৌদোক থোক্লিবগে হায়বসু য়েংসি।

---

# লাইরীগী মহুত্তা লাইনৌ

ঐখোইগী যুগ অসিগী লাইদি ঈশ্বর, আল্লা জীহোবা নত্তে; তৌইগুম্বসুং খুড়াতোন শাম অমসুং খুড়াতোম জোম বুল হায়বনৈ। অসিগুম্বা অঙকপগী মশক ওইবা ইঙ্গিৎ অসি থর মুম্না য়েংশিল্লবদি চুম্মি। থাইনগী লাইশিংসি হৌজিকফাওবা মন্দিরদা, মজজিদতা অমসুং সিনাগোগতা ইড়ৎনরি চুম্মি। তৌইগুম্বসুং লাইশিংসি মতম অমদা মালেমশিনবা থুংনা ভক্তশিংনা মখোইগীদমক্তা শিবা ৬মলম্বহ হৌজিক্তি চাওখত্তবা মী কাংবু থর নত্তনা, অতৈদি শিগে নিংত্রে। ৬সিদ অনৌবা লাই শংগীদমক্তা মীওইবনা মথবাই থানরি।

লাইনৌ খুদিংমক মী তম্মি। জোন বুল অসি অনোইবা, য়াইনগনা", চিদেংবা যণলাবা মানবা ভদ্রলোক অমনি, (বুল হায়বসি ইংরেজনি, অর্থদি যণলাবা হায়বনি)। খুড়াতোন শাম্না মতম চুপ্পদা চুরুপ চুপ্পা, দাড়ি চেল্লগা থরানমিচাক হৎপা মুঙানবা টুপী উপ্পা ভদ্রলোক অহন অমনি। ভরত মাতানা শম্নাং নিংজোন য়ৈরবী, পৈঙাং, অভৌবা অমত্তুং অশংবা মচুগী শাড়ী শেৎপী, ফজরবী মুপী অমনি। অসিগুম্বা লাইশিংসি মীগুম্না অবা-অনা থংডি হায়না লৌই। ঐখোইনা জোন বুল শাওরে, খুড়াতোন শাম চিংনরে, নত্রগা ভরতমচা য়ারয়না তেংথারি অসিনচিংবসি হায়নৈ। মখোইগী অসিগুম্বা অপিকপা লাইগী মরমদা মীশিংনা হৌজিক হৈথারি— "ব্রিটেন্না ইথক-ইপাক বায়েল্লি"; নত্রগা "জর্ম্মণী, জর্ম্মণী, দেশ পুম্নমক্কী রাণী"; নত্রগা "সারে জহাঁসে অচ্ছা হিন্দুস্তান হমারা— দেশ পুম্নমক্কী অখোইবা হিন্দুস্তান কোবা ইরৈবাক"—অসিনচিংবা। অসিগুম্বা হৌজিক কানগী লাইনৌশিংসি অওইবমক মৌই, নহা ওই। মখোই থরদি চহি চনিরোমদা ঙাইরি—চহি চনিসিদি লাইরীগী পুন্সিগা য়েংনরুবদা য়াম্না নৌই। অদুগা অতৈ ভারত মাতাগুম্বা লাইদি চহি চামকাওবা শুদ্রিবা অঙাং নাওয়ানি।

অদুম্নদি ওইরগা অমরোমদা হৌজিক্কী লাইনৌশিংসি চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদা লৈরম্বা ফুরুপকী উমংলাইশিংবু নৌনা অমুক য়াকাইবনি। ঐখোইগী হৌজিক্কী লাইনৌশিং অসি ফুরুপকী উমংলাইশিংগা য়াম্না মান্নৈ। খেন্নবা হায়বমক্তবু লাইখুদিংমক্না হৌজিক মী চাম-চনিদম্ক কোন্দ্রে, তৌইগুম্বমু মী কোটি-কোটিগী জাতি কয়ামুকপু কোল্লে।

মকম অসিদা ঐখোইনা 'জাতি' হায়বা অমৌবা রাইহ অমদা থুদি থিরে। লাইনৌনা মী তমহনা কোনবা সমাজগী অনৌবা হৈরুপ নত্রগা কাংবু অসি করিনো ?

চহি লিশিং ৩০০০ দা মমাঙ্গা ষ্টেট করব ত্তৌনা হৌরকপগে অহুগা করব হায়না হৌজিক কাওবা লৈথরক্লিবগে হায়বহ মথক্কী অককা ঐখোইনা উখ্রে। ষ্টেটকী অয়াম্বা পুন্সিদি ঐখোইগী ইতিহাসনা শাগৈ হায়না কৌবা নিংথৌ অমম্বুং মাগী শাগৈগী অমম মুংডাইগী ইথক্কা ইরোইনথি। ষ্টেট অমগী নিংথৌনা ষ্টেট অমগী রাণীগা লুহো লবদি শাগৈ অনিসি পুনশিল্লি। নিংথৌ অমগী মচানুপীনা নিংথৌ অমগা লুহোংলবদি হায়রী নিংথৌগী লৈবাক মচেৎ থর মতুদা লৈবা মীশিংগা লোইননা অকোনবগী নিংথৌদা অউনপোৎ ওইনা তশিল্লি। হৌজিক ষণ মল্লুপ অমা য়োমবদা নত্রগা খাংদোকপদা ষণশিংগী মবা লৌদবগুম মমাংঙৈদস্থ কবদ্ধা ষ্টেটতা লৈগদগে হায়বগী রাথল অসি উমখ্রবা লম অতুগী মীশিংগী খোগ্না চংদে। বথে সহর অসি রাকম অসিগী থুদম্নি। তরাতরেৎগুবা চার্লিংদা ব্রাগা ওইবগী পোর্তুজগী রাজকুমারী কেথরীন্না ইংরেজ নিংথৌ অনিশুবা চার্লসতা ওংলকপদা অউনপোৎ ওইনা সহর অসি চেন্নয়ক্লুনা পোর্তুগীজদগী ইংরেজগী খুত্তা চংখিবনি।

মতমতুদা ষ্টেট অসি শাগৈগী ওইনা তৌরম্মি। প্রজাশিংগী মথুংদা লৈনবা মরি পুন্নমক নিংথৌ অমতদা ভক্তি কংপদগী পোকখি। ফ্রান্সকী নিংথৌ তরামরীগুবা হুইনা "ষ্টেট অসি ঐ ইশানক্লি" হায়না লাওথোকপা ফিভম অসি শমলপ্না তৌইগদবসুং য়ায়া চুশিন্না উৎখ্রবনি।

হৌজিক্তি বাহং অসি থোরক্লে ; প্রজাশিংগী অমম্বুং মথোইদগী নিংজবা অপাম্বা আশাশী মতুংইন্না মহোশানা শেম্বা কাংবু কাও-থোকতুনা করম্ভা জাতিগী ভাব অসি থোরকতুনা ঙসি ফাওবদা পৃথিবী শিন্দবা থুংনা জাতিগী ভাবনা ধর্ম্ম ওইরক্লিবনো ?

জাতিগী ভাব অসি ইউরোপ্তগী হৌরকপা মরমনা মফমদুদা তরাতরেৎ শুবা চাশিংদগীনা হৌজিক ফাওবদা করি করি থোক-খ্রবগে হায়বদু য়েংলগা বাহং অসিগী পাওখুম নিংথীনা পীবা ঙমগনি।

ইহান হাননা খওজিনগদবা মচন্দি থাইনগী গোড়ীয়া চেৎপা ধর্ম্মশিংগী ময়াই চাইথরকপা অমম্বু মুংখিবা অসিনি। তানফম অসিনা অহোবা অমা শেমলম্মি, অহোবা অসি কাংবুগী নত্রগা রাজভক্তিগী করিগুম্বা ভাব অমনা মেনশিল্লম্মি। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী লিপুন অসি মতম খরগী মন্নুংদা মরৈবাক মু'শিবনা শিনখি।

নখোইগী তম্লবা লাইরিক্তা নোম্ব-লিকপগী ( Industrial Revolution ) হায়না মিথৌবা শেনবা-থুম্বাগী অহোংবশিনা জাতি পোল্লকপগী মরিদা অতৈদগী খরখিৎ হেনবা ওইবা য়ানা, দাদী ওই। লাল্লোই ঙম্বাগী চক্রীগী ( Feudal system ) মফমদা হৌজিক শেল্লাও পাইবনা শিল্লে। কল, যন্ত্র পুথোক্লকপসিনা খুচ্ছা-হৈবগী নোমজ-চচ্চবা তকথাইতুনা পাক্তকী পোত্থোক্লা হৈশিনহৌরে। কল-কারখানাগী মালিকশিংনা পুম্নমক্কী মথক্তা পোৎ অসি পাম্মি। অহানথংনা পোৎকী হৌনবী পোচ্ছেম অদুগা পনলানবগী পনশেন

লোদবা কৈথেন পাম্মি। অনিশুবদনা মখোইগী কারখানাদা হোংনা শুবা, অদুগা লাইনা ফংবা কুলি থবকশুবা পাম্মি।

মতম অমদা ইউরোপ্পা লৈরম্বা লাল্লোই চক্রীগী অর্থদি মসিনি মদুদি অওম্বা লাল্লোইবা খুদিংমক্তা, মাগী মরম লাল্লোই পরিবার মমুংদা চংলকপা মান পুন্নমক্তা খাজনা পোচেন্ন লোই; অদুগা লাল্লোলয়াল পুন্নমক মাগী লম অদুদা পুনশিন্দুনা থম্বা মীনাইনি। চক্রী অসি কারখনা মালিকশিংগী তিংখংনি। মরম অসিনা মালিকশিং যাত্রা তোবা তারম্মি। তোইশুম্বসুং লাল্লোই ওম্বাশিংগী শক্তি থুগাইগে হায়রবদি কল মপু অমসুং লল্লোনবশিংনা জাতিগী থোদাবুং পাঙ্গল কলহনবা তাই। মতাং অসিনা হৌজিক ঐখোইনা দেশ ভক্তি হায়না খঙমরবা মীচম প্রজাশিংগী মরৈবাক মুংশিবগী ইপা অদু মখোইনা ঙাৎনদুনা ইশিংলি।

অম্মুম্না ব্রিটেন, ফ্রান্স, জর্ম্মণী, ইটালী অমসুং রাশিয়াশুম্না নিংথৌজাগী মদুৎ শক্তিনা শিনখি। অদুগা প্রজাশিংবু নিংথৌ, যুবরাজ, অমসুং ডিউক্কীদমক নত্তনা মখোইগী মরৈবাক অমসুং জাতিগীদমক্তা থরাই থাও হায়না হায়রে। নিংথৌদি হৌজিক মাগী লৈবাক্তী থুদমতমক ওইরে। নিংথৌ কয়া লাকখি, চৎখি; তোইশুম্বসুং জাতিগী থোদাবুংদি অম্মুম লৈরক্লি।

মপানগী লান্দাবনা জাতিগী ভাব শেমগৎপদা তেংবাংখি। মীতোপ্পা লান্দবা অমসুং মীতোপকী শাসন অসি দেশ ভক্তি পোকহন্নবগী অকনবা য়াইনি। ময়ামগী ওইবা য়েক্লবগা মাই-য়োক্লবা মতমদা প্রজাশিংনা অমুকা হেন্না পুনশিন্নি। জাতিস্রি

হায়বা ভাব অসি অমুক্তং তাগ্রবদি মনিংতম্না হিংবা হায়বদি মখোইগী জাতিগী য়ায়েল খোদাবা সরকার অদু লৈনবা কন্না হোৎনৈ। মসিবু মশানা মশাগী ফিরেপ তানবগী অধিকার কৌই। ফ্রান্সকী থংহোং হোংবা ইচাওনা থুংজিল্লক্লবদা ইউরোপকী মিংথৌ পূন্নমক ইচাও অসিবু নমথনবা লিপক্লরম্মি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ফ্রান্সকী মীশিংসি থাঙ্গৈশিংনা জাতি অমা ওইখি, অমসুং নেপো-লিয়নগী লুচিংদা লান্দারকপা পূন্নমক তকখোকখি। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মতুদা লেপ্তে। নেপোলিয়নগী লাম্মীনা ইউরোপকী লৈবাক অমদগী অমা তান্না হাইজিল্লম্মি। মসিনা অমুক অওক ওকখোং ওইনা লান্দারবা লৈবাকশিংগী মীশিংগী মরক্তা জাতিগী ভাব পোকহল্লম্মি। অম্সুম্না '৯গুবা চাশিংদা ফ্রান্সনা তকশিল্লকপদগী কিবনা জর্ম্মণী জাতি অমা ওইখি। অসিগুম্না ইটালীসু অষ্ট্রিয়াগী য়ায়েঙ্গে কিবনা জাতিগী লিশাং তাখি।

মসিগা চপমান্নবা পৌদোক অসি ইউরোপকী শক্তিশিংনা অমেরিকা, অফ্রিকা অমসুং এশিয়াগী চাওখত্তবনি হায়না হায়নবা মী কাংবুশিং জয় তৌবদা থোকখি। এইচ, জী ওয়েলসনা খোর্জ্জে থারম্মি—"জাতিগী ভাব মমাংদৈগী ক'রগুম্বা কান্দা তাখিদ্রিবা নোংপোক হায়মগী মীশিংনা নো চুপকী চুরুপ অমসুং টুপী শন্নবদা ভাব অসি লৌখি।"

চীন লৈবাক্তা অতোপ অতোপ্পা জাতিশিংনা তকশিল্লকপদগী অচৌবা লুচিংবা ডক্তর স্থন, য়াট সেন্না জাতিগী অকনবা যানোম অমা থোকহনখি। কুওমিণ্টাং হায়বদি প্রজাগী দল কৌবা মান্না

শেম্বা সংস্থান অসিনা ইং শক ১৯২৭ তা লাকোইশঙবা কমমসী মখাদা চীনবু মচেং-মচেং খাইদোক্লম্বদুগী মহুক্তা চীন পূঃমকী ওইনা জাতিগী সরকার অমা লিংখৎখি। মসিমক ঐখোইগী দেশ ভারতসু খোকখি। মীতোপকী রায়েইঙ্গ অসিনা জাতিগী ভাব পোকহনখিরমা ভারত জাতিগী কংগ্রেসনা জাতি অসিগী লিংতম্বা থাখী ত্তৌখি।

জাতিগী অসিগুম্বা ভাব অসিনা কনাগুম্ব শ'না সাম্রজ্য অমত্রুং ওইজবা মাংগদবা লৈরব'দ জাতিনি হায়বা বাকম অসি মখোইমা হায়নিংদে। মসিনা জাতি হায়বসি করিনো হায়বা য়াম্না শুংঙাইরবা বাহং অমা থাঙ্গংলি। পৃথিবীগী ক'রিগুম্বা মফম অমদা লৈবা কাংবু অমা জাতিনি জাতি নত্তে হায়ব'সি করম্না লাইথাই তাগনি?

চাংয়েং কয়ামুক হথোক্লরে। থুদম ওইনা অস্নুম হায়নৈ মহুদি জাতি অমনা ধর্ম্ম, জাৎ অমস্নুং লোন তিম্নগদবনি। চাংয়েংশিংসি কদাইফাওবা চুম্বগে য়েংসি।

ধর্ম্ম তিম্নবনা জাতি অমগী মরু ওইব সাক্ষিনারা? ইউরোপকী জাতি অয়াম্বদা কেথলিক, প্রটেষ্টেট অমস্নুং জিউ (ইহুদি) লৈ। পাঙ্গো নম্বা ইজিপ্তা 'কোপ্ত' হায়না ক্রিশ্চিয়ানা কাংবু মচা অমা অদুগা ইরান্দনা জোরাষ্ট্রিয়ান কাংবু মচা লৈ। চীনাদা মরু ওইবা ধর্ম্ম অনিদগী হেন্না লৈ; মখোইহুদি কনফিউসসকী মচা চৎপা চীনা, বৌদ্ধ চীনা, খ্রিষ্টিয়ান চীনা, অমস্নুং পাঙ্গন চীনা।

জাং তিম্নবা হায়বসিস্নু খোইনা হেন্না ফবা চাংয়েং নত্তে। মসিদগী চাংয়েং অসি মথোং চাদে হায়বসি জাতি খরা য়েংবদা থঙবা

ওম্মি। ব্রিটিশ জাতি অমনি; তৌইশুময়্নুং মখোইগী মরক্তা ওয়েলসকী মী, আইর্ল্যাণ্ডগী মী, স্কোটলেণ্ডগী চাংমী কয়া য়াওরি। মখোই-শিংসি জাং য়েংলুরবদি ইংরেজদগী পুমখেন খেয়্রে। জাপানীজশিংসু জাং অমত্তগী মী নত্তে, মখোইগী মরক্তা 'আইনস' কৌবা অতৌবা কাংবু অমা নাপু মঙ্গোলিয়ন ময়ামদগী জাত্তা খেন্নরবসু অদুম্মক জাপানীজ ওইনা লৈ। ভারত্তা আর্য্যগা দ্রাবিড়গা নিংথিজনা য়ানখাইনদুনা লৈ। আমেরিকাসি অওইবমক পৃথিবীগী মমু দা খাইদগী হেন্না য়ানশিন্নবা জাতিনি। আমেরিকাদা ইংরেজ, জর্ম্মন, ফরাসী, রুমানিয়ান, স্কান ডেনিভিয়ান, ইটালীয়াম, স্পেনিবাড়, গ্রীক, অতাংবা ইন্দিয়ান অমসুং নেগ্রো লৈ, অদুবু মখোইসি আমে-রিকান জাতিনি। ঐখোইনা শকখংনিংঙাই ওইবা প্রোফেসর জুলিয়স হক্সলেনা হান মতমদি জাংকী ভাব অসি শাজিনবা পরেংনি। য়ামদবা পুমশেংগী জাং লৈতে। মরম অসিনা জাং তিন্নবনা জাতি অমগী যুম্ফম ওই হায়বসি তশেংনমক মপানগী রংনি।

লোন তিন্নবসিসু শাজিনবা পরেং অমনি। কানাডাদা ইংরেজী ফ্রেঞ্চ লোন অনি লৈ। সুইজরলেণ্ডদা সরকারগী ওইনা জর্ম্মন, ফ্রেঞ্চ অমসুং ইটালীয়ান লোন অহুম লৈ।

মরম অসিনা চাংয়েং পূম্নমকসি চম্নত্রে, উরে। ধর্ম্ম, জাং অমসুং লোন তিন্নবসিনা জাতি অমা শেমগৎপদা তেংবাংবা য়াই, তৌইশুময়্নুং জাতি অমা শেমগৎপদা চংগদবনি হায়বদি লৈতে।

অদুদি মী কাংবুবু জাতিগী লিচিংনা পুম্নবা মায়াগী মশক ওইবা পোৎশক অদু করিনো? জাতি অমনি হায়না নিংলিবা

মীশিংগী অপূনবা কাংবু অমনা মথক্কী বাহংশিংগী পাওখুম ওইগদরা থক্লি। কনাগুম্বা খোর্জেংশুবা অমনা ইপো-পোনা হায়; "জাতি অমা হায়বসি মাগী হৌরকফমগী মরমদা শেরান্ননা লমজিংখ্রবা অদুগা তাইনবা লৈবাক্কী মীশিংবু নাচুংদবা সমাজ অমনি।" হায়বদি জাতি ওইনিংলবদি ঐখোই জাতি ওই। মসি ভাবনি, পুক্নিংগী ইচ্ছানি, থবাই চংবা-চংদবগী বানি। নখোইনা জাতি অমা ওইনা নিংবদা, নিংবগী মতুংইন্না জাতি অমা ওইগনি।

ভ্যান লুন্না মাগী মুংঙইববা লাইরিক 'The story of Man-kiud' মীওইবগী বারী তায়বদুদা হায়, 'জাতি অমা ওইবগী ভাব অসি বায়েল খুন্জিনগী ভমথৈ লৈরি নত্রগা কোক মতুম তাবা নত্রগা নাতোন পাকপনচিংবগী বা নত্তে, তোইগুম্বস্মুং থম্মোই অমস্মুং আত্মাগী বনি।"

জাতি অমগী যুম্ফম দ ভাব নত্রগা থবাই চংবা চংদবগী বানি, ইতিহাস নত্রগা বিজ্ঞান নত্তে হায়বস সমাজগী ছেরুপ অসিগী অশোনবস্মু ওই অদুগা শক্তিস্মু ওই। অসগুম্বা ছেরুপ জাতি অসিদি মীওইবা পুন্নমক্কী মথক্তা হাইহুন্না পান্দুনা অফবা নত্রগা ফত্তবগী থোইদসন অমা ওইবা য়াই।

জর্জ্জ বানডিসোনা মাগী তম্বা থোক্তুবা মওংদা হায়রম্মি, জাতিগী ভাব অসি হৌনশা মনাং অমনি, অদুগা মসিবু পোকপা শিবা অমস্মুং লুহোং কৈহোংবগুম্বা শিনা নত্রগা পনা পেলহনগদবনি।"

---

# সম্রাজ্যগী যুগ

অচৌবা নিংথৌ অশোক্কী য়াইফবা মতমদা ধর্ম্ম-ধর্ম্মীগী ভাব অমা লৈরম্মী। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী য়াথন্না ভারতকী নিংথৌ অমত্তবু দেশ য়াংমা লান্না লান্দাবগী থবক তৌহন্দে হায়না হায়রৈ। থ্বাইদগী হেন্না খুৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌশিংনা চক্রবর্ত্তি (নিংথৌরেল) অমসুং পৃথিবীগী মপু ওইনিংলম্মি চুম্মি। তৌইগুম্বসুং মথোইনা থল্লিবা পৃথিবী অত্তুদি ভারতকী ৎমখৈগী মন্নদতা ওইবনি। মসিগী ৎমখৈ য়াংমদা মথোইগী আশা লৈরমদে। মাখাই মীয়ৈবাকমচাশিংবু জয় তৌগে হায়না খন্দে। ভারতকী মতিক মগুন অমসুং খোইমিৎতাবা (সংস্কৃতি) দেশ য়াংমা লান্না ব্রহ্মাদেশ, মালয়, সুমাত্রা, জাভা, বালি, বর্নিও, শ্যাম, কাম্বোডয়া অমসু ইন্দোচীনা ফাওবা শন্দোকই। তৌইগুম্বসুং ভারতকী য়াথল অমসুং খোইমিৎলোন্না (সংস্কৃতিনা) হেন্না চাওবা ভারতকী থোংদা শন্দোকখিবসি য়ৈথাই থুগাইবা অমসুং মীহাৎ মীপুন তৌরিবা নিংথৌ অমসুং লান্মীগী মতুংইন্দুনা তৌখিবা নত্তে। ভারতনা আলেকজান্দর নত্রগা সিজার, এট্টিলা নত্রগা জেঙ্গিসখান ক্লাইভ নত্রগা নেপোলিয়ানগুম্বা বীরশিংগী-দমক চাওথোকপা ৎমদ্রিবসি ভারতকী মরাইবক ফবনি। ভারতকী অধ্যাত্মগী পাওতাক, কলাবিদ্যা, অমসুং খুচ্ছা-হৈবা শন্দোকখ্রিবসি ব্রাহ্মণ, পুরিং, অমসুং লল্লোমবশিংননি। মরক মরক্তা ভারতকী অলম অরাই থওদবা কনাগুম্বা পাথং থরনা নিংথৌগী মচানুপী লৌরবসু নত্রগা বায়েল খুজিন্দা শান্নবনা শাগৈ অমা লিংলবসু ভারত-মচাশিংনা মসিগী খুদোংচাবা লৌহনা প্রজাশিংবু নমথগে হায়না খন্দে।

অস্থুম্না থাইনগী ভারত ইতিহাসতা শেম্নান্নবা সম্রাজ্য কৌরবা মৌর্য্য অমস্থুং গুপ্তগী লৈবাকশিংদু ভারতকী অশেংবা ষ্টেট নত্রগা জাতিগী থৌদাবুং (ষ্টেট) ওইরম্মি। ফনমক য়াইফ মুংঙাইদুনস্থু, শক্তি লৈদ্রবনস্থু সম্রাজ্য শন্দোকনিংবগী রাথন্না ভারত মচাশিংবু থক চেম্ন-হল্লমদে। লাইবক থিবনা অসিগুম্বা লগাম অসি পৃথিবী পুম্বগী ওইনা তৌরমদে। ষ্টেটনা হৌগৎলকপদা ঙাইরিঙৈদা সম্রাজ্যগী মসি তম্লক্লে।

সম্রাজ্য অমবু করম্ন অতৈ ষ্টেট অমদগী খেন্নৈ হায়বা থঙগনি? মখোই থরনা সম্রাজ্য হায়বসিদি অচৌবা ষ্টেটনি হায়না পাওখুম্মকপা য়াই। তৌইগুম্বস্থুং মসিদি অচুম্বা পাওখুম নত্তে। মসি মরাক-ময়ুগী রা নত্তে। চীনা অমস্থুং ভারত মচাগুম্বা অচৌবা জাতি লৈবা য়াই। মখোইগী ষ্টেট চাউদ্রবনস্থু সম্রাজ্য নত্তে। নাকন অমদনা ইংলণ্ডগুম্বা অপিকপা লৈবাক অমমা আইর্ল্যাণ্ডগী মথক্তা রায়েন্নবদি নত্রগা জাপান্না মাঞ্চুরিয়াগী মথক্তা রায়েঙৈ থারবদি লৈবাক অনি অসি সম্রাজ্যনি হায়বদা চুমগনি। সম্রাজ্যগী রসত্তি জাতি অমনা জাতি অমগী মথক্তা রায়েনবনি। অশুম্না অসোমদনা রায়েন্নিবা জাতি লৈরে, অতগা অমরোমদনা মীথা পোনবা জাতি অমা নত্রগা অমদগী হেনবা লৈ।

ওইবা য়ানা থাঙ্গেশেংবা সম্রাজ্যগী খ্রাইদগী অঙনবা খুদমদি শাহ-ইন-শাহ হায়বদি নিংথৌ শিংগী নিংথৌ হায়না মিংথোন্নবা সাইরস, ডারিয়সকী মথাদা শন্দোকখিবা ইরানগী সম্রাজ্য অদুনি ইতিহাসকী মতম অদু ফাওবদি সম্রাজ্য অসিনা খ্রাইদগী চেন্না চাউবা লিংথৎলবা সংস্থান অমা ওইরম্মি। মসি নোংপোক্তা সিন্ধু

ভুরেন্দগীনা নোংচুপ্তা ইউরোপ ফাওবা শন্দোক্লম্মি, অমসুং মসিগী মমুংদা ইজিপ্তস্থ (মিশং দেশ) চল্লম্মি। ইরানগী সম্রাজ্য অসি, খ্বাইদগী হেন্না নিংথিনা ঋয়েল্লবা সাম্রাজ্য অমা ওইরম্মি. অদুগা নিংথৌরেন ডারিয়স অচৌববু খ্বাইদগী শিংবা নিংথৌশিংগী মমুংদা অমনি হায়না শিংথাদে। তৌইগুম্বসুং মসিমা সম্রাজ্যবু লাল অমসুং মাং-তাকপদগী কনবা ঙমলমদে।

উইল ডুরান্টনা শন্দোক্লা তাকই—"লালহৌ তৌইবা তম্বসি সম্রাজ্যগী মোংফম্নি। লালগৌ তৌইরিবাদ করিগীনো হায়বদা নমথরিবা কাংবু অদুবু মরক মরক্তা অমুক অমুক জয় তৌবা তাই, অমসুং জয় তৌবা কাংবুনা খুচ্ছু-খুংলাই, লানশং অমসুং লানফমদা হৈনবদু শাজেন তৌবা তাই। অদুগা অমুকশু অহোংবগী অওনবা চক্রনা অরিবা সম্রাজ্যবু শিংলবা অনৌবা সম্রাজ্য থোরকহনবা থাই। অসিগুম্বা অবস্থাসিদা লাল হায়বসি মতোমতনা চোংথোকরকত্রবস্থ পুথোকপা তাই। লানচংবগী অকনবা চৈরক্তা ফৌরক্লিবা লোন থুদিংমকপু লাকনি, অমসুং মরৈবাক্কীদমক্তা শিবগী অথুম্বা ব্যবহার অদু শাজেন তৌদুনা হৈহনগনি। ... ... হাংশুবগী অথোইবা শক্তি অদু লৈরিবা যাবৎ অদুক্কী মথৈ সম্রাজ্য অমনা হিংদুনা লৈ।

চহি চামা লৈরম্লগা ইরানগী সম্রাজ্য অসি আলেকজাণ্ডরগী সম্রাজ্যনা ইনথুদুনা খুভম শিলহৌই। অদুম্নদি ওইরগা আলেকজাণ্ডরগী সম্রাজ্য অসি মহাক্লা শিরবগী মতুং কুইনা চোম্থনা লৈখিদে।

সম্রাজ্যগীদমক্তা রোমদা অনিস্থবা ওইনা চাওনা, কন্না

হোৎনখি। রোম অসি ব্রায়েল থৌদাদা তরা ব্রায়েলগী মচং ওইবা শরুক য়াম্না য়াওনা রিপব্লিক ওইনা চৌখি। অদুবু রোম-থৌদাবুংগী ওমথৈ লৈয়িনা অহানবদা ইটালী শিনবা থু·না পাকথোক্লগা মথংদা অবাংদা ব্রিটেন, খাদা মিশরদেশ, নোংচুপ্তা আটলান্টিক মহাসাগর অমসুং নোংচুপ্তা বাগদাদ ফাওবা শন্দোক্লবা মতুং খরা লৈরগদি 'ফুরুপ অত্রগা সহরদগী হেন্না পাকচাউনা মশামা ব্রায়েল্ল-বগী মরিদা তৌরিবা শিন্দম্বা চাংয়েং অসি কিন্থখি।'

মসিগী তু·দা কা·থোং চাইবরা ·ত্রগা নি থৌ পানবা অমসুং মাগী লগাম য়াওদবা মনি·মখাদা হুঞ্জিনবর অনিসিগী মরক্তা অমা খনবা তাই। ইতিহাসতা তোইনা থোকপগু·, নিংতম্বা য়োম্থোক্লুনা মরাতপ্পা অমসুং খুয়াতুশিং·গী মমল পিরে মমৈথংদা রিপব্লিক হায়বদি তরা থৌদাবু· অসি সম্রাজ্যদা ওস্থরে, অদুগা প্রজাশিং·না মথোইগী নিংতম্বা মাংজরে। মরক·সদা ইহুন অমনা মীতেক মরৌ হৈবা অরুবা মী খরগী কা বুনা সম্রাজ্যগী মচাক-·থুম শুমহুনা য়াম্না হেন্না ইনাক খুল্লক্লে, অদুগা অয়াম্বা প্রজাশিংনা নংথরক্লে।

ম·সিগী ফলদি অবাং অমসুং নোংপোক ইউরোপ্তুগী শারম-চৎকী ফুরুপশিংনা সম্রজ্যদা লান্দারক্লবা মতমদা প্রজাশিং অয়াম্বনা লান্দরকপবু খি·দ্রে। ময়াই যুগকী সিটি-ষ্টেট·শংগী মরমদা ব্রারী তৌবদা হায়না এথোইনা উখিবহুনি, দেশ অমবু মথোইগীনি হায়না মপুক্লিংদা ফাওরবা মতমদা প্রজাশিংনা দেশ অদুবু ঙাক্লনবা হোৎনৈ। অয়াম্বা প্রজাশিংগী মপুক্লিংদদি রোমগী সম্রাজ্য অসি কম্ননিংঙাই ওইদে। মরম অসিনা খৃষ্টাব্দ ৪১০দা রোম তুখি।

হৌরম অসিনা ঐখোইগী মতমগী সম্রাজ্যশিংগী ৱাকম থাঙ্গৎলি। ঐখোইগী মতমসিদি থাঙ্গৎশনমক সম্রাজ্যগী যুগনি। সম্রাজ্য অমদা নত্রগা অমদা অস্নুক য়াম্না মী লুপশিনখিবসি মমাংদৈদা ইতিহাসতা থক উখিদ্রে। হৌরম অসিদা মুন্না খঙলবা প্রোফেসর পার্কর টি মুন্না তাকই মহাক্না পৃথিবীগী লাম্লাও অনিশুবগী মমাংদা সম্রাজ্যবাদী জাতি তরাগী খুন্দাবা (Colony) অমস্তুং শাইগোনবা (Protectorates) লম কয়াক্রুম লৈরম্মি। মখোইশিংসি পুল্লপা লৌরগা পৃথিবী তম্থই অমা ওই, অহুগা মীশিংনা পৃথিবীগী শরুক অহুম থোকপগী অমা ওই। শরুক অমনা সমিংতা ওইনা মনিং তম্লগা সম্রাজ্যবাদী অমা নত্রগা অমগী মখাদা লৈরম্মি। ঙসিস্তু হায়দগী থোইদোক্না খেন্নবা লৈতে। মীথা পোল্লম্বা ভারত, ব্রহ্মদেশ, লঙ্কা, ইন্দোনেশিয়া, ফিলিপ্পাইন্সচিংবা লৈবাকশিং মনিং তম্লক্রবস্তু পোলাণ্ড লাটভিয়া, লিথুয়ানিয়া, ইষ্টোনীয়ানচিংবা হান্ননা মনিং তমলম্বা দেশশিং অহু মনিংতম্বা মংলে।

মোম্ব লিকপগী খংহোং-হোংবনা (Industrial Revolution) ১৮ শুবা চাশিংদা শাগৈগী নিংথৌ লেবাক্কী মহুত্তা জাতিগী থৌদা-বুংনা করম্না ছেশিনখিবগে হায়বত্থ ঐখোইনা উখ্রে। মফম অসিদা ঐখোইনা ৱারী অসি থরস্থ হেন্না শিংথুল্লিগনি, মরমদি জাতিগী ষ্টেটনা মোম্ব-লিকপগী খংহোং-হোংবগী অহানবা খোংথাগী মমি ওইরবদি সম্রাজ্য অসি অনিশুবা খোংথাংগী মমিনি। সম্রাজ্য অসি খরা মুম্না য়েংশিল্লুবদি অতৈ করিস্থ মত্তে—জাতিগী ষ্টেটনা তকশিনবা থৌদাবুং ওইরকপদমি।

থোকখিবা থৌদোক্তি অসিগুম্বা মওংসিনি। লৌউ-শিংউবগী পুন্সিদগী পোচৈচ শাহুনা নোম্ব লিকপগী পুন্সিদা ওল্লকপসি ইংলণ্ডনা ইহান হাল্লি। কল কারখানাগী মনাক্তা সহর চোংথোকরকরে। প্রজাশিংনা লৌরাই থবাইদগী সহরদ চেনখৎনরে। ইংলণ্ডনা অশাবা পোৎ য়াম্না থোকহল্লম্মি, তৌইগুম্বম্মুং চানবদি মতিক চাম। লৈরমদে। মরম অসিনা চানবা চিঞ্জাক সমুদ্র বাংমবগী চেংম্বাকপা তারম্মি। মসিগী মমল পিনবা ইংলণ্ডনা অহেনবা ফি. য়োৎ অমস্মুং কলদা শাবা পোচৈচ য়োম্বোকলম্মি। ছেহৌ ওইনা ইংলণ্ডনা পোৎচৈ-শিংসি ফ্র'ন্স, জর্ম্মণী, ইটালি অমম্মুং ইউরোপকী অতৈ দেশশিংদা য়োল্লম্মি। তৌইগুম্বম্মুং নিন্দনা দেশশিং অসিফাও নোম্ব-লিকপগী থংগোং ছোংবা পোকলক্লে। মথোয়সিম্মু দরকার লৈবা পোচৈচ শানরক্লে। মরম অসিনা ইংলণ্ডনা মশাগী নোম্ব-লিকপগী থৌরাং লৈতবা এশিয়া, আফ্রিকা অমম্মুং খা-আমেরিকাগী চাওখম্ভবা লমশিংদা কৈথেনগীদমক্তা কোইথি খিরে। খিন্দনা ফ্রান্স, জর্ম্মণী অমম্মুং ইটালীম্মু কৈথেল খিরক্লে। অতুদগী আমেরিকা অমম্মুং জাপানস্মু য়াওশিল্লক্লে। অমক্তা নত্তনা ময়ামস্মু শান্নবা য়াই হায়রবসি উনরক্লে। অম্মুম্না জাতিগী ষ্টেটশিংসি তকশিনবা ষ্টেট ওইখি অমম্মুং অচৌবা শক্তি হায়না খঙনরবা জাতি ষ্টেটশিংগী মরক্তা কৈথেমগীদমক্তা লেপ্পা নাইদবা লমজেন অমা তান্নখি।

কৈথেন খিবগী অসিগুম্বা ক্রক ক্রক য়েংনবা লমজেল অসিবু লোইননা চৎপা মচাক খিবগী লমজেন্না অমুকা হেন্না শাখিহল্লম্মি। লৈবাক খুদিংমক মশাগী কল কারখানাগীদমক্তা পেট্রোল, লশিং,

লিমোন, থাও-মরু, অমসুং ধাতুনচিংবা মচাকশিংসি মোনো-পোলী ওইনা থুচ্চনবনিংলম্মি। অদুগা অতোপ্পা ইন্থন অমনা অশুমন হোংবা অমুক মীশিংগী লৈবাক্তা কল-কারখানা লিংখৎতুনা অহেনবা শেল্লেপ শিজিন্নবগী থৌরাং তৌনৈ।

হৌজিক এশিয়া আফ্রিকাগী মীশিংনা ইউরোপকী মীগুম্না থুচ্চু থুংলাই অমসুং যন্ত্র-কল মরাংকাইনা লৈরম্লবদি মথক্কী ইরম অসি ইংনা য়ৈথাই-থিঙ্গাইদনা ফাৎ'পত্তনা কনাগুম্বা অমতগী মাংনবা তৌরোইদবনি। তৌইগুম্বসুং লমশিংসিগী মীশিংদি হৌজিক্কালগী লানগী থুংলাই লৈরমদে অদুগা, যন্ত্র কলশু লৈরমদে। অম্মুম্না করিগুম্বা নিংতাই-শাংদানরকপা মতমদা মশাগী ফিরেপ ঙাকচবা ঙমদে। এইচ, এন ব্রেলসফোর্ডনা ইরম্মি "মীরৈবাকয়েংবা লোই-শংশিংগী হৈশিংবনা তত্তনা শিংজেপ থাবা অমসুং শন্দোকপগী থুজিন থৌরাং অমা শিল্লম্মি। করিগুম্বা মতমদা মুপী অচাংগী ফিভম খুদোংথি, করিগুম্বা লৈবাক অমগী নিংথৌনা অতোপ্পা ষ্টেট অমনা থারকপা দূত অমগী মনা লৈ, অদুগা করিগুম্বদনা ধর্ম্ম শন্দোকপা অমা মাগী ধর্ম্ম থাজবগীদমক হাত্তোকই।"

মসিগী ফলদি সাইবেরিয়া, মঙ্গোলিয়া, মাঞ্চুরিয়া, চীনা, ইন্দো চীনা, ফিলিপ্পিন, ইষ্ট-ইন্দিজ, মালয়, ব্রাহ্মদেশ, লঙ্কা, ভারত ইরান, ইরাক, মিশরদেশ, অদুগা আফ্রিকা পুম্নমক সম্রাজ্য অমা নম্রগা অমনা জয় তৌরম্মি নম্রগা মথোইগী শেগাদা নম্রগা নখোইগী মতিক মঙামগী মখাদা চংলম্মি।

খোইদোক হেন্দোক্লা অফ্রিকাগী মহাদেশ অসি অকিবা ফংনা ওনখি। এইচ জী ওয়েলসনা হায়, "খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ দা আফ্রিকা অসি অমম্বা অথুপ্পগী মহাদেশ অমা ওইরম্মি। মিশর অমসুং সমুদ্র মপানতমক-খক্তনরমই। খৃঃ ১৯০০ দদি আফ্রিকা পুম্নমক য়েংলি থারে, চংদবা মফম চংশিল্লে; অদুগা হিসাব পাথোক্লরগা ইউরোপগী শক্তিশিংনা য়েন্থোক্লরে। অসিগুম্বা য়ুবীরাকপীসিদা মফমদুগী মীশিংগী হুংভাই-য়াইফবগী মরমদা কয়িমত্তা খল্লরমদে। ইউরোপগী রয়েল্লগা লমদুগী মীশিংগা থেঙ্গাইনবদা অকিব ফংবা মীওং মীফু থোকখি। মসিগী মতাংদা ইউরোপকী শক্তি অমতনা মথুৎ মোত্তবা য়াওখিদে।"

অসিগুম্বা জাতিগী তকশিনগবা মতৌ অসিনা করম্না ভাক-থোক্লনবা জাতি থোকহনখিবগে হায়বদু ঐখোইনা মথক্কী তাক্কা উখ্রে। স্কুল ওঝানা ক্লাসতা ওম্লগা তম্বিবসু ওমদবা থোগৎপসু ওমদবা অদুগুম্বা মতাং অমা লৈরিবা সম্রাজ্যশিংগী মসুংদা থোক্লরে।

সম্রাজ্যগীশিংসিনা থোকহনবদি মীখা পোল্লবা মীশিংগী মৈমু-রকপা জাতিগী ভাব অদুগা থেঙ্গাইনবসিদা নত্তে। ক্রক ক্রক য়েংনবা সম্রাজ্য মশেন থেঙ্গাইনরকপসিনা অমুক্কা হেন্না শাথিরম্মি। পৃথিবীগী লাঞ্জাও অসিনা প্রমাণ ওইখ্রে অসিগুবা লাঞ্জাও থোকত্রিবৈদা মতমদুগী ইতিহাস হৈবশিংনা হায়খি—"লৈত্তবনা হায়বদি জর্ম্মণী ইটালী অমসুং জাপান (ষ্টেটশিংন) অরৈবদা (ব্রিটিশ সম্রাজ্য, ফরাসী সম্রাজ্য, রুশ অমসুং অমেরিকানচিংবা ষ্টেটশিংদা) লান্দাখি। ইংরেজ কোটি ৪০ না পৃথিবীগী মীশিংগী

শরুক মঙা থোকপগী অমদা শাসন তৌরগা কোটি ৮০গী জর্ম্মনা করিগী থর চেন্না চাওবা সম্রাজ্যগী মপু ওইরোই ? মসিগী বাকন অসি নাপু, অমুবা, বওথাংনবা মীশিংদি অতৌবা জাতি অমা নত্রগা অমনা বায়েনগদবনি হায়বা তমথিবা ভাব অমদা মুক্ষম ওইবনি। জর্ম্মণশিংগী দাবীশিংসিগী পাওথুম অমখকতনি মহুদি পৃথিবীগী কনাগুম্বা জাতি অমনা জাতি অমবু বায়েনবগী অধিকার লৈতে, অদুগা পৃথিবীগী লন, মচাক-মথুম পুম্নমক মী পুম্নমক্না মান্ননা য়েন্নগদৌবনি। তৌইগুম্বস্তুং সমাজ্যবাদীশিংনা অসিগুম্বা পাওথুম পিখিদে। মতৌ অম্মুন্না সম্রাজ্য লৈবগা, লৈনিংগ লাল শোক্লখি। অদুবু সম্রাজ্য খোপচিনবগী অধিকারদি মখোই অনিমক্কী লৈবা নত্তে।

---

# চিংশিল্লিবা পৃথিবী

পাকচাউবদা য়েংলগা, চহি চামগী মমাংদা ওইরম্বা পৃথিবী অদুগা তৌজিক্কা মান্নদ্রে হায়রদা নখোই খংগদ্রা ? বা অসি হায়রুরবদি নখোইগী ভুগোল ওঝানা অসিগুম্বদি খক তাখিদ্রি হায়না ওকান। অদুবু পৃথিবী অসি চিংশিল্লে হায়বসিদি অচুম্বনি। পৃথিবীসি হান্নগীমুক চাওখ্রে।

নখোইমা উরে, গ্লোবকী পাকচাউবা অসি অথাপ্পদা য়েংহুনবা লোগদবা মরী লৈবা পোৎশক অমনি। অদুগা অথাপ্পদি চিংশিল্লে।

খৃঃ ১৮৫০ দা মাইল চাম নক্ত্রগা লিশিং তরাগী মথাপ অহু হৌজিক ১৯৫০দদি ওইব্রে। মাইলশিংসি দূরবীন খাতুনা চিংশিল্লে। মাইলসু চিংশিল্লে; মরমদি খোংলম্বীদা নক্ত্রগা ঈশিংলম্বীদা চৎপদা মমাং-ঙৈগুম্না থাপত্রে; অদুগা মুংশিত্তদি অমুক্তপু হেন্না থুনা চৎপা ওয়ে।

হৌজিক্তি নখোইনা ঙকলুবত্ত করগনি। মোমোন তৌতুনা নখোইনা খনগনি 'মত্ত ঐ খঙই।' অওইবমক মী অমনা শগোল মত্ত্রগা হি তোংতুনা চৎপদগী রেলনা, কারনা, মত্ত্রগা জহাজনা চৎলগনা খরা হেন্না থুনা য়োই। অদুগা এরোপ্লেন্না চৎপনা ইথু থুই। মসিদা অহক নৌবা পোৎ হায়ববু করিনো?

মতুদনি নখোইনা লাল্লিবসে। মসি অকিবা ফংনা নৌই। মসি অসিয়েনা নৌই মতুদি শিঙেঙ হায়রিবা নিংথৌ, মন্ত্রি, অমসুং অশুপ্পশিং ফাওবা রাক্ষম অসি খঙবা ফাওবা হৌত্রি।

য়েংউ চহি লিশিং কয়ামুক্তগী মীওইবনা শগোল য়োক্তুনা হি শাতুনা শিজিন্নবা ঙস্মকঙৈদগী কংকাল নক্ত্রগা সমুদ্রদা চৎপগী অকক্লবা খ্বাইদগী হেন্না অয়াংবা মাইলগী চাং লৈরম্মী। চহি চামগী মমাংদা মী অমনা রোমদগী লণ্ডন তান্না চৎপদা জুলিয়দা সিজারনা খৃষ্ট মমাং চহি ৫৫ দা চৎপদা চংবা মতমতুমক চংলম্মি। ভৌইগুমসুং ওসিদি পুং ৬ নক্ত্রগা ৭ কী মনুংদা রোমদগী লণ্ডন তান্না পাইবা য়ারে। অসিগুম্না মীশিংনা, চহি ৩০০গী মমাংদা ইগ্লান হান্না ভারত্তা খোংদাবা মতমদা ইংলণ্ডদগী সমুদ্রদা লাকপদা থা কয়ামরুম চংলম্মি। ওসিদি মী অমনা ভারত্তগী লণ্ডন তান্না নোংমদা পাইবা ওয়ে।

পৃথিবী অসি চিংশিনবগী অতোপ্পা মওং অমম্ভ লৈরি। খরা হেন্না য়াংনা চৎপা য়াবদা নত্তনা ঐখোইগী পাওজেন, খোঞ্জেন অমসুং ঐখোইগী রাখল অসিমক ঐখোই ইশানা হোৎনবদা থোকপা অতদগী হেন্না য়াংনা চংলে। ঐখোইগী হৌজিক পৃথিবী শিনবা থুংবা ডাকী পরম, টেলিফোন, রায়রলেশ, টেলিগ্রাফি, রেডিও অমসুং মহাদেশশিং শন্নহনবা টেলিভিজন লৈরে।

১৮ শুবা চাশিংদা ইংলণ্ডগা ফ্রান্সকী লান শোক্লবা মতমদা ভারতা লৈবা ইংরেজ অমসুং ফরাসীশিংনা লান তৌমৈ হায়বা খঙদনা, থা কয়ামরুম ইমুং মুংঙাইনা ভারতা লৈমিন্নরম্মি। ১৯৩৯ দদি ইংলেণ্ডনা জর্ম্মণীগী মাইয়োক্তা লান লাওখোক্লবা মতুং পুংজা খরগী মন্নুংদা ভারত্তা লৈবা মী থুদিংমক্না খঙবা ঙমলম্মি।

ইংরেজগী খোর্জেইশুবা অলিভর গ্রোল্ডস্মিথনা হায়রম্মি কনা-শুম্বনা ইংলণ্ডদা নোংমৈ কাপ্পবদি খুংকাপ খুদিংগী চীনাদা মী অমা শিঃ মসি কনামত্তনা খঙদে, নাচুংদে। ইমুং মুংঙাইনা নোংমৈ অদুম কাপ্পম্মী। তৌইগুম্বসুং ঙসিদি চীনাদা থোকপা থোদোক খুদিংমক্না পৃথিবী পুম্নমক্তা ইথিন পি। অদুগা মফম অসিদা কাপ্পা নোংমৈ খুৎকাপশিংগী অথাপ্পদা লৈবা মীশিংদা ইথিন পি। মী অমনা লণ্ডন্দা, নত্রগা নিউয়োকতা তৌবা থবক অদু খুদক্তা ঐখোয়গী ইশাদা ইথিন কংই।

পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা করিগুম্বা পোৎ অমা থাহনা নত্রগা শাহনা, মহৈ মহৈ অমনা অমদা তাংহনা, পোচ্চে শিন্নহনা ঐখোইগী

অৱাং-অপা করম্না কোক্লবগে হায়বসি নখোইগী স্কুলদা ভূগোলগী পাড়াদা তম্মি। তৌইগুম্বস্নু' নখোইগী ভূগোল ওজা চংখ্রগা ইতিহাসকী ওজা চংলকপদদি মচু বয়ামুক্কী য়ংনা চাংলবা মেপ অমা পাইত্তুনা মীওইবগী ইনা লৈয়ি চিংনবা ষ্টেটশিংগী ৱমথৈ উত্তুনা তাকই। ষ্টেটশিং অসি মনিং-মথা তম্মি হায়না নখোয়গী ওঝানা হায়গনি। তৌইগুম্বস্নুং লৈবাক অমনা তংশংমমক মনিংতম্বা য়াত্রা? অচৌবা শক্তি অমগী কংফাল, ঈশিং অমস্নুং নোংথক্কী লাম্মীশিংগী-দমক থংনবা লৈবাক অমদগী পেট্রোল লৌৱবদি দেশ অনি অসি অমনা অমগী মতেং লৌনদবা মনিংমথা তম্বা লৈবাক ওাক্লনি হায়বা য়াত্রা? য়াদে, মরম অসিনা করিগুম্বা লৈবাক থরদি অচৌবা ষ্টেটশিংনা পেট্রোলগীদমক তক্তুনা দখল তৌরিবসিনি। হায়মরিবা রা অসিমক রবর, লশিং, অতাংবা ধাতু অমস্নু' পেট্রোলগুম্বা খনিগী পোং থোকপা লৈবাকশিংদস্নু থোকই।

২০ শুবা চাশিংগী য়েংশিনবা য়াবা মতৌদি অসিনি মতুদি কল যন্ত্র পুথোকনরকপসিনা পোংখোক্কী নোম্ব-লিকপবু অসি য়াম্না পাক চাওগন্লে মতুদি শেম্বা থুম্বাগী চাওখৎনবগীদমক্তদি খ্বাইদগী চাওবা সম্রাজ্যগী লম ফাওবা কোম্নদ্রে। ফ্রান্সকা জর্ম্মণীগা তোঞান তোঞানবা ষ্টেটান। তৌইগুম্বস্নুং লাল তৌনব্রবদি জর্ম্মনগী কয়লা শুংবগী শিন্থাগ ফ্রান্সকীয়োং অমস্নুং ইস্পাৎকী শিন্থাগা অসি য়োনা য়েংশিন্নৈ মতুদি অমনা কদাইদা লোইন্নগা অমনা কদাইদা হৌরিবনো মকম থওদে। কানাডা অসি ব্রিটিশ কমম ওয়েলথকী শরুক অমনি। তৌইগুম্বস্নুং ইংলণ্ডদগী আমেরিকাগী শেলেপ্না কানাডাগী শিন্থাশিংদা

হেন্না থুপ্পু না লৈ, অতুগা শেনবা থুম্বাগী মরিদা য়েংলুরবস্নু কানাডা অসি ইংলণ্ডদগী আমেরিকাদনা হেন্না নকশিল্লি।

ঐখোইনা চা'রবা পোৎশিং অসি পৃথিবী পুম্নমক্কী লাকই। ইংরেজগী খোর্জৈশুবা অমনা মগাক্কী অযুক্কী চারাদা পৈরিবা পোৎকী মথেন অসি মমাংদৈগী থালিফা অমস্নুং মগুণ লৈবা অচোবা নিংথৌরেন্না ফাওবা ফজদে হায়না চাওথোক্লম্ম। মাগী টেবিলদা ব্রাজিলদগী কমলা, আফ্রিকাদগী থাংতুপ, ভারতগী চেং, চীনাদগী চা অমস্নুং ডেমরারাদগী চিনি য়েন্দুনা লৈরম্মি।

অসিগুম্বদনা ঐখোইগী ই-পাও অমস্নুং হরাও-কুম্মৈগী যন্ত্রশিংস্নু জাতিগী ৬মথৈ লাম্লোকই। পৃথিবীগী মফম খুদিংদগী পাদোক-লকপা ই-পাও বারী-বাতাই অমস্নুং ইশৈ-নোংমাই ঐখোইনা তারি। আমেরিকাগী হোলিউডতা লোক চিন্নাইবা মমিশিংস্নু লৌন লৌন পৃথিবী পুম্বনা য়েংনরি।

মসুংভাই ত্রবদি করিনো হায়রবদা মীওইবগী পুক্লিংনা মানা পুথোকপা ময়ামশিংসিগী খোংথাংগা মান্নবা থাজবা ভমদ্রি। ঐখোয়না হৌজিক পুংদা মাইল ২০০ গী খোংচত্তা চৎপা য়াই, তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়গী পুরুংদ সনাজিক্কা লৈশারিদৈগী পুংদা মাইল ২০ গী লুহোং খোংদোংবা চৎলি। এরোপ্লেনগী মপান্না বর্লিন পেরিস অমস্নুং লণ্ডন সহর লিঙ্খৎলি য়ুমলোন্নবা সহর বম্বে পুনা, অমস্নুং আহমদাবাদ তৌনা তৌরে তৌইগুম্বস্নুং সহরশিংস্নুদা লৈরিবা মীশিংদি মথোইগী সীগফ্রিড, মেজিনোট লাইন্না কপ্পোক্কুনা, এরো-প্লেনদি থন্নাই তানা নোকচবা পাশপোর্ট য়েংকম অমস্নুং টোল

লৌকম সীমানাশিং অদুগা লোইননা থাইনগী মতমগুম 'মনিং-মখা তম্বা' ষ্টেটকী কোম্নুংনি খন্দুনা লৈরি। মতৌ অসি উরগ কনাগুম্বা অমনা জাতিশিংবু নোং-মুংশিঙ্গী মথক্তাই কন্নবা চেন্দুনা মুম অতেকপা অমগী চেকপম মরুমদা য়ুমথক য়াওদে হায়বা কাওহুনা থুপ্লিবা মীশিংগা পান্দবৈ

বিজ্ঞানগী চাওখৎপনা অথাপ্লবু মাংহল্লে; তৌইগুম্বসুং মী-ওইবগী অপংবা, অরানবা লোনচৎ অমসুং কল্লক য়েংথিনববুদি মুথৎপা ঙমদ্রি।

রুদয়ার্ড কিপলীংনা হায়, "যান-বাহন (পোত্থাং-মীহোন) হায়বসি লৈব'কমচা তাব'ন।" চুম্মি—তৌইগুম্বসুং শরুক থরতা ওইনা চুম্মি। মীওইবগী পুক্লিংনা কা'গী চাকা অমসুং এরোপ্লেনগী প্রোপেল্লর উ'লিবা অচুমুক য়াংবা ঙম্লবদতা পানবা হন্না লৈবাক মচা তাবা ওই। অচু মত্রবদি মীওইবসি অরৈবা পোনগী মন্নুংদা লৈবা খৈরোইগুম্ব'ং, পোনগী চাকা অচুনা কন্না লৈ, তৌইগুম্বসুং খৈরোই ৯দুদি পোন মন্নুংনা অচুম্মক লৈ। জরাহরলাল মেহরুনা Glinpises of World History দা হায়বগুম ইঞ্জিন ড্রাইভর অমনা ইঞ্জিন খোবা ঙমই, অদুগা সোক্রেটিস নত্রগা প্লেটোদি ঙমদে হায়দুনা ইঞ্জিন ড্রাইভর অমনা সোক্রেটিস মত্রগা প্লেটোদগী হেন্ন' শিংই হায়রবদি মাপ চারোই। ও'স এখোইনা লৈবাক-মচা তাত্রবদি পৃথিবীগী অকোইবদা লৈরিবা মীশিংনা অরেপ্পা অমসুং অপাংবগী লান্দা অমগা অমগা খোরী চরম মেৎনগদৌবগী কি

তাথংনরবদি মসি অতৈ করিনম্ব নত্তে খোং অমসুং শগোলগী খোংচংকী মতমদা লৈরম্বা ফুরুপকী লাই, ফিরান অমসুং ইশৈ মোংমাইনচিংবা থাদোক্তবদগী থোকপ'ন।

মা অসি চিশিল্লক্লিবা পৃথিবীগী খোংচংকা মান্ননবা হোৎনদে হায়বা নত্তে। মতম খরগী মমাংদগী হৌজিক ফাওবা মীওইবনা অন্তর্জাতিগী ( জাতিশিংগী ) ওইবা করিগুম্ব সভা নত্রগা লৈপুন অমগীদমক অমম্বদা কোইনা মারি। হোৎনবা ময়ামশিংসিগী ফলদি জাতিশিংগী ওইনা ডাকী তিন্নবা লৈপুন, (International postal union) অন্তর্জাশিংগী মজদুর লোইশং (International labour office), অন্তর্জাতিগী উবগী ছেকম (International institute of Agriculture), অন্তর্জাতিগী থুন্দাবশিংগী শেন্ফু (The Bank of International Settlements), অদুগা লান মগুংদনা অন্তর্জাতিগী রেড-ক্রোস অসিন'চংবা। হোৎনবা ময়াম-শিংসিদগী খ্বাইদগী হেন্না চাউবা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না আশা তৌবা য়াবদি পৃথিবীগী অহানবা লাণ্ডাওগী লোইরমদাইদা শেমখিবা লীগ অব নেশনস অসিনি। অসি গুম্বা মাংদা চৎখৎপা খোংথাং অসিগী ইজংতি অতোপ্পা লম অমদা অমুক হন্না কৈদৌউদসু চিংশিল্লরোই হায়না য়ারেপ্পখিবা সাধারণ প্রজাশিংগী খোঙ্গেনগী খোম্থাং য়ৈথিবা আমেরিকাগী প্রেসিডেণ্ট উড্রো উইলসনগীনি।

লীগ অসিবু লিংখৎখিবদি কভীন্যাণ্ট কৌবা ইংনা লেপ্পা য়ানখিবা সন্ধি অমননি। লাল তৌঠনা য়াফংনরোই, জাতিশংগী মরক্তা থম্মোই চাংবা, ধর্ম্মগী অমসুং ইকাইখুম্নবগী মশক ওইবা

মরি অমগী বা অসি মশা মশানা য়ানা তৌহনা কভীন্যান্ট অসিগী মতুংইন্না জাতিশিংনা সহি তৌহনা মশা মশাবু পুন্সরম্মি। কভীন্যান্ট অসিনা লাওথোক্লম্মি মতুদি লাল হায়বসি লৈগগী মশা অপুন্বদা য়ৈব হাথন অমনি, অদুগা মশাগী বাশক থুগাইহনা কনাগুম্বা জাতি অমনা লান হৌরবদি জাতি অহুনা তৌরিবা থোদো অহুনা লৈগকী মীচম পূম্নমক্কী মাইয়োক্তা লাল তৌরে।

অস্থুম্না ষ্টেটশিংসি অপুনবগী মরা চেৎপা হায়বা ভাব অমা লৈনবা তাম্লম্মি। ভার্মাইলগী সন্ধি মতুংইন্না, পৃথিবীগী অহানবা লাম্লাও লোইবদা জর্ম্মণীবু খুচ্ছু-খুৎলাই থাদোকহল্লম্মি। ব্রিটেন ফ্রান্স অমস্মুং অতৈ জয় ওইবা ষ্টেট শস্থু জর্ম্মণীগী থুনাম ইনগে বাশকলম্মি। মতৌ অসি উবদা লাল হায়বসি লোইথাখ্রবা অহুগা বাইবেন জাতি অমনা জাতি অমগী মথক্তা থা শৎলরোই, অদুগা লাল হায়বহু করিনো হায়বস্থু খহুনররোই হায়বহু চুম-গদৌরমাল্লে থল্লম্মি।

লাইবক থিবনা আশাশিংসি তা থিনা মক্ক ফুকনা মোইথৎখ্রে। লৈগ অসিগী কনাগুম্বা অমনা হায়রম্বগুম লল্লোনবা মী থরগী তিম্নকম ওইরক্লে। মী খুদিংনা মাগী মাগী থোপচম্নবা হোৎনৈ, অদুগা মশা শোকত্রবদ অতোপ্পা অমনা অতোপ্পা অমবু লুট তৌবদা কুপ্নে য়েংহুনা লৈ। মথোই পূম্ন ক্না লুট তৌবসি ইকাইনিংঙাইগী মশক্লি, থিংগদবনি হায়না হৌনা লাওই। তোইগুম্বস্মুং কনাগুম্বা অমতনা পুলিস থাজিন্নবগী দাথি অহু লৌনিংদবনা লাউবনদি থোইনা কাম্নখিদে। মখোইগী হায়বমক্তবু মশাগী দোকান শংনবা চৌকিদার অমমমদি থম্মি।

জাপান্না মাঞ্চুরিয়া অমসুং চীনাদা ইটালীনা আবিসিনিয়াদা অদুগা জর্ম্মণীনা জেকোশ্লোভেকিয়াদা লান্দাখিবদা থোকখিবনু মসিমক্নি। থংনবা ষ্টেট মচা ফিনল্যাণ্ডদা মরম চাদনা লান্দাক্লবগী-দমক রুশনা ১৯৩৯ দা লীগকী মেম্বর ওইবা তোকহনখি; অদুবু লায়ংলিবা ফিনল্যাণ্ডবু তেংবাংনবা করিমত্তা তৌবিখিদে। অমুক্না লীগনা হৌজ-হৌজ তুহনবা মতু শোনবগী মতেং পিবা ঙমদে। অচৌবা শক্তি অমনা তোগে হায়না তৌরকপা থবক অমত্তা লীগনা থিংবা ঙমদে। জয় ওইবা ষ্টেটশিংনা ভার্সাইলদা খুৎলাই থাদোকনি হায়খিবদু কদৌইঙদসু ঙাকখিদে। অমুক্না ১৯৩৯ ইংদা পৃথিবীগী অনিশুবা লান্লাও থোকলকলবদ কনামতমা লীগকী মীতিন খোমগে নিংদে। লীগতি ইকাইবা নংহুনা কল্লিনবা অমসুং শকপি-শোন-বিমবা লৈতনা নোঙ্গাখ্রে।

ফজবা থবক অসি করিগীদমক অমুক তমথিনা কাইখ্রিবনো হায়না হংনিংগনি। মাহং অসিগী পাওথুম তোঙান-তোঙান্না মরায়া পিনৈ। তৌইগুমবসুং মখোই পুন্নমক্না য়ানবা মাফমদ অসিনি মতুদি ব্রিটেন, ফ্রান্স, জর্ম্মণী, ইটালী, আমেরিকা, রুশ অমসুং জাপানচিংবা অচৌবা শক্তিশিংনা পৃথিবীগী মীচম ইচিম-ইনাওশিংগী নিংজবা আশা মতুংইন্না চৎকে হায়না য়ানিংদবগী লীগ অব নেশনস কাইখি। শক্তিশিংসি আইন অমসুং আইন আদালতকী রায় মতুংইন্না চৎলু য়াদবা অদুগা মমৈথংদা থর হেন্না চাউবা ষ্টেট চোংথোকরক্লুনা তকথোকখিবা মমাংঙৈগী মীতি য়াওদবা অওম্বা অমসুং মারোন-শিংগদ পানখক্লি। এইচ জী ওয়েলসনা মিহুন .পাইহুনা মথাগী

অদুম্না খোঞ্জেল থাই—"লীগ অব নেশনস অসি মীওইবগী থিক্তুং কান্নহনসি হায়রবদি মসি সম্রাজ্যবাদ তুংওইনগদবনি। তৌইগুম্বস্মুং ভ.র্মাইলসত্তা তিন্নবা কনাগুম্বা শক্তি অমতনা লীগকী ময়েকনা তাবা নাতে অসি কাংনবগী পুক্নিংগী থৌনা লৈরমদে। মখোইনা অমুক্তদা মশাবু পুনশিন্নি ই অদুগা থাদোকখিংই, পুন্সি চুপ্পগী শান্তি ওইনা লৈনিংই অদুগা মখুত্তা খুচ্ছু-খুৎলাইদি শুমা থম্নিংই।

পৃথিবীগী মীশিংনা পুন্না তামিন্নবা রারেপ অদুবু খৌওইদবগী মখি অসি লীগকী পথাপ শেম্নকপগী অহানবা মৈমুরকপদা উনখ্রে। লীগকী মেম্বরশিংডু জাতিশিংনা ওইদে, তৌইগুম্বস্মুং অতুংবা শক্তি লৈবা ষ্টেটশিংগা ওই। অদুগা লীগকী এসেম্ব্লি অদুদা জাতিমা মীছুং থন্দে, তৌইগুম্বস্মুং ষ্টেট-ষ্টেটকী সরকারনা থাঙ্গংলি। মরম অসিনা ঐখোইনা উরে লীগকী মিংথোন অসিমক লান্নরা থোনবনি। থাদোকশংবদি সরকারশিংগী লীগনি। খুদম ওইনা ভারতসু লীগকী মেম্বর ওইরম্মি তৌইগুম্বস্মুং জেনেভাগী সভাদা ভারতকী মীছুক্তি ভারতমচাশিংনা খনবনা ওইদে, ব্রিটিশ গভর্ণমেণ্টনা খনগৎপা মীনা ওই। হায়রিবসি মীখা পোনবা লৈবাক পূন্নমক্তীসু তৌরম্মি। মখোই-গীদি মশানা মশাবু কিরেপচবগী অধিকার লৈরমদে।

সরকারশিংগী লীগ অসিসু ষ্টেট অমমা নিংবা থাম্বা ঙমদে। মসি এসেমব্লি নত্রগা কাউন্সিলনা রারেপ তাবদা মেম্বর পূন্নমক মত অমত্তা ওইগদবনি হায়বসিমা তাকই। করিগুম্বা ষ্টেট অমগী সরকারনা থবক হেক্তা লেপহনবা ঙাই। মসিদি পার্লিয়ামেণ্টগী নত্রগা এসেমব্লিগী নত্রগা মিউনিসিপালগী মেম্বর অমনা আইন

অমবু চক্রগা রারেপ অমবু পাশ তৌহন্দনা থিংজুনা থম্বা ওম্বগী শক্তিনি। অম্বুম্না লীগকী মমুংদা তরাগী রায়েল প্রজা মশিং য়াম্বগী (মেজোরিটি) রায়েল লৈরমদে।

অদুগা লীগ অসিদা মনা মনিন নাইদনা হোংদোক হোংজিন তৌনবগী যন্ত্র লৈরমদে। হৌজিক পৃথিবীসিদা হোংদবা পোৎ হায়বমক্তবু অসোংবা অসিনি। অহোংবা হায়বসি প্রকৃতিগী নিয়মনি। কনাগুম্বা অমনা হায়রম্বগুম, পৃথিবী অসিনা কিশি অমা থোক্তুনা পুরোংলগা মতম কুইমগীদমক মুংঙাইনা লৈবা য়াদে। করিগুম্বা দেশ অমদা পালিয়ামেন্টনা আইন শেমদুনা রায়েল খুজিনগী শেমবা-থুম্বাগী, অমম্তং সমাজগী ওইবা অহোংবা ময়ামশিংসিগী ইরম থাই। তৌইগুম্বমুং লীগ এসেমব্লিগী রারেপ পুন্নমক্তা মেম্বর পুন্নমক মত্ত অমত্তা ওইগদবনি হায়বসিনা এসেম ব্ল অসি পৃথিবীগী পার্লিয়ামেন্ট অমা ওইবা য়াহল্লমদে। অদুনা শক্তিগী থানা লৈরক্তুনা থন চানবা শেম্বা দরকার ওইরকপা মতমদদি লীগকী যন্ত্র অসি হেক্তা মকাইরে।

পৃথিবীগী অনিশুবা লান্থাও লোইরকপদা তাইংগী অরাৎ-অপা থরা তেন্না মরাং কাইনা মেনশিন্নবগীদমক্তা লীগ থর নেশমসগী মহুত্তা হৈশিন অমা শিল্লি।

১৯৪৫ ইংগী জুন তাং ২৬ তা লৈবাক মীশিং কোটি ১৭০০ কী মহুৎ ওইনা লৈবাক ৫১ দগী থমবা মীহুৎশিংনা আমেরিকাগী সান ফ্রান্সিসকোদা অপুনবা জাতিশিংগী সনদ সহি তৌরমই। সনদকী চংথোন্নবা দলিল অমগী মশক ওইরবা রাহোংদোক অদু মথাদা ইরি।

অপুনবা জাতিশিংগী প্রজা ঐখোইনা মখাগী উদ্দেশ্যশিং অসি হায়বদি—

ঐখোইগী হাকুক্তা মীওইবা সমাজদা হায়নিঙঙাই লৈতবা অরাবা পিখ্রবা লাঞ্জাও অনি অসিগুম্বা শা-লান্দগী মতুংদা হৌরক্লিবা চারোন শুরোনবু কয়নবা, অদুগা—

মীওইবগী মরুওইবা অধিকার, মীওইবা অমা ওইবগী মর্য্যাদা, অমসুং মমল, নুপ অমসুং নুপী অদুগা অচৌবা অমসুং অপিকপা নাইদনা জাতি পুন্নমক্কী মায়বা অধিকারদা থাজবা থম্নবা, অদুগা—

সন্ধি অমসুং জাতি পুন্নমক্কী ওইবা আইন্দগী থোরকপা ঐখোইগী থৌদাংশিং অদুগী ন্যায় অচুম্বা অমসুং সম্মান চাকপা য়ানবগী থিভম শেম্নবা, অদুগা—

থরা হেন্না পাকথোকপা মিংতম্বদা সমাজগী অমসুং যুমলৈ-কৈরৈগী চাউখৎপা শিন্নবা,

অদুগা হায়রিবা লমথুংকমশিংসি য়োনবা অমগা অমগা ইংনা মরা তপ্না কৈরোই লৈকাইগুম লৈমিন্নদুনা চাকপিহৈবগী শাজৎ তম্নবা, অদুগা—

অন্তর্জাতিগী মরা তপ্না অমসুং মরা চেৎপা ওইনবগীদমক ঐখোইগী শক্তি পুনশিন্নবা, অদুগা—

খ্বাই পুন্নমক্কী য়াইফনবগী মত্রবদি খুচ্ছু-খুৎলাইগী শক্তি শিজিন্নরোই হায়বসিগী নীতি অমসুং নীতি অসিগা কোন্নবা থৌদা লৌননবা অদুগা—

পৃথিবী পুন্নমক্কী ওইনা সমাজগী অমসুং শেনবা-থুম্বাগী চাও-খৎননবা ঐখোই পুন্নমক পুন্না থবক তৌমিন্নবা হায়না বারেপ্পরে।

মরম অসিনা সান ফ্রানসিসকো সহরদা মীহুৎশিংনা ছুশিন্দুনা তিমখিবা সরকার খুদিংমক্না অপুনব জাতিগী সনদ অসি য়াবে হায়না লৌহুমা জাতিশিংগী লৈপুন হায়বা অন্তর্জাতিগী সংস্থান অমা লি'লে।

জাতিশিংগী লৈপুন মুংশা কায়াৎ কয়ামুক্কী থোংদা থবক তৌই। ময়াম অসিগী মমুংদা থাইদগী হেন্না মরুওইবদি পার্লিয়া-মেণ্টকা মান্নবা জেনরেল এসেমব্লি অমগা একজিকিউটিভ নত্রগা মন্ত্রিমণ্ডলগা মান্নবা সিকিউরিটি কাউন্সিল অসিনি। জেনেরেল এসেমব্লিদা জাতি খুদিংমক পিক্রবসু চাউরবসু ষ্টেট অমমম লৈ। সিকিউরিটি কাউন্সিলদদি জেনেরেল এসেমব্লিগী মেম্বরশিংনা চহি খুদিংগী মীহুৎ ৬ খন্দুনসু লোথোকপা য়াদবা তুংকোইনা লৈবা, লেংদবা মেম্বর ৫ লৈ। মখোইশিং অসি অচৌবা শক্তি হায়রিবা ব্রিটেন, চীনা, ফ্রান্স, রুশ অমসুং আমেরিকানি। অৎগা অমুক্কা হেন্না ভকপনা মখোই মশা অসিনা পুন্না য়াত্রবদি কন্নিগুম্বা বারেপ অমতা তাবা য়াদে। মসিনা তাকপদি কনাগুম্বা শক্তি অমনা নিংলবদি লৈপুন অসিগী থবক লেপচনবা য়াই। মসি য়াম্না খুদোং-থিবগী মশক্তি; মরমদি জেনেরেল এসেমব্লিনা থাইগী ওইবা হৌরম থম্নরিবৈদা, থম্নরিবা হৌরম অসিগী বায়েপ অমসুং অসিগা কোন্নবা থবকশিংদি সিকিউরিটি কাউনসিলনা লেপ্পি। মরম অসিনা ঐখোইনা উবে মতুদি লীগ থরা নেশনদগী থরা হেন্না চাউখৎনবা হোৎনজুনসু

তরাগী য়ারেমগী ওয়্নতৈনবা ভোটোগী (বাশিংদোকপগী) শক্তিদি অশুম্মক থম্লি। অসিগুম্বা বাশিংদোকপগী শক্তি অসি রুপনা ৪০ মক্তগী হেন্না শিজিন্নরে। অপিকপা লৈবাকশিংনা ভোটা শক্তি অসিগী ফত্তবা শোক্লবা ফনা হোৎনজে, অদুবু কোম্নবগী থৌরাং অসিমকখু মথোইগী মভাগী অয়াবা মতু লৌবা তাবনায়াকতুনা লৈরি।

জাতিশিংগী লৈপুনগী মু'শা-কায়াৎ কয়ামুক লৈ। কায়াৎ-শিংসিনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক য়াম্না তৌই। খুদম ওইনা শেমবা-থুম্বা অমসুং সনাজগী লোইশং চিঙ্গাক অমসুং লৌউ-শিংউবগী শিংলুপ, অমুজাতিগী লল্লোন ইতিকী শিংলুপ, মহৈ তম্বগী, বিজ্ঞানগী অমসুং খোইমিৎলোনগী শিংলুপ, মীওইবগী অধিকারশিং ঙাক্লবা পানা অসিনসিংব। অসিগুম্বা অফবা থাক কয়া লৈহনসু পৃথিবী অসিদা লাল অমুক তৌররোই অহুগা করিগুম্বা হোংবা তারগসু ইংনা মনা-মমিন নাইদননা হোংগনি হায়বগী করিগুম্বা শোইদবা বা অমতা লৈতে।

মতৌ অসিনা তৌজিক্কী জাতিশিংগী লৈপুন অসিগী মহুত্তা নত্রগা মথক্তা ভোটা শক্তি য়াওদবা, জাতিগী মনিং মথা তম্বা থব ককশিনবা, অগৌ পিশক, কুচু-কুমেন, অকনবা কন্দবা, অচৌবা অপিকপা নাইদনা লৈবাক পূম্নমক, তরাগী বায়েলগী নীতি মতুং ইন্না, পুম্না ফজিন্নদুনা পৃথিবীগী থৌরম শিনবদা শরুক য়াবা অহুগুম্বা সংস্থান অমা শেমগৎপগী বাফম অমা থোকহল্লি। অসুম্নগী নীতি চংপা পৃথিবীগী ওইবা সংস্থান্দা পুক্লিং চংদবা লৈবাক কয়া-মরুমদি অসিগুম্বা সংস্থান অসি মৈ মুনবা তৌরকপা থৌরাংদা

য়াওদবা য়াই ; তৌইগুম্বসুং মথোই য়াওদে হাইদুনা লৈহৌরিবা অতৈনা মুংশিন্নমা পৃথীবিগী মায়েল কাংলোনগী য়ুম্ফম থোনফদে ছায়বা লৈতে। ব্রিটেনগী সোস্যালিষ্ট সরকার অসিগুম্বা পৃথিবীগী শাসন্দা য়াওনিংবগী মত ইং ১৯৪৬ গী জানুবারীদা কোংদোকই। হৌজিক তম্নাগী মায়েল চৎপা আমেরিকা, ভারত ফ্রান্সচিংব, লৈবাকশিংশু হীরম অসিদ থৌনা ফনা লুচিংব মতম ওইরে। পৃথিবীগী মনিং তম্বা জাতি খুদিংমক্তা অসিগুম্বা অন্তর্জাতিগী সংস্থান অসিদ পুন্দুনা, প্রমাণ ওইনা, ব্রাজিলিয়ান অমনা থোদাপুরেন ওইরবা, তুর্কী অমনা পুন্নমক্কী মকোক ওইরব, অদুগ ডেনমার্ককী মী ওইনা লনগৈ পায়রব অদুওইরবদি অদুগুম্বা মতম অদু কয়াদা মগুনলৈবা অচৌব মুমিং ওইগবনো।

---

# মালেমগী ঙাঙ্গোইপরেং

অসিগুম্বা মালেমগী ওইবা মায়েলথৌদা অসিনা করি ওইরক্কনি, অমসুং করম্না থবক তৌগনি ? ঐখোয়গী অশুম অশুম চিংশিল্লক্লিবা মালেম অসিগী খোংথাং চানবা অন্তজাতিগী সংস্থন অমা লিখৎনবা থৌরম কয়ামুক মমাংদৈদা থাজৎনখি। থৌরম কোম্বা মীশিংন ছায়, মদুদি—ঐখোয়না মথোইগী থৌরম অদুতমু ইন্না চৎলবদি ঐখোই পুন্নমক লাইবেরীগী মারিদা য়াওবা রাজকুমার রাজকুমারী-গুমা পুক্লিচুপ্না নুংঙাইনা লৈবা য়াগনি।

মীওইবগী ইমুংমনুংগী ৱাৰী পাৱকপা অসি ফাওবদ ঐখোইনা খঙব ঙম্মি মদুদি থাজৎনৱিবা খোৱাং পুম্নমকসি চাংয়েং অহুম নত্রগা ৱামাঙ অহুমগী মৈফমদ মৈ চংব ঙম্বগী চাংদ মালেমগী অৱাংপসি মেন্নব ঙমগনি অহানবা ৱামাঙদি অসিনি মহুদি তৌৱিবসি মালেমগী ওইবা খোৱাংনি। অনিশুবদনা মসি মালেম পুম্বগী ওইবা ৱায়েলথোদানি ( গভর্ণমেণ্ট ) অহুমশুবদা মসি তৱাগী ৱায়েলকাংলোন্দা শাগংকদবা মালেমগী ওইবা ৱায়েল থোদানি ( গভৰ্ণমেণ্ট )।

ছৌগো ওইনা পৃথীবি পুম্নমক অমত্তং মসিদা লৈবা মী পুম্নমক কোনশিনবা সংস্থান যমা তৌ জকৌ পৃথবীনা। হায়ৱিবসিদগী খজিক্কা ফাওবা চিকথবদা হিংলবশু পুংথৱোই।

অচুম্বদি অসিনি মহুদি লেবাক লৈবাক্কী ওইনা নত্তনা মহাদেশ অমত্তং পৃথিবীগি শক্কক তঙ্খাইশিং অসিশু তোকথাই তানা মশাবু মশানা থাকচবা ঙম্বগী ফিভমদা লৈত্রে। মৱম অসিনা মহাদেশকী ওইনা পুনশিনবত্তনদি ওইৱৱোই। মহাদেশ ওইনা পুন্নবদি মহাদেশ অহুদ লৈৱিবা অকনবা অমতং চাউখৎপা লৈবাক্কা অশোনবা অমত্তং চাউখৎপা লৈবাক্কী মথুংনা ৱায়েম্বগী তৌৱকনি। অসিগুম্বা মপুন অসিদি তাংফম অমদা নত্রগা অমদা শোইদনা থেঙ্গাইনৱকনি। মৱম আসনা অনৌবা খোৱাং তু কোইহনগে হায়ৱবদি মালেমগী ওইনা মালেম শিমৎ থুংহনগনি।

অনিশুবা পোচ্চং হায়বদি মালেমগী ৱায়েলথোদা হায়বসিনা তকশন্না লৈৱিবা ষ্টেটশিং অমস্থুং সম্রাজ্যশিংনা মালেমগী ওইবা

অচৌবা পোং অসিদা মপোক্ত মখোইগী শক্তি মশানা য়ানা কাংখাক্লগদবনি। হৌজিক মরম্নাই খো·মী, ইশিং অমস্তুং নোংথকী লাম্মী লৈরিবা মপুংফানা মনিং মথা তম্বা ষ্টেট হায়বত্থু লৈরম্লোই। লীগ অব নেশনসনা শোইখিবত্তস্থু মতাং শ্বাইদনি। থবক ওইহনগে হায়রবদি ষ্টেটশিংনা মখোইগী মনিং মথা তম্বা থর থাদোকপা তাই। এইচ জী ওয়েলসনা হায়—"ঐখোইগী ইতিহাসনা মীওইবনা পুনশিবগী মরম ওইবা সমাজগী অমস্তুং রাজনীতিগী শিন্দ লুপা খুদিং ময়ামগী লেপ্তনা শাহৌ-শাবেরা হন্দুনা থিজিল্লি। চহি লিশিং তরাগী তোল্লবা মতমসিদা অসিগুম্বা লিংলুপশিংসি ইমুং মপুংগী ফুরকতগী চৌহনা অচৌ অচৌবা লৈবাকশিংগী মওং লৌরক্লে। অদুবু হৌজিক্কি মতমগী মং·শিংকা য়েং·ক্লরবদি হায়রিবা লৈবাকশিংনা খুদিং ওইবসি য়াম্না পীকই, মচেৎ মকাই ওইনা তৌই। টেলি-গ্রাফ, টেলিফোন, এরোপ্লেন, অদুগ ইশিংগী অমস্তুং কংফালগী চাওখৎলক্লবা পেথ'ংমী'ভান অসিনা থর হেন্না চাউবা রাজনীতিগী সংস্থান হায়বদি মীওইবগী দরকার মতু·ইম্না থোরকপা নাওপুরিবা মালেমগী ও'ঙ্গোইপরেংগুম্ব অনা শেম্নবা থৌইন সনবিরি। ঐখোয়গী থাঙ্গশেংবা ঈশ্বরদি তাইবংমী ইশামক্লা ওইবা ঈশ্বরসিনি। জাতিগী ভাবনা ওইবা ঈশ্বর অসি ফুরুপকী উমংলাইশিংনা লৈব উমংদা চংকদবনি। ঐখোয়গী থাঙ্গশেংবা, অশেংবা জাতিদি মীওইবা হায়বা অসিনি।"

মমাংলৈদগু মীওইবগী দরকার মতুংইম্না খুন অমস্তুং সহরনা ষ্টেটকী মফমদা নিংতম্বা কথোকখিবগুম হয়েংগু জাতিগী ষ্টেট

অমস্তুং শম্রজ্যশিংসি ম্যালেমগী ভাঙ্গোইপরেং লুকরুমা হুক্কদবনি। পৃথিবী অসি অসিগুম্বা অহোংবা অমগীদমক মতিকচানা হৈজিং-ক্কারে, অদুগা অহোংবা অসি অমদগী হেন্দবা মওংদা ওইবা য়াই। খুদম ওইনা অহোংবা অসি সাম্রাজ্য অমনা হেক্কা নত্রগা ষ্টেট-শিং পুনসিন্নগা পৃথিবী দখল তৌরগা ওইবা য়াই। অদুম্নদি ওইরগা থোদো অসিনা ওইহনবা অহোংবদি তুংকোইনরোই। মীখাপোনবা প্রজাশিংমা মোংম নত্রগা নোংমদি লাল চৌরক্কনি, অগুম্বা লাল কয়ামরুম থোক্কনি? মমাংদা ইবানীয়ান, গ্রীক, অমস্তুং রোমান্না ভমখিদবগুম শক্তিতনা পৃথিবী পুনশিনবগী থৌরাং অসি মহৈয়াল্লোই।

য়াক্কম অসিনা ঐথোয়গী অদুগুম্বা য়ামাঙ হায়বদি তাবা-ব'য়েলগী নীতিদা লিংগদবনি হায়বদুদা খিন্দোক্লে। মসিগী অর্থদি মালমপুম্বগী থৌশিন থৌয়াদা মহাদেশ অমস্তুং লৈবাক পুম্নমক্কী মী-শিংনা শরুক য়াগদবনি হায়বনি। মসিদি করম্না ওইথোক্কনি? মসিগী পাওখুমদি মালেমগী ষ্টেট অসি মনিংতম্বা জাতিপুম্নমক শেম্বা মালেমগী ওইবা ভাঙ্গোইপরেং অমমা ওইগনি। ষ্টেট কয়ামরুম্না খরা হেন্না চাওবা মরুপ অমা থুজেংপাল্লোইমনা শেমদুনা মসিদা মথোয়গী মনিংতম্বা কথোক্লবদি অসিগুম্বা খরা হেন্না চাওবা অমবু ভাঙ্গোইপরেং কৌই। মালেমগী তোঙান তোঙানবা মফমদা অপিক-পা অমস্তুং অচৌবা ভাঙ্গোইপরেং কয়ামরুম লৈ। খুদম ওইনা স্যুইজরলেণ্ড, আমেরিকাগী অপুনবা থৌদাং, অষ্ট্রেলিয়াগী কমন-য়েলথ অদুগা ভারতনা ঐথোয়না ভাঙ্গোইপরেং লেংহুনা লোইবা কুইড্রি।

কোর্ডগাড়ী কম্পানীগী মপু হেনরী কোর্ডনা হায় "ষ্টেট ৪৮ না পুন্নবা আমেরিকাদা ঐখোয় লৈ। মসিগা মন্নংদা ষ্টেট খরদি ইউরোপকুম্বদগী হেন্না চাওই। তৌইগুম্বগুং আমেরিকাদা জাতিশিংগী শুমথৈ লৈরি ৪৮ লৈতে, তোঙান তোঙানবা শেন্সাও ৪৮ লৈতে, লাম্মী ৪৮ অতুগা পোৎচেচমশেন লোকম ৪৮ লৈতে।"

মালেমগী শাঙ্গোইপরেং লেঙ্গে হায়রবদি ইহান হানবদা জাতি অমনা জাতি অমগী মথক্তা বায়েল্লিবসি লোইখোক্দবনি। মতম অচুম্বদা ঐখোয় পুম্নমক মালেমগী য়াকাবুং মরূপ অসিদা মনিংতম্না অমম্বুং মান্নবা য়াগনি।

মসিমা তোঙান তোঙানবা জাতি লৈররোই হায়রিব্রা? নত্তে সহরগী ওইবা ষ্টেট মুংখ্রবম্ন সংররদি লৈহৌবগুম জাতিগী ওইবা ষ্টেট চংখ্রবম্ন জাতিজি লৈহোগনি। তৌইগুম্বম্নুং জাতিশিংনা মোংমৈনা, লানজাওদনা, অমম্বুং বোম্বরমা বা ভাংলকই। ইশৈদা নোংমাইদা অমম্বুং জগোইদা জাতিগী মহৈমশিং অমম্বুং মপাওখোম কোংগনি।

অওইবমক বায়েলকাংলোন অমম্বুং শেনবা থুম্বাগী মরমদা হৌজিক্তা লৈরিবা ষ্টেট অসি পিকমনবগুম সমাজগী অমম্বুং সংস্কৃতিগী (খোইমিৎ লোনগী) মরমদি মসি য়াম্না চাওমল্লি। জাতিগী ষ্টেটতগী মালেমগী মরূপ অসিদা রাজনীতিগী শক্তিশিং অমম্বুং শিন্নখ্রবদি জাতিগী ষ্টেটনি হায়রিবা অয়াম্বনা মীনা শেম্বা খুশেম ওইরিবশিংসি মসি শেমখিত্তুনা কৈরোইলৈকাই ওইনা তিন্নবদা খুদোং চান্না থম্না হেন্না পিকপা শিংলুপ কয়ামরুমদা ওনখিবা

য়াই। অসিগুমবা মহৌশানা ওইজরকপা শিংলুপশিংবু ইংরেজী-দা Region মৈতৈলোন্দা লমদাই হায়না কৌবা য়াগনি।

অসিগুম্বা লমদাইশিংসিদা লোন অমস্তুং সংস্কৃতি তিঙ্গবা-মীশিংনা লৈগনি। মখোই খুদিংমক্কা লম লম অহুগী শাসন চালাইনবা মশাগী পার্লিয়ামেন্ট লৈগনি, অতুগা মহৈ, সাহিত্য, অমগুং কলাবিদ্যা চাওখৎনবা বিশ্ববিদ্যালয় লৈগনি। অসিগুম্বা লমদাই-শিংসি তাঙ্কক ৬ ফাওবগী লোইরমদইদা থেংনখিবা লৈকোল সহর কয়ামুক্কা শাগনি।

অচোবা ষ্টেটশিংগী মুংঙাইতবা অমনা কয়িনো হায়বদা ভোটরশিংনা মীথন হেক হেক খোম্বদা মানা খওবা ভমদবা অমদি মঙোন্দগী য়াম্না থাজখিনা সম্রাজ্যশিং অহুগী মরমদা চহি ৪।৫ মমুংদা ভোট হেক হেক পিবা তাই; অতুগা পিরিবা ভোং অসিনা মাগী নিতিগী পুন্সিদা থেইদোক্কা ফল পিদে। তোই-চুম্বগুং লমদাইশিংদদ ভেরিলা খওজবা লম অৎগী রাফম ওইবা, শনম মীনম তাবা রাফমদা ভোট থাদগনি। অসিগুম্ব শিংলুপ অসিদা লেনিম্না মমাংৈওদা হায়বিগুম পুজারী থুদিং ক্কা ষ্টেট চা-লাইবদা লাইনা থোক্কনি।

অসিগুম্বা লমদাইগী শিংলুবাশিংসি মনিং তম্না শান্তি ওইনা, তুরৈ-ইরৈ চেন্দনা পানবা য়াগনি। লৈকোল সহরগী মোম্বা-লিকপা অমম্ভুং লোউশিংউবগী চুংফিরানচাবা শেম্বা থুম্বাগী মপান্না মখোই-শিংসিগী দরবার লৈনবা অপাম্বা পোৎচৈ মশানা লাংজবা ওদ্গনি। তোইগুম্বগুং মখোয়সি মপুংফানা মশানা মশাবু থাকচবা ওম্না

ছায়বছুদি ওইরোই, অদুগা তোকখাই পুমতা তানা লৈবস্ত তৌরোই। লমদাইশিংসিনা মালেমগী ভাঙ্গোইপরেংগী শেম্নাক্পা মীওইবা পুন্-মক্কী সংস্কৃতি অমসুং পোৎলম মখেনগী চাওখৎপদা শরুক হাপকনি অমসুং য়াগনি।

মসি করম্বা মতমদা ওইগনি? মসি তৌবা ঙম্বা মতিক চানা ওকন লৈনবা হোৎনবদা মীওইবনা কয়া কুইনা চংগনি? ইংরেজ কবি টেনিসন্না মখাগী ছেরেং অসি ইবা মতমদা মানা খনখিবা ভাব খবক ওইনা পাংথোক্কবগী মতাংদা মীওইবনা চহি কয়া নত্ত্রগা চাশিং কয়া চংগদৌরিবনো?

মরমদি ঐনা ভবিষ্যৎকী ইপাক্তা লুপখ্রে, মীওইবগী মিৎনা উবা ঙম্বমখৈ য়েংই, মালেমগী অনৌবা শকলম অপঙবা পুম্নমক তিন্না উরে ······লানগী পুংজাও খিন্দবকাও, লানগী ফিরান হাইখবকাও মীওইবগী পার্লিয়ামেন্টতা মালেম তাইবঙগী ভাঙ্গোই-পরেংদা।

ভাঙ্গোইপরেং ময়াম কোইনা তিনন্নছুনা ভানমিন্নববু সভা কৌই। অওইবমক পৃথিবীগী ফেদরেশন অমি মনা ভাঙ্গোইশিংনা লংখুং অমদা লেংছুনা কোইনা অমনা অমগা অমসুং ময়াম পুন্নপ-কী ফজবদা তেংবাংবগুম হায়বদি ভাঙ্গোইপরেংগুম নিংথিজগনি, মরম অসিনা ফেদরেশনবু ইকোই কৌইনা ভানমিন্নবা পরেং ভাঙ্গোই-পরেং হায়না কৌরে।



লোইরবা